# খোঙ্গাং

ইবোতোম্বী

মেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল

# ৱাহৈ থরদং

[illegible] অসিদা মমা মপা ওইবশিংবা মচা ওইবশিংবু [illegible] কয়াগা লোয়নবা মাপী মাগী মিংয়েংগী গোয় অমগী [illegible] ইচাদি মমা মপা ওইরিবা এখোয়গী থরায়সি, পুন্সিসি হায়রবা থমজরবনি। অদুবু মচা ওইবশিংমসিদি গোয় অদুগী বাংমা লায়-লাঙ্গা মাগী মাগী অনিং-অমিংবা ভায়োয়রবা লম্বীদা মচংবৈ।

মমা মপাগা মচাশিংদা থমজরিবা আশাগী পানথৈখ্রদগী মচা ওইবশিংবা ভায়োয়রবা লৈক্ক চংগ্রবদা, মমা মপা ওইবশিংহুনা মীংবা কয়াগী মতিক কায়থিবগে? মচা ওইবশিংহুনা করবা পুন্সি ওইথিবগে হায়বসি যোংদোকমিংলুহুনা পাঙথবা এম। খেন্নাং হায়না থোজরিবা লাইরিক মচা অসিবু ইথোকচকুবনি।

মতিক চাঙবা এগী থুংই অসিবু শ্রীমতি সনাহনবী দেবীনা মীয়াম সমাজগী মীংমাওদা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্কুনবগী লামকম কয়া মায়োক্কুনিরকখি। মসিগীদমক শিঙঙমজব লমল কয়া তোমশিজয়ে।

— অহবা

# খোঙ্গাং

## অমা

অতিয়া মণ্ডল অদে লৈচিল-লোংকাই থাংজ্রহুমা কোয়ৌ মাগী মঙ্গালতনা মালেম অসে শিনথা থুংব্রে। কালেন্থাগী নুংশাজা মপাম ফগংলকপা মতম্নি। উচেক-মায়া অমত্তুমা কোয়ৌ মাগী মৈশাদা, ম'তোম-উতোম ল'মা পাইবা ওয়ত্রবা, শম্পোং খোই-রুবা কয়ানা নিত্রা লাইবেথী ইমাগী মতম্পাক্তা য়াত্তানখিবা, মীচিক মীরাউখোল তানত্রবা নুংখিল তাসকী মতম্নি।

মতম অনিদা লৈপাক্লেগী মপা তোরমু অমদি দত্তনতিগী মপা অয়ুক্কী চাক চারগা তুমথনগ্রবনি। অঙ্গুম্মা তামক ওইরবা মতম অনিদা লৈপাক্লে হায়রবা কৌবী নুগী মচা অমগা, মাগী লোন্থক থম্না ওইরবী, মখোয়গী ইথোলনুংদা লৈমিয়বী দত্তনতি হায়বা মিঙ্গৌনরবী মচেমশিং অমগা পুম্নি ময়াদা লৈবা, লৈকোল অমগী ময়াইদা চংশিনক্লি। লৈকোল অসিগী ময়াইমক্তদা লৈমায় কংমা তেকথরবা মনা পুংমা ফজরবা হৈদৌ পাম্বী অমা হৌরি।

লৈকোল অসিগী মরক্তা, পুংলবা হৈমৌ মনা মরক্তা, অপিক অপিকপা চেক্লা মচা মচাশিংমো অকনবা নুংশাগী মৈশাদা থাত্তবা ফাম্বক্না অপিক অপিকপা খোঙ্গাংমা "পিক-পিক, চেক-চাক, চেক-চাক" হায়না পেংবনে, খোৱাংনা চাইজরিবা নীংজবা খোইমু পাইরক্লবে হায়রবগী মতাঙ্গুম লৈকোল্দা শাংলিবা লৈরাং খিংক্লা খুইথ-খুইথ শাংতুনা লৈকোল অসিবু পুক্লিং হুনা ফজহল্লে।

লৈকোল অসিগী ময়াইদা চংলবা ফাওবা দত্তমতি লৈপাক্লে অনিমা, খোঙ্গাং ময়াগী উকুম অমদা লেপ্লগা হুমাং হন্দোক্লিবা দেবেন্দ্রকুমারবু উরমদে। দেবেন্দ্রকুমারনদি মখোয় অনিগী মওং মতৌহ্ মমিং থীংনা উরবনি। অদুগা দেবেন্দ্রকুমারগী খম্মোয়না লৈশাবী অনিগী মরক্তগী চহি থর মোৎথিবী লৈপাক্লে কৌবীবু উক্লবমক্তদা অপাম্বা নুংশিবগী ঔহল অমা ফংজরি।

লৈকোলগী অকোয়বদা শাংলিবা, হৌরিবা হৈপাম-লৈপাম, শাংলিবা লৈরাংশিংগী মরক থায়মা-থাম্না। চংল-চংলদুনা অমাঙ্গোয় তাম্নবী শাম্নবা, অমদি কেকু লোংপী, মথল কম্মাগী খুংশাম্না কম্মা শান্নরি। লৈকাদা তোংদুনা লৈহি থিরিবা খোইমুশিংবু খুৎনা-শাম্না হাইনা হুম্না তাম্থোক্লি। অপাম্বা লৈরাংগী মশা কয়া পায়-পায়দুনা নোঙ্গরগা লৈনমস্তু নম্লি। মখোয় অনি নুংঙাইনগী মপাল মাইদবমথৈ শান্নরি।

লৈপাক্লেমা লৈকোলগী অকোয়বদা লৈমা য়েংলকপদা, শাদাবদা শা কাপকদবগী পীরী তেঙ্গা খোংলবদা কাপকদোরিবা শা অদুদা মিংয়েং চোইদবক্তম য়েংলম্লিবা দেবেন্দ্রকুমারবু উক্লবদা

খুদৈমৈমগা মায়োক্নমবা উচিনা চেনবা ওমজদবগুম কয়ি অমত্তা চৌকম থঙদনা উয়ুংগুম লেপতুনা লৈরে। মতৌচু উবদা দেবেন্দ্রকুমারনা সুশীমচাশিংবু য়েংলগা হায়রকই, "ও-ইবেন্দ্রখোয় নখোয়গী হৈনৌদা অমত্তা লিজগে, হৈয়াং অহুবু খোইদাজকয়ে। হৈরাং অহুগী মমলদি চয়বা থম্মোয় অসিনা ওইমসি।"

দেবেন্দ্রগী ৱাকমহৃদা লৈপাক্লেনা মোমোন নোক্লগা অস্নুম্না হায়রকই, "শাদানবশিংবু উরবদা মীপ ই চাওবী শজিশিংমা মীপাই-জয়িদৈ তাল্লকলিদা হৈয়াং অমুক খিবিহনা ওরবা মোইথেম অমুক হন্না খিবিরিবনো? শাদানবা লাক্লগা মপান্দা পাজরিবা হৈয়াংবুসু অমুক মিহৌবিরবদি মীনা ডাওই হায়নখিম্নোইদরো?"

সুশীমচা লৈপাক্লেগী ৱাঙাং অসিদা দেবেন্দ্রকুমারনা অমুক হায়রকই, "হৈমা, ঐদি নখোয় উচৈদগী অহুম ডাউরবনে; পাম্রে মাম্হোকখিনি, পাম্লে শিখিত্রা—চঙমা ফাজমিংবা য়াম্নৌবু করম্না খুৎলায় থাগদগে! তশেংনমক ঐহাক নখোয়বু উবদা ডাউরে।"

দেবেন্দ্রকুমারগী ৱ ফমত্থদা লৈপাক্লেনা নোক্লিংলহুনা অস্নুম্না মোমোন-মে'মোন তৌয়হুনা হায়রকই, "শাদানব লাক্লগা য়াম্নৌদি কাপত্রদনা শুংলায় থারগা মপান্দা পাজরিবা হৈরাংবু অমুক খোইদাখিবদি করম্না য়াম্নৌ কাগদগে? করম্নো মসিদি ডাউদা ডাউরম্নোহে।"

"তশেংনমক ঐ নঙবু উবদা ডাউরবনে, করিগুম্বা মতম অ-দা লৈকোল অসিদগী পুক্লিংনা তাবা লৈম্বাং অমত্তং ইথুংমক্লা

হেক্চরগা, তাইবং মপুগী খুবাদা কচ্চরগা শিজেল লৈমল অহুবু পাথং খমোয়দা চেংনা চাম্না থমজগে।"

দেবেন্দ্রকুমারগী মাহৈ অসিদা লৈপাক্লেম্না অসুম্না হায়রকই, "মীহাৎপগী পাপ লৈরবা কমানা, মকা লাম্না-মনাও ভম্না শাৎচম্বিবী লৈবাংবু, মপাম্নগী থংলপা তাইবং মপুগী চয়ন্দা কংলুবনা, ঈশ্বরদগী থম্ব মিকুবমা কায়বা কম্বি ফংগদগে? পাপকী পাপ মথক্তা লৈপান্দগী লৈবু থদংপগীগুনা অমুক হেন্না অ.থাম্বিরোইদ্রো? ঐখোয় খুদিংমক তাইবং মপুগী লৈকোন্দা শাংলিবা লৈমাং তাক্কনে। অচুম্বা তৌবতনা মীওইবা ঐখোয়গী অথোইবা ধর্ম্মনে।"

"হৈমা, নঙদি জ্ঞান য়াম্না তাইনা, ফত্তবগী থবক্তা হৈনক্কবদগী ফত্তবগী মিংথোল লৈরবা ঐনা, যৌজিক হৌজিকী তায়োমবা সমাজ অসিদা, করম্না থবক তৌরগা তমথীরবা ঐগী পাপ অসিবু কোক্কদগে?"

"তায়োমবা সমাজনা ওইদবতা শিজিন্নরবদি, তায়োমবা সমাজ অসিদা ওইদবা করম্না কনানা জয়-ধ্বনি লাউথিবগে? লান তৌদনা করম্না কনানা লানঙম ফিরাল থেংথিবগে?" অসি হায়রম্লগা লৈপাক্লেম্না হৈনৌ মখোঙদা চংহুনা হৈ হেকখে।

লৈপক্লেনা হৈ মখোঙদা চংহুনা হৈ হেকখিবৈঙসিদা দগুমথিদা দেবেন্দ্রকুমারনা অসুম্না হায়রকই, "শোমগী ইথেম্মলিমদি যৌজি জুমিত্তবু পোকপরা কৈনো মা-লাংকা অমতা ডাংদে। ভিক্ষারীগী মপোক্কি মীবতনা মথৌনি খন্দুনা হায়জয়রক্কনি, মীয়কনি হায়না কীরমাল্লে ইকাইজরক্লে চংহৌবমবু ফয়ত্রা!"

মাইহৈ অসিদা দশমতিনা অঙাংবা হায়রকই, “লৈখোক্তা লেঙদনা শাংবী, মখোগ তেনবী লৈরাংশিংনা মশা পান্দুনা কোইপাই পাইনা খোইমুশিংবু কাজিন্দুনা থম্বা ইত্তিক করিস্থু ওইরোই।” সুপীমচা দশমতিগী বা তাবদা দেবেন্দ্রকুমারনে, টোচলাইটকী মঙালনা কঙানবা চেমবা গমদবগুম হুরানবা ঐমি হায়বা তাঞ্জে। দেবেন্দ্রকুমারনা গাইহাক বাখল তৌরগা অমুক হায়রকই, “লুংশিরনা লৈগী মনমা মীওইবসু পণ্ডথহনবা ওইখোক্তবা নত্তে। মীওইবগী থম্মোয়বু গমহৎনবগী হী-মাই চেলবী লৈরাং-চুগী লৈমমদা করবা খোইমু কনানা লৈরাংচুবু লান্থোক্লুনা পাইখিগদগে।”

তশেংবমকসু লৈখোক্তা লেঙদনা শাংবী লৈরাংশিংদা মীওইববু পণ্ডথহন্নবগী শক্তি অমমম লৈজবা মরম্মা লৈগী মমম লুংশিববু লুংশিবা হায়নরিবমি। লুংশিবগী লম্বীদা হেক্তিন্না খোঙদাক্লরবদি মী অহু পঙবে, পাঙল মখেং তাই, হুগুম্না পুক্তি মাঙহল্লি। লৈখোক্তা লেঙদনা শাংবী লৈরাংশিংগী মালংনা পুবা লৈরমজনা, মালংগী ইপোমদা পাইজবা খোইমুশিংগী শাখপ অন্দ্রংদা লেপ্প-হনবা ঙম্মী। মশা পানবা খোইমুনা কোইনা পাইদুনা লৈহি খিবা ঙমহল্লি। ঈশ্বরনা শেম্লকপদা ওম্মোক্লা ফজনসু শক্তি অমমম পীদুনা শেম্লে; অঁমা অমবু হেন্দবমখে।

দেবেন্দ্রকুমারগী ব'ঙাংদা বা-মকৈ অমতা ককপা ঙমদ্রদুনা দশমতিনা হায়রকই, “মশা পান্দুনা পাইরিবা চেক্লাশিংবু করি-গুম্বা ফাজিন্দুনা। পোন্না য়েংকপা তায়বদা, খোইদাজবা পোম

নত্তহনা অব্রা মৈশা লাংবদো ঐদি য়েংবা ঙমজরোইয়ে।"

"হৈমা, শবমদা থাকপা শলবু ময়াঙ কংবরমে? য়োকপী-নিংবদি মংলমত্রহনা ঐদি ঈকাইজরেদকো ওঙ্খোক্লা।"

দত্তমতিগা দেবেন্দ্রকুমারগা লৈশা-পাখং ওইবগী ৱারী কয়া কয়া শানরি। লৈপাকলৈনা হৈ অমা অনি পায়রুমা দেবেন্দ্র-কুমারণ্ৱামদা য়েংলকপমক্তদা মপুক্লিংগী ৱাবু মচা শেংমা দত্তমতিনা হায়রকই, "চংনবী সমাজনা ঙমথীমা লৌবিরবসু মুমিংলৈ কৌবী লৈরাংমা নুমিৎমা লৈবা মায়কৈ মাখকৈদা ওন ওন্দুনা শাংপণ্ডম মহাক্কী ৱাখলদা ঐগী পুন্সি অসে লেঙগে।"

লৈপাকলৈসে মচে দত্তমতিগী ৱাহৃদা মহাক্কী আশা অহ্ কায়রহমা অসুম্না ইখঙ খঙহোদনা মচিন্দা শোল্লকই, "মীমক হাংলুরবসু মশা চাশা ঙম্লবদি মীহু হাংলুবগী পাপ অহু লৈরমদবা মরাই, ঐমা হেকলুরিবা হৈ অসিদি অরেম্বা ওইরে! মপান্দগীসু হেক্তোকউরে; কনানা দোগ পুবিগনি!" লৈপাকলৈগী শোম্বামনা শোম্লখিবা ৱাহৈহ্ দেবেন্দ্রকুমারনদি মখুং থিংনা খঙবা ঙম্মী। অহবু দত্তমতিনদি থোইনা খঙ্কুদে। অতুগা লৈপাকলৈনা অমুক্কা অসুম্না মচিন্না শোঞ্জরকই,

"শ্রুতু মাইবা হরিনি।
অরাংবদা পাইবা খোইমুনি।
লৈমায়'থক্তা শাংপী লৈপাকলৈগীদি,
থুংবিরমদরে মালংগী ইপোমস্থ।

লৈহৌরে উচুংগুম লেপতুনা,
লোইরে লৈপাকলৈগী পুন্সি,
হৌরক্লবস্তু লৈপাম্না,
মপোক অমা ওনগদবা মঙাইরে।
অরাবম্মি ফোংদোক্লবা সুংশিবা—
অঙকপনিদা হায়নদনা চাম্নরিবসে।

নুপীমচা লৈপাক্লেনা মাগী অয়ুক্তা হৌরকপা লোংহৌগুম হৌরকখিবা অশাহুনা খুদক্তা কায়খিবা অহুগী সুংঙাইতবা রাখল অহু থম্মোয়নুংদা অহুম থঞ্জরগা মকা লাম্বা মায়থোংগুম নোকমি নোকমি ত্তৌনা ত্তৌনা ময়ুম্লোমবা চংশিনখ্রে। অহুবু লৈপাকলৈনা মীংলা কায়খিবগী মঙ্গৌ-থৌওং অহু দশুমক্তিমদি লৈকোনগী সুংঙাইবমমক মরৌখিহুনা লৈপাকলৈ অমদি দেবেন্দ্রকুমার অনিনা উনখিবমক্তদা চেন্নথ্রবা ইচেল অহু উবিখিদ্রে। দেবেন্দ্রকুমারনদি মহু নত্তে, নুপীমচা লৈপাকলৈনা মীংবা কায়রহুনা ময়ুম্লোমদা চংখিবগী মওং অহুদা দেবেন্দ্রকুমারনা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই, "ও ইমম্মা, মঙগী হৈ অদো অরেম্বা করিসু ওইরোই; ঐ নঙগী হৈ অহুগী দোষ পুহৌবা তারে।" নুপীমচা লৈপাকলৈনা মোকমি মোকমি তৌরগা চংনা চংনা অস্নুম্না হায়রম্মী, "লৌমী কয়া কয়ানা ফৌপান অমা হিংনবা হোৎনবদা মনাক্তা হৌবা লাপী কয়া পৎ পুমহুনা মাঙহন্নরিবসে কনাদা অমুক দোষ ত্তৌক-গনি।" অসি হায়রল্লগা নুপীমচা লৈপাকলৈদো ময়ুম্লোমদা পন্থবা অমুক লৈরমদনা অহুম চংশিনখ্রে।

মোংজুথাগী অহিংদা থাৱলগী ইঁগোম হৌদবা মত্তে। অয়াম্বা মতমদা অমম্বাৱেং মক্কা থবিয়মম্বৰদি খাৰলগী ইপোম হৌহনা অহিং অদো কয়াগী মতিক ফজরমগনি! দশুমতিদি মহুম্ম চুম্নগী ফাগীদ্রি হায়না অহুম থরোইদ্রি। মহৌশানা মমা মপা পুং-পাং শুদনা অঙাংশিংদ্রি মকুক্তা বা যমগনি। লৈপাকলৈদি মযানা নাওকোন্নবী মপা শাক্লগী মচা ওংবমা পুক্নিং থম্মোয়সু খুহম চল্লি। দশুমতিদি মমা-মপা শুনা হাকম তৌবিদ্রিবনা মাগী অনিং অনিংবতা তৌরিবী কেথোক-মোমোক্লা নৈবীনি। ঙাইহাক লেপ্পরবগী তুংদা দশুমজিনা হায়রকই, "কন্নি কৰিগুপা মতমদা পাঙল শোমবী এইহাকপু কাউ-থাকপিরমযনু, এহাক অমুক চংজরগে।" অসি হায়ম্লগা, শাদামযগী লাংদা ৱরা শজিনা এই জসে উপায় নৈত্রে হায়মা থজবগুম, থম্মোয়মদা ঈথক হৌ, শান্নাম্বা মহাকপু হম্না হম্না যেংলহুনা দশুমজি কৌবী মুশীমচানো অহুম চংশিনখ্রে।

পুন্সিদা অহানবা থেংনবা যৌবনগী মু শিনা, মুংশিৰবু অহানবা শকথবনবা, মহাক মহাক অতুনা লেপহৌনি, মা-মাগী মুংঙাঙবা আশা কয়াগী রাথন্দা তুংদা ওইরক্কদনা রাথলগী লম্বীদা পুক্নিংগী হিনা অঙংপা লৈতমা থোথকখ্রি। পম্‌ংকম্ন য়োমি য়েরোই অয়েপ্পবু থঙলিগাত্রা— অউকপানি নুংশি রাথল! মুংশিবমা মুংশিবগী মমাক্তগী চংখিবা, থংলম্বা খোঙথাংদগী, থেক্লম্বা শাথোকলী— থোইদোক হেন্নোক্লা দাউ মাবা লৌ-উবা নুপামা মাগী লৌচু যেংলুবদগী হন্নকহুম্মী।

দেবেন্দ্রকুমার চাম্নিংবা থক্লিংবা পুম্নমকাউ কাউরে। নুপী-মচা অনিনা চংখিবা মায়কৈরোমদা ওন্নগা ফোংদোক্কবা পুক্নিংগী থ.কৈবু রাখলগী আলোচনা তৌজরি। উবমক্কদা পুক্নিংনা তারুবদি লৈপাকলৈ, থুবনা দশুমত্তিগী লাংদা ওাউরে দেবেন্দ্রকুমারগী রাখল। মতুদশু মত্তে, মণীমচা লৈপাকলৈগী ফোংদোক্কবা আশা অহুনা কায়খিবগী মতৌ অহুদা অসুম্না খলহৌই, 'লৈপাকলৈমা নীংবা কায়বগী লীলা কয়াঠবু উনা উনা পুক্নিংগী করম্না শম্নলবু কীহুনা অরাবগা শক্লোন, অহু লোংথ্রিবনো!' মহু পুম্নমক অহু থওবা খওনা উনা-উনা ফোংদোকলুনবগী পাম্বৈ লৈখিদবনা নুংনা শাবা মথিগুম লেপখুনা লৈজহৌবা নত্তনা অতৈ উপায় করিসু লৈখিদরে।

# অনি

তোলমুগী নুপী লৈখিরে, মচানুপা অমগা মচানুপী অমগগুম-মক লৈ। মচানুপা অহলনা শেখরনি, মচানুপীনা লৈপাকলৈনি। তোলমুগী মচাশিংসি অসুম অসুম চাওখৎলকপনা পাখং লৈশাবী ফাজিল্লক্লে। শেখরগা নোংমা লোংমগী ওক্কবা থবক্তা হৈজর্বী মীওইত্তগা সঙ্গ ওইরক্লি। শেখরগী মমামা মোনা সংসারদগী বিদায় লৌখিতুনা তোলমু পাম্রা ওইবা চহি ওয়াম্নক ওরক্লে। তোলমুগী মরুপ মপিজা কয়.না মুম অমুক পাম্নমবগী রা কয়া করা হায়নরক্লি। অহুবু মামা মাগী পুন্সি অমদি মাগী

মখা লৈত্রবা মচা অনিগী পুন্সিবু য়েংলগা মরুপ মপাংশিংগী রাশিংহ্ তাশিনবদা মওইরক্লি। অদুবু নোংমা নুমিদাং অমদি তোল্লমুগী মরুপ খাধণমা তোল্লমুগী য়ুমদা কোইরক্লম্মী। মরুপ মপাং ওইবগী, মরুপ-মপাং লাকপগী হরাউনা সেখা-নুংখা ফজনা তৌরহুনা ফম্মিল্লে; রাত্নী-রাতাই শানরি।

লৈবুং য়াকাবদা, মমাম ভিন্নবা খুদিংদা অনিদা ফম্না, তরা ভিন্নবদা, মাম্মা তারবা পাঞ্জা লুখ্রাশিংমা মরামদগী তোংঙাল্লি, মরামগী রাতাফমতা মওইবী। লৈপাকলৈমা নুমিদাংগী চাক ঈশিং হোংনল্লি। অম্মুম্মা রাত্নী শাবদা হাথবনা হায়রকই, “খুবাক নাম্মতা খুবসি য়খোল থোক্তবমিদা শেখর মপা, অঙাংশিং-নসু মমা য়াউদনা লৈবসি কয়া নুংঙাইরম্লোই; য়ুমসি অমুক পান্নবা তৌরসি।”

“লাইবক থীবদগী অসি য়োম্না থীনিংঙাই লৈত্রবসিদা, নোমা য়ুম অমুক পান্নগা অক্লোম্না অমুক কনি লাকখিগদগেনে?”

“অহিং মঙসাক্লগনি হায়হুনা তুমদবা কনা য়াউবগে? রা অহ্ শোয়রে। রাবগা নুংঙাইবগী রা ঙাক্তসু খমবিরুপু, ভুংগী-মাংগী রাখলসু খরা অহুম মতৌবিয়ু।”

“খন্দবসু মত্তে খল্লি। মরুপ মপাং কয়াগী অপাম্বসু কয়াল্লি।”

“অহ্দি শেখর মমাগী রাখলসি হৌজিক ফাওবা খাদোকপা ইওম ঙমিল্লিসে? হৌজিক তেংথাক্তহুনসু লাকদবা কল্লিসু লৈত্রে, মহ্ পুন্সি মন্ননবল্লি। য়ুম অমুক নোমা পাল্লবদি রাল্লি,

মাথা শানি হায়বগী কৌরিত্রা ? ইচাশিং অসিনা মহুম-মকৈ পাল্লকপা মতমদা কনানা মমাগী মথৌহ্ তৌবিগনি ? মতমগী মতুং ইন্না মচা নিঙোলমা অঙাং উম্নরকপা মতমদা কনানা মচুগী থৌদাং পুবিরুগনি ? ফাগী নত্তে মন্না খল্লু।"

"পুম্নমক খঙই, অহুবু ইচান্থপা অমত্তং য়াউবা অসিনা লম হেল্লকপা, ওক্লবা মঙ্গ ভৌরকপসিদা অমুক য়ুম অনৌবা পানবগী, রাখলকা খল্লুবা অমুক শংখিন্দ্রেদা চাঙবী-মপা।"

"রারবা মতমদা লৈমিন্নবী নুপী অমগী পুক্লিং থৌগংপা রাহৈ খন্নতা ওইরবস্তু তারবদি অরাবহ্ খরমখৈদি চাং হল্লনি। পুক্লিংগী অরাবা মুংঙাইতবহ্ কনাগুম্বা অমগী মফমদা লৌথোক-তমথোক্লগস্তু খম্মোয়না পুঙ্গদবা অরাবা অহ্ খরমখৈ মরেং তাবনি।" অসুম্না হায়রম্লগা যাধবনা "ঐ চংলে" হায়দুনা নোকমি নোকমি ভৌমা অহুম চংখি। তোল্লমুস্তু রখেলগী চিংজাও অমমা নন্থরক্লদুনা অয়েকপা মুত্তিগুম কন্নিমত্তা লেঙবা খোংপা ভৌদনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈহৌরে।

তোল্লমুনা খঙ্গরিবা রাখল অহুস্তু লান্দে, তংশংবমকস্তু তোল্লমুনা মৌনা নুপী অমমুক থীরুরগা মাগী মচাশিংনা হেক্তা লৈখা তাগদবস্তু নত্তে। খীল্লগস্তু স্বর্গ হেক্তা কংগদবা নত্তে। মী মীগী পুন্সিদি মশা মশাগী লাইবক্তা তম্নরুবনি। নুপী নুপা কায়নবা, মমা মপা শেংনবা জগৎ পুম্নমক্তা ওইমন্নিবনি ; অকোন অহানতগী রানি ; হায়বসি মশামা শোয়দনমক হান্না খনগ্রবনি। মীয়াম্না মুংশিবিহুনা খনবিন্নিবদি খয়দনি। হাকথেংননা থেংনজন্নিবা

খৌদোক রাখোক খুদিংদা অহুম থেংনহুনা লাকচরিবনি। লেঙ্গা চাবী কনাগুম্বীশিংনা তোল্লমুগী অচম্বা পুন্সি অসিবু খোইদা-জবী কনাগুম্বী লৈতবস্তু নত্তে। অশেংবস্তু মৌনা য়ুম অমুক পানবা কীবগী রা ঙাক্তস্তু নত্তে। তোল্লমুনা ম'গী নুপী ক য়নববুদি, মাগী অমত্তা ঙাইরবা শেখরনা মহৈ-মশিং তম্বা কায়্না, ওক্তনা সঙ্গ তৌরকপা, মহাক্কী অনিঙবা লম্বীদগী তোংঙাল্লকপা অসিনা খোইনা হেন্না রাজরি। অমত্তা ঙাইরবা মচাদা তৌজরিবা আশা অসিদগী তোংঙানখিবসিদা মহাক্কী মপাঙ্গল মথৌমা লোইনা হন্থরকপনি।

অস্তুম্না মাগী পুন্সিগী লম্বীবু রাখলনা লাম্বা ফংদমা লৈজরিবৈ মতম অহুমক্তদা মাগী মচানুপী লৈপাকলৈনা চ'কগুমদগী খোররুগা হায়রকই, "বাব, চাক লোইরে চাখোক্লো।" হায়না কৌররে। মহুদগী রাখল খম্না খন্না চাকখুমদা চংলগা চাক চাবা হৌত্রে। চাক চাবা লোইরবদা মচানুপী লৈপাকলৈদা হায়রকই, "নঙগী তামোবু কদায়দা চংকনি হায়রম্বগে?"

"কদায়দা চংপনো হায়বদি খঙহোদে, তামো বসন্তগা খোকমিন্নখি।"

বসন্তগা চংমিন্নখি হায়বহুদা হেন্না থম্মোয় শোক্লহুনা পাখংনা—"হা! বসন্তগা চংখ্রবা! শোয়ররোই, হিদাক থক্তুনা, জ্বার শান্নহুনা লৈরম্লগনি। ওম্হেক্না থীনা ঙমখ্রদকো ঐগী লাইবকসে, অমত্তা পোকপা, মুংশিং মরক্তা মৈখেৎ মরু অমত্তা, খেত্তবস্তু য়াদা, খোং-থাক্তবস্তু কদায়, লংফে চংপগী অরানম

থওইরে।" অসি হায়রগা কন্নুং মথক্তা কাখৎলে। অতুগা লোন্না হিংতুনা ওক্লবা মচানা ওইরিনা, তুংদা ওইরককদবা পুক্সিবু লৌশাং শিংনা থল্ল থল্লহনা হিপল্লে।

নুংসদাং অসি থাবল য়ায়া কৈ মপুঙ্ক কারক্নবা তরামরিমি পানবগী থাজনি। থাজসে হয়েংদি পূর্ণিমা ওইরমি হায়না থজরক্লগী আশাগুম, হয়েং লুহোংলগদোবা বর কৈন্থা অনিনা হয়েংগী মতমসিবু ভাইজবা, করিগুমদা অমুক হয়েংগী নুমিৎ মথং হংচিং মংশমকা ওইহল্লনিংলিবা, মতম্নদি কমাবু ভাইবিদনা লৌং-লৌং লাউনা ফজরবা থাজগী থাবলনি। অমম্মোমদনা হয়েং অমুক্কুং পূর্ণিমা ওইমম্লগা হয়েংগী মথংদগীদি মেংমা মোংমগী ময়েং তারক্নি কৈবৈক ইন্ডাল ফুদোকহৌরগে, ভাইবংনা য়েংজহৌরসনু মতাগুম থাজনা কেনা মোনা খোক্লকনা মালেম অসে শেং কায়না ফজহল্লবা মক্তুম্রি।

অম্নুম্না ফজরবা, থ বশনা ককচেং চংগা উরবা অমুক্কী মঙিক য়েংবগী পেনবা লাইদনা ফজম্নবা থাজগী থাবলসিবু উরুবদা করম্না শারী-শামো কনানা খোইমংলোইদগ? থোদোক ওইমা খোকপ্রবা, কনাগুম্না কনাগুম্বাশিংগী থেদোক কয়া, লৌংবা কায়রবা কায়রবীশিংগী পুক্সি, মদোম মৈশা লাংজয়িবা কয়ানা অসিগুম্না অন্না-নুংঙাই পুক্সিশিং অদো ভসিগী থাবলসিগী ঊপোমসিনা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা চং চংহনা চিংথোকফিরকে লৌংবা কায়রবা, থম্মোয় শোক্লবা কয়াশিং অসে মাগী মাগী অন্না-নুংঙাই পুক্সিগী লীলাশিং অদো মথং মথং হৌমরক্লে।

ঈমাম্না চোম্না ফজরবা পাং, পুম্নি কযাদা মালংগী ঈহৌমদা ঈথক কাবদা "চ্যোক চ্যাক" হায়না লাইজমা তান্থা পীরকপদা, অহিংদা চাক্তাবী চেক্লাশিংনা মালংদা জগোই শাথেক তাপচম্নি। ঈমায় লপ্পা করিগুম্বদা চেক্লাশিংনা শাখল্লকপদা, ঈমান্নদা চাজবী ঈয়োম্নুংগী লৈমলৈ মচাশিংনা "শ্যাঙ-শ্যাঙ" হায়না লুপথখিল্লনা শম্লিকী তান্থা পীরক্লি। মপাং কায়নরবা চেক্লাশিংনা তাম্না খোংবগী খোম্থাংনা ঈংনা থোকপী থাজগী থ বলমা থোইনা হেন্না মেংহনবিরে।

লৈপাকলৈদি মগী মবুংহু য়াউরবদি নোংমহুম্থু চাক চাদে। ওসিম্থু শেখম্বনা হজিল্লক্লবসিদা তুম্বা হিপ্পা চংদনা শেখম্ববু ঙাইজম্নি। শোং-প্রেক লাউবা মখোলদা লৈমাকলৈমা মপ দ্মা থোক-থোক্লুনা মবুংবু মেংলি। মতে। অম্থুম্না তৌবসিদা খোল্লমু হিপ্পা হিপ্পা কনা অমতা উদমা মথন্তা মিংলুদগী পীম্নাং শিন্থরহনা ফমুং মথক্তা লোংনা হিপ্লগা রাখল তৌর।

লৈমাকলৈ কৌবী লুপীমচানা মাঙ্গোলগী উ.থাক্লেন্দা ঙানা ঙামা, মাগী মবু বু ঙ ইনা ঙাইনা অম্বুম্না খল্লকই, "দেবেন্দ্র কুমারনা ঐবু অম্মুক নীংঙমদবগী মিংয়েং অমা য়েংলিবাসবু ক রগীনো— মাগা ঐবু খোইদাখি! মচিম্নম্থু হায়খি—'তশেংনা ঐ মঙবু উবদগী ঙাউয়ে, করিগুম্না মতমদা লৈকোলসিমগী পুক্লিংমা তাবা লৈরাং অমা ইথুংমক্লা হেক্লগা ঙাইবং মপুগী খুরাদা কংলগা শিঙেন লৈমন অদো পাথং নাপদা চিজগে,' হায়না। অহুবু ইংচে দগুমতিমা খুমাং চাউশিনখ্রে—মা ঐগী মরুক থংরে।

হৌজিক ঐগী উপায় কয়িস্থু লৈত্রে। ঐগী আশা অসিমা থিক্তং কাংথোকপুবদা ঐবু ইচে দগুমতিমা পুন্সি অসিমগী কাউ-শ্রয়োই। ঐগী আশা কাংথোকপুনবগী মতম লাখিদরে। অহুবু মানা ঐগী থ.ম্বায়দদি "তঙুমা তেংথারনি।" অম্মুম্না নীংবা কায়বগী থোংদাক কয়া নীংশিংলুবগী তুংদা থাজগী থাবলবু য়েংলগা মচিন্না অম্মুম্না খঙহায় হায়দোরকই,

"অরাংবদা থোকপী থাজ-ও,
ওইজবতা থীবা সম্বাজসিদা
অথোইবতা য়েংবরা ?
রাংমা-চাউনা হৌরিবৈ,
লৈপান মউ মরুমদৈ,
লোম্ন-থুম্না য়েংজবনা
ইথো ওইরে ঐহাক্তি।

মপাম মউ লীংদবী,
মালেম লৈরোম্নংদা পোম্লগা,
লৈমায়থক্তা লৈশাং জম,
শিঙেল লৈশাং ফরুবী,
অগং তোল্লবী লৈরাংনি ঐদি।"

অম্মুম্না নোংথক্তা থোক্লিবী থাজগা মাজোলগী উথোক্তেলদা ওারিবী লৈ.পাকলে কৌবীগা লিকোন নায়ুম ফাক্তুমা মীংবা কায়জগী রারেং শৈরেং থীনম্নি। মতম অসিমক্তদা উরোল

উয়োল তুমলুরবা ভোল্লমুনা ঙক্কবা মচা শেখরবু উয়রক্কবদা মচাগী মৈমা রাম্মৈ চাকপঙুম চাক্রক্লহুনা ইমুংদগী মপান্দা থোক্লককপদা লৈপাকনৈগী মতৌমু উক্লবে। অদুগা অসুম্না হায়রকই, "নুপীমচা, নহাক মবুং ঙক্তনদু ঙাইরম্লিব্রা? চংলো চংলো ইমুংদা, ঐ মমাম্নবশিংগী মযুমদা অমুক্তা হংনুখিগে।" অসি হায়রল্লগা মচাগী মৈমা খাংঙমদমা চাকথংলক্লুন খোঙ্গাল-লোমদা অদুম থে'কখ্রে।

লৈপাকলৈসু "হোম চংলাগে," হাংরগা অদুম লৈহৌই।

লৈপাকলৈমা অসুম লৈবকপসিদা, মহাক্লা থাক্লগী থাবলনু রেংলগা মঙন মংল খল্লকই, "ঐগী ইবুং অমি ঙাক্তক্লা ফংখিগ্রে-দকো, ঐখোযগী পাবুং অসে মহাক্কী বাখল্দা মপুন্সি কেমখিদোরে।" মহাক্লা অসুম্না শোমল্লগা থাবলগী ঈশোমসিদা অতয়া মখল মখল অমগী রাখল অমা অমুক খল্লকই,

"ফেংঙ্গা য়্যাম্‌ইদবা আশা সে,
ঙাবি ভুবিমবা কনা লৈরম্লাই,
শোঙ্গবতা মঙাইরে।
খঙ্‌বদ্রবস্থ জগৎ অসিদা,
থাজ নঙদি মঙৈরিনি—
ঈয়োম্নংগী মপিঙুম,
লাইজনা লোঙনা-লেঙ্গাগা
তথক ভথকপঙুম,

মুংলম্নি থম্না কাম্লিবা,
মোংলৈ'লকী থাউদৈঙ্গম,
কামগ্রবা ঐগী আশাসে।"

অস্তুম্না মাগী খম্মোয়না পেনবা মাইগ্রহুমা কোইনা কোইনা য়েংলুবদা মখোয়গী কোম্মোং ময়াগী পুক্সিগী লৈঙ্মায় ময়াদা অশাংপা থম্মাল অমবু হেক্কদগী হোংনম্লিবা মপা অমবু উরম্মী। অদুতবু মাগী মবুং ওইরখোই মীংলুহুমা অস্তুম অস্তুম খোয়রক্লগা লৈকোমগী মনুংদা চংশিন্দুনা লোম্না য়েংগদবগী লাক্লম্মি। মহু তশেংবদি দেবপ্রকুমারনা লৈপাকলৈবু অমুক্তং লোম্না উমমবা হোংমপদা তৌফম খঙনহুনা মহিংগী থাবলসিদা পুক্সিগী লৈঙ্মায়দা অশাংপা থম্মাল অমবু লামহুনা ভাইবম্বা ওইরমায়ে। লৈপাকলৈনা মাগী মবুং শেখর নত্তে হায়বা খঙলবদা অস্তুম্না হায়রকই, "অখোইবমা হেকপিগদোম্বিবা থম্মাল অদুবু ভাইবং মপুগী খুয়াখাদা কংপিগদোম্বিব্রা? মত্রে হায়রগা খোমাইদবী মুঙা কআগী খুত্তা শিন্নরগা থম্মাল লৈমাবু শেগায় শেগায়হনা মালেমদা খোঙগ উনহনবিগদোম্বিব্রা?"

থাবলগী ঈপোম মরক্তা লৈকোনগী মরুমদা থুম্লিবী কুঙা অদুগী খোজেল ভাবদা মমিং হজংবা খিত্তং য়েংলগা হায়রকই, "ওসি খোমায়দবা পাখংনা হেকচগদোম্বিবা থম্মাল অসিদি, লৈখোক-তবু মথংলরোই; মরু লেমরু মুক্লগা অমুত ফংনা হেক মহেকচরাগে হায়না লেপকঞ্জে।"

থম্বাল হেক্লিবা মপা অহুগী পাউখুমহুদা লৈপাকলৈনা দেবেন্দ্রকুমারমি হায়বা খঙলহুনা অম্বুয়া মোক্লগা হায়রকই, "হৈনা, লৌশিং চাউবগী লৌশিং থৌনাহুবু কীজবগা মথৌ ওই, ঈয়ালদস্ত শাংচরিবী, হোয় মাই হায়ওমত্রবী থম্বাল অহুদা পুমা শিজিন্নবিগদৌরেনে।"

মাঙাং অহুদা লৈপাকলৈনি হায়বা খঙলহুনা দেবেন্দ্রকুমারনা অম্বুয়া হায়রকই, "ঈয়োলম্বুংদা লোংলগা ঈপাল লায়া শাংপদা লগুনা, লৈথোক্তস্ত তিঙ্খং পান্দুনা মক লেমফুদা অমুক্ত লোংনা লৈশাং ওম্বু, লাইবক ফবা কনাই মাখন্নবো? থৌনাঅদনা পাখংদি কেন্নমক মথাজম্নয়োইয়ে।"

হেক্সিনবা মায়রোই খল্লহুনা লৈপাকলৈনা অম্বুয়া অমুক্তা হায়রকই, "থঙ্গো ভানবা ইবুংঙো, নকন্থৌনা নয়ন ফোংদংলুহুনা অথৌবগী লৌশিং থৌনা থোক্লয়োই, তাইবং থম্বাল মাগী অমুতদি মুংশিজবা কমাদস্ত পীনমবগী উপায় লৈখিদ্রে।" অসি হায়রম্লগা লৈপাকলৈনা চংখিগদবগী ওৈয়কই। মহুদা দেবেন্দ্রকুমারনা অম্বুয়া হায়রকই, "মতেও ঙাইথো, ঐ নঙোন্দা থংম্বায়গী রাফম খনা ফোংদোকে হায়হুনা লাক্লিবনি।"

"অথৌবনা অহুয়া অমুক হায়বিরগনু, ঐবু কয়াগী মতিক মুংশিবা হায়বস্ত খঙদবা নত্তে। অহুবু ঐনা ইচে দগুমতিগী মকাদা য়েংচনিংদ্রে।"

"দগুমতিবু কাওথোকপদি ওমগনি। মহাকপুদি পুন্সিদা কাউবা ওমজয়োই।"

"করিস্থ লৈত্রবী ঐ অমগী ইকমদা পুন্সি কংপা, অথোবগী থৌদাং নত্তে। শামন-লেঙমাম্নবা জাতিগী অথোবা কয়ামা মজাতিগী ফিরাল পায়হনা জয়গী ধ্বনি কয়া কয়া শাউনরি। অথোবদি করি তৌবিরি?"

"লৈপাকলৈ, নহাক্কী সিবু ঐঙোন্দা ইকায়বা পীরিব্রা? ঐনা নহাক্কী নকমদা ইকায়বা কয়া কয়া মংলবস্থু, ঐ নহাকপুদি শেংনা নুংশিজবনিকো।"

রাফমহুদা লৈপাকলৈমা হায়রকই, "জাতিগী য়ুম্বীয়েল ওইরক-কদোরিবা, জাতিগী ফিরাল পায়রুগদোরিবা ইপা-চা কয়ামা অহুম্না করিস্থ লৈত্রবী ঐগুম্বী কয়াদা লম্মুক্রবিরবদি কয়ম্না ইজাতিগী ফিরাল পায়হনা অথোবা কনামা লানঙম ফিরাল থেংনুগদোরি-বনো? রাফমহু অথোবগী বাঙাং মান্দে।"

"লৈপাকলৈ!"

রাফম অসিদগী দেবেন্দ্রকুমারনা রা মথা অহুক তাথরুবা ঙমখিদ্রে। খল্লু খল্লুরগা মতোমতা ঈকায়জররক্রে। কৈপাকলৈ কৌবী নুপী মচাদস্থু থোইনা রারোকম লৈত্তে। লৈপাকলৈগী রাফম অহুস্থ চুমতগী মহাকপু নুংশিবিবা মবুং মৌপরা অমগী মফমদা নুংশিজহনা হায়বনি, মীওইবগী শক-মায় য়েংনবগী রাফমহদা ঙাকচবনি। ইকায়বা পীবগী রাফমস্থু নত্তে। অশেংবা ফোংদোকপনি।

তৌফম খঙদনা নুংবংমনা লেপ্লিবা দেবেন্দ্রকুমারবু উরগা লৈপাকলৈনা অমুকা হায়রকই,—

“করি খিরি খোঙবান্দুদা,
করি' লেপ্লি মুংবংঙনা,
খৌমগ্রবনি য়াঙ্গোই থুরুপ থাহনা,
শাংগাল খোঙমেৎ কাংলম থুদিং,
শরিক শোংগাও খিঙনা হিঙনা।
খোগংমগ্রবনি, জাতিগী ফিরাল পায়হনা,
খিমগ্রবনি মজাতিগী লেঙদ উম্মোং।

লোক্লাক খোঙনুং নৈক্লখো,
মালেম নৈরোল ফকলুখো,
থীক্লখো জাতিগী ঈচেল করা,
চোংথোকলুখো হে অথোবা!
পায়থংলো রিজ্জামগী খুংলাই,
চুপ্লি শাইজ পায়হনা
খোগংলো প্রোউ য়্রেনা য়েনা,
জয়গী ধ্বনি লাউহনা
অথৌবগী থৌনা উংলুখো।”

অসি হায়রম্লগা লৈপাকলৈসু ময়ুম্লোমদা থম্না থম্না চংশিনজিন্নখী। দেবেন্দ্রকুমারসু লৈপাকলৈগী মতং অহুদা অঙকপা ঊকস্নবা অমা পোকখ্রে। কোংহৈং ময়াগী পুখ্রি মপান্দা উয়ুংগুম্না ভুমিম্না লেপ্লিরৈদা লৈপাকলৈগী মপা তোংলমুনা হজিল্লকপা মুপা অমবু উরহম্না অসুম্না হায়রকই, “কনানো? অথেঙবা অহিং

অসিদা মফম অসিদা কঞ্জি তৌরম্লিবনো ?" লৈপাকলৈনস্থ মপাগী মখোল তারবদা খোঙচৈন থুনা প্রপ-প্রপ চংশিনখি। মহুস্থ তোম্বমুনা মঁশক তাংদাংবা খঙলুপ্রবস্থ উরম্মী। মহুদা শাউবনা লুত্তোন য়োথিরম্মী। তোম্বমুগী রাকমহুদা দেবেন্দ্রকুমারনা কীনা অস্থুম্না, "ঐস্মি।" হায়নদমক হায়রকই। তোম্বমুনা শাউনা হায়রকই, "মহম চাদনা গফম অসিদা পঙথোক লাকস্থুকো, লৈহি পাম্বীদমক চম্বনা, নোঙ্গিরবী লৈরাংশিংবু লৈখে ক্ত লৈমল চনহন-গস্থুকো। চো-চো, ঐ খেঙনবদি নক্ক্ষী লাইবক ঘবনি। মখোযগুম্না ঈ হেগংলক্লিবা মনুং মোপরশিং খেংরবদি খুদোং-থীগনি।" অসি হায়লুহৗগা খোঙ্গাল মস্থুংলোমদা অহুম চংশিনখ্রে। দেবেন্দ্রকুমারস্থ ইকায়না পোল্লি পৌল্লি অহুম চংখি।

তোম্বমুগী অমাংগী মচি হেক য়োরকপদা লৈপাকলৈদি খাঙ্গোল কাংশগা ইমুংদা চংখ্রে। তোম্বমুস্থ শাউনা প্রপ-প্রপ চংশিনম্লগা রালাং অমত্তা থাংদনা লৈপাকলৈবু মনমদা খুবাক্লা শেং-শেং থহনা থম্বরে। অহুগা তোম্বমুনা শাউনা হায়রকই, "ওঙ্গ্রাযা নবুংমক নোঙ্গুবা এমস্রেইডেদা নঙ্গনস্থ অমুক ইমাযদা কালি তৈশিম্লবা হোংলবা!" লৈপাকলৈনা কপ্পা কপ্পা অস্থুম্না কীনা তপ্পা হায়রকই, "পাবুং, মচা করিস্থ তৌদ। কোঙ্খোং ময়াদ। মী অমা লৈবা উবত্রদা ঐংখোয়গী তামো ওইর-বোক্ক মীংহুনা চাক চামিম্লনবা কৌশিনগে তৌকবনি, তামো ওইরমত্রবহুদা চংলক্লিবসিনি।" ফুদাকলুরগা মচাগী বাহৈ অহুদা

তোম্বমুগী থম্মোয়হ্ কায়রকহনা মচাগী মিংলুদগী শিন্থরক্লিবা শিন্নাং অদু তৈথোক নাপ্থোকশিন্নগা মচাবু নুংশিনা অঙ্গম্না হায়রকই, "ইচানা ওক্তবা নখুংহুগা চাক চানিয়নবগীদমক অহিং মিংশোল থাওহনা ঙাইন্নিবা—ইপা লাক্লে, ইমা যুম্নোই, হয়েং মতৈথদিনে মশুগী ত'মোবু ঙাইরুস্থু, মা অমা ওক্রগা ইচাগী মিংচৎ থীহনবা য়াবা নত্তেকো, ইমা যুম্নোই, ইপা লাক্লে।"

তৈপাকতৈনা হিক-হিক লাউনা কপ্লগী মতৌ অহুদা মচিন্না অমুক্তা অম্মুম্না হায়রকই, "মচন অশিবা মগী মবুংবু কয়াদা নীংক্লিবা— মবুং ওক্তা অদু হল্লক্লগা চাক চামিন্ননি হায়হনা অম্মুক থেংলবা অহিং অসি ফাওবা ঙাইমি হায়হনা ঙাইন্নিবনিসে, কয়াদা নুংশিজগ্রবা— মামা কয়াদা ওক্লিবা— ইপা লাক্লে।"

মপাগী মতৌ অহুদা তৈপাকতৈনা হিক-হিক কপ্লগা অম্মুম্না হায়রকই, "পাবুনা ইপানি, তামোনা ইমানি। মচাদি তামো য়াউদ্রবদি চাক চাবা ঙমগদে। ঐ তামোবু ঙাইথিনি। পাবুংনা তামোবু থিক্লবদি থেংনরক্লব্রা?" তেল্লমুনা মচগী থম্মোয় অহুদা মাগী পুক্লিং নুংশিজরহুনা হায়রকই, "থৌবা ওঙ্গনে, বসন্ত-খোয়দম্থু হংলুরে, ম'থু হল্লকহে ত্র। মণায়বা অতৈগী ময়ুমদগু হাললক্লবনি, অমত্তা থওই-উই হায়রক্লে—। চো-চো, মও চাক চাথোকলুরো, ঙাইরুরস্থু, ইপাস্থু তুম্লপে।" অসি হায়রম্লগা তোম্বমু ফমুংদা অপুক কাখৎল্লে। অহুবু মচা হল্লক্লবগী মৈপা, তুম্বা-হিপ্পা চংদহুনা ফমুং মথক্তা ফমহুনা অহম তৈরে। তৈপাকতৈম্থু হেয়-মাই হায়দনা ফমুংদা সখোঙ য়াম্থুগা তুমিন্না ফমহুনা

লৈরে। অহিং অসি লৈপাকলৈ, তোল্লমু মপামচা শেখরবু ঙাইহুনা মিংশেল খাঙহনা লৈরে।

অরাবনি তোল্লমুগী বাখল! মমা মপানা মচু-তুমুম নাম্না ফাংবা ঙংঙ্জনিংদবা অস্তা পোকপা মপানা মচা হল্লক্রবদা করম্না মমা মপা ওইবশিংনা করম্না অহিং অহু লেমগনি! মচা ওইবশিংনদি মপা মমাগী অরাবা অহু ক'রঙ্গুম্না হুমিত্তস্থ উমদে। মচাগীদমক্তদি করিগুম্বদা মচা ওইবশিংগীদমক্তা করি অমত্তা তঙ্বিবা, শেম্বি—শাগিবা ঙমক্রবম্থ মপুন্সি হেক চিংশিনবা ফাঙবা মুংশিজবা ঙম্মী।

মচা ওইবশিংবু মমা মাউদনা, মপাদনা মাউয়োক মাওকোমবা, মচাগা মপাগগী মরক্তা সম্ভায়পিংবা লৈতংনা মচাগা মপাগা মুংশিনবগী চাং অসি হংবঙুম উই। অচুবু মপাবু মচানা মুংশিদবাদ নত্তে। মুংশিবগী চাং অহু থম্মোয়দদা লোত্তুনা থম্মিখিংঙুম তেই।

মমা মপা ওইবশিংমা, মচানা নুংঙাই য়াইফবা, মীপোই মী ওইবা অহুবু পামজ। নুংঙাই-য়াইফরকপা মচা অহুগী মরম মতৌ করি করিগুম্বা মতমদা কল্লকপা লৈতে। শিবদা পুথিগদবস্থ নাও ঙুমদগী পেঙবা অহু থত্তুনি। অহুগা মমা মপাবু মীংনা উবা ঈশ্বরনি হায়মত্ত শৈথাননি। ওক্তবা মচা মত্তুশিংনা ওত্তবা লম্বীদা খোঙদায়করকপসিদি মীং মক্তা উবা ফংজনিবা ঈশ্বরহুমক্তী মক্ষমদা মপাম লঙশিজবনি। মমা মপাগীদি কোকপিবা, পেনবিবা, রাখিবা অসিথক্তনা মথোয়গী মথৌনি।

# অষ্টম

হৌগংলকপা শক্তিসুগী থাজনি। লোইরোই লোইরোইনবা হায়গংলক্লিবা চিংগী মাপোম শিংদা, নাকেন্থদা মক কোকলুরবা উপান-রাপাম, উরী-রাস্নীশিংগী অনৌবা যেন্নিংনা মথোই কায়কপা. লৈস্নেনা মক্ক কেগোক কোক্লা চাকলুরবা মাপী শিঙনানা মুবা তাঙ্গাই মথক্তা হানৌনা মপাল কায়কপা, হানৌ চাবা শল্লুপ্পা লোইরোইনবা চিংগী চিঙ্খাংদা ফৈমা যৈমা মস্নী মরী চং, থুন্নৌ মপাম্না ফিনৌ কৌরকপা, অপ্পা হম্বা মালংমা চিঙ্গি মখা পীরকদা, কানৌবা ঙাগৈ শাববু, ওঙনবা তরমপাই নুমিৎকী মশেক্তা ষৈরবদা, প্রকৃতি মাইরেম্বী ঈমগী শকফম্বু, হেনেন্দকহেং মিংশেলদা তাবা সনা শকফম্লুক মৌংথিনকলে।

অবাংবা চিংদগী চেন্থরকপা তোকচপকী লাক-সেমগী কাংগং-হ্রিবা চিংগী না পারনিংদা থরাং চৎলা শামুগী মনমদা অরেপা হেনংগী লিদা থাংডুনা, নকৌপা হাইরেম্বী ঈমাগী খুংসেমডনা থাদবা, নোংখিরবা দশা অদিগী মথক্তা, রয়াই মহাদেবগী পুখ্ন লাম্লক্লিবা যারকশিনা উরক হারকপা থেক্কা খোঙ্মা চেন্থবক্লিবা ভুরেমগী মরীমইমা কাথৎনরক্রে। শক-চু অমদি অমদি পুক্লিং রাখাল মালেমবগী মতুংইন্না থিজেৎ চৈথেংগা মাপেনবসে, চেন্থরক্লিবা ঈচেমগা খোঙ্খবে- শিব মহাদেবগী খুভম

তাল্লক্লিবা যান্ত্রিকশিংনা, চেঙ্গুরকপা ঈচেমবু থৈ থৈহন্না চংপদা খোয়রজবা তুরেলগী ঈচেম্নগী অমুক হেন্না থেক খোয়হন্দুনা, মচু করামা লৈথল শুনা লেংলবা সনা লিক্লাং পরেংনা মালেম লৈদা তংনা কংনা তানজুম খোইকহুম পুক্লিং ঊংক চৌঙলে।

অসোমদা লৈশ্রম শুঙ্গাওয়োমদগীসু থক্লা লোয়না কাখৎ-লক্লি। য়য়োই মহাদেবগী খুভমদগী মায়ৈক অনিদগী খুভম তাল্লক্লিবা যান্ত্রিকশিংবু য়েংথরকপদি, অরাংবা অশিয়দা, নিংথৌ তুরেলনা চেকশু, থরানলিচাক্লা তজ্জুপ তরেংনা থোকপগুম খোইনা হেন্না পুক্লিংবু তংক তুশকহল্লে। ঊকংগী অশিকপা ঊচেন্না নংবী নুংজাও মরক মরক্তা কন-হন্দুনা চেননগী অশিকপা ঈরাউখোল, চিংগী চেক্রাশিংগী খোঞ্জেল কয়া কপা পুশিনবা থে ময়াংশং অশিংক্লমা শিব-মহাদেবগী খুভম তাল্লক্লিবা যান্ত্রিক-শিংবু শক্তিবুগী মপাল ফগংল্লক্লিবা মুংশাগী মশা অমু লাংহল-হল্লকনি। তাংশ মমক শিব-মহাদেবনা মাগী যান্ত্রিকশিংবু অচান মীরায় লায়দনা থৌগ্র নব্বা ওইরমগ্নি।

শিবমহাদেবগী খুভম তাল্লক্লিবা যান্ত্রিকশিংগী মরক্তা শেখর, চন্দ্র, বসন্ত মখোয় অহুমসু মহাদেবদা ভ্রমজবা লৈ-শু কংলুরগা "মফম চাবা মদম অদা য়েংলগা পোকাকল্লসি।" হায়না খন্নরগা অসুম অসুম তুরেলগী মরিন ইন্না লুমথরকপদা, মখোয় অহুমগী মাও থানা শেখরগী মঙ্গোয়দা লোগ্না থমজরিবা প্রেমগী নুংশি অমমা তুরেলগী অথেকপা, নাকন য়েংলেম মায়রোম-দগীসু পুক্কক পুক্কক চাউবা উপাল মগা মচানা হাই -হ ইথনা

হৌরিবা মচি অমদা অচৌবা মুঙপাক অমগী মথক্তা ক্রুমাল থারগা ফমহনবা নুঙসক্তা চেঙ্গুরক্লিবা অপিকপা ঈচেলবু য়েংলগা মাগী চান্নবী থিনাগা লৈরম্লে। দশুমতি অমদি বিনা মখোয় অনি অসে চিংগী চেক্লা মচা কয়া কয়ামা খোংবগী মুংশিন্নবা খোঞ্জেল, চিংগী হরিণা ঙংবগী 'লৈং-নিং' লাউবা মীংথরবা শৈহেক, পুক্লিং হুরবা খোম্বাংশিং অসিদা গখে য়গী নৌজরবা থম্মোযহনা লিক্নোন শান্নগদবগী লিক্লোল মায়ুম শাংদা থামা ফাক্তোরকপগুম মথং মথং থম্মে রগী লায়ুম্বু ফাকুথমরম্লি।

মখোয়বু থাজনবা মফমহুদা উরুবদা মিংথিরবী দশুমতিবু য়েংসু য়েংমিংহই, উহনতসু মবৈ, উবমক্তদসু শাই লউরি। য়েংবসু য়েংঙানগ্রি। মাগী থম্মোয়দা করিথল্লুবননো অঙকপাগি মুংশিবগা ঈথকসে। চন্দ্র, বসন্তদি দশুমতি, বিনাবু উরুবদা, মখোয় অনিহুদা মখোয়গী মরুপ শেখরবু হাপচিন্নগা মখোয় অহুমহুগী মতৌ য়েংমিংলহনা তুম্নেলগা তোর্বান নাক-গেঙা খাই-খাই হাইদোক্লম্মে। শেখরদি মাং থানা লাকপমা মরু। অনিনা মাঙখিবা অহু উহৌদ্রে। দশু, বিনা অনিদি তৌমখিবা ইঙ্গিত অহুদা মেকফেং তৌহনা অহুম হৈদ্রে।

শেখরনা দশু, বিনাবু উরুবগী হরাউ-নুংঙাইজবা অহু মাগী চান্নজবা মরুপ অনিদা মিংনদা ওইরবসু থিঙং ফোংদোকচগা ফায়মা হন্না য়েংলুবদা চন্দ্র, বসন্ত অনিদি লৈরমদ্রে। হেন্দোকসি লাকচিন্নবা মরুপ অনিনা মফম থঙদবগুম, লেপসি ঈকাইবগুম,

খঙহৌদনা হিয়োই হিনাও কায়নয়বা হিয়েন্না ঈখক ঈরৈদা উংবগুম, উরু উরু লৈহনা লৈখ্রে। মতো অহ উবদা খিনানা মোক্ক-মোক্কহনা অমুম্না হায়রকই,"মাঙখি তাখিবা করি য়াউরবগে ?" শেখরমু বিনাগী রাক-হনা করিগুম্বা রা অমত্তা ওইরবমু হায়-দোক।। ফংলগদি খল্লহনা অমুম্না হায়রকই, "লাম্মৈ থাদবী ওক্লাদগী লাঁমরবা মরুপ-মপাংশিংমু লোইনা কায়নরে। লম্বাও-নগদোইরমান্নে মুঙ্গায়লকসিদা।" শেখরগী পাউখুমহনা চন্দ্র, বসন্ত অনিদি ইঙ্গগা মঙক ইন্নরগা যোন্না মোকমিন্নরি। অহুমু চন্দ্রনা মচিন ফাবা উমহল্লহনা অমুম্না হায়রকই;

"নাঙ্গো'কখ্রবনি যেখিল্লিংদগী,
পাইখ্রগনি চেক্ক'দো,
খোকখ্রগনি তাইবংগোন।"

চন্দ্রগী শৈরেংহনা দণ্ডমতি, বিনা হ খউবা উমহল্লহনা থিক থিক মোক্লি। অহুমু ঙাক্তংবমা অমা, খেননা অমা ওইরে। শেখরদি দণ্ডতগী লোন্না প্রিয়া মরী লৈনজবা প্রেমিকা অমনা। দেবেন্দ্রকুমার। নোমা থেংনজবা অহলল-মনমমু পীনজবা অনৌবা প্রেমিকা অমনা। করিগুম্বা দণ্ডমতিগী প্রেমিক অমন ঙসিনা অঙখ অঙম হাংজোক্লগী খোঙকমদা লেপ্লু কপা তারবদি করম্বা প্রেমিকমী মাইকৈদা লেপকনগে! নুমরবা দণ্ডমতিগী ঙাঙ্গানি। অমুম্না করি অমত্তা হায়বা ককপা লৈত্তনা লৈনবহনা চন্দ্র বসন্ত অনিনা অহুম্না করেমহনা থোক্লকই; হায়রকই,

থম্বকা হায়বহ্ ওইরম্মী হায়বৈ; হৌজিকী সমাজ অসিদমু, মুংশিবগী নেবাতবু ফংলবদি তরেংদি চফম পায়জগেকা হায়রয়বা মাকম অদুনা কনায়দ লৈরমখিগদগে ? খঙ্গাব্রোই খঙলরোই লায়না লাইওংদো।"

নুপীমচা অনিগী মমা দা, এরু। অনিগী মতৌদা শেখরসে তৌফম খোংফম খঙ্ক্রুহনা শিব মহাদেবনা লৈবা মাইকৈরোয়দা ওল্লগা অমুম্না হায়রকই, "নুংঙাইবা মচে, অরাবনি, নোংদম্বা অঙগী খুৎশেম.স। পীনাবম্ব্ল সংসারগী অমম অঙালবু উননবা মিং, অ্যাকুম্বু খায়বিরম্লি অখোই-অহেন, তাংহল্লবনা ফয়বরা ঐগী তাগীরবা ইনিং অসে! করি করিগুম্বদা ঐগী তনথীরবা ইমিং অসিম তাংল্লংস্থু উংবা, য়েকপ্রবা থাজ মাগী মুস্তিদি থম্মোয়মুংদা লেঙ্গনা লৈখিনি। অরাবনি নুংঙাইবা মচে।"

শেখরগী চোই.রান অহুদা চন্দ্রবা অমুক্না সমর্থন তৌরহনা হায়রকই, "অরানবা মচে, অচুম্বনি। অফবা অপাম্বু য়েংবা মাত্রাদি মিং পাল্লবগী অর্থ খোক্তবে।"

নুপা অঙম অসগী চোইরোনশিং অসিদা নুপীলক্লগীমু খোইদোক হেন্দোক্লা হৈ-শিংলবী নুপীমচা অনি অসে, নোংলৈ মুংশিং মরক্তা নোংখাংনা লাঙ্গোয় চনখবগুম, করি অমত্তা হায়কম তৌফম খঙদনা তঙক তঙক য়েংহনা লৈরে। নুপীমচা অনিনী মতৌহদা চন্দ্রনা অমুক্তা হায়রকই "চন্দ্রাম্বরবা নোংশামা তাল্লক্লবা শক্তিগুম তথক তথক্লবী নুপী মচাশিংবু অখোবনা করিগুম্বদা চংজফম পীবিরবদি শিব মহাদেববু দর্শন তৌজরুবগী মর অহ্ লেপ্পমক ফংলগনি।"

শেখরনা চন্দ্রগী ৱাফমহুদা অমুক হায়রকই, "ঙসি ঐগী ইমাংদা লেপ্লরিবা শক্তি অমোমশিং অসিদি কম গুম্না খোইদাজনা শাদামবা কনাগী ঙেম্না পাম্লবা য়া'রো শজিন। চংজফম পীক্লদা ৱর ফংত্রা হায়ববু দোযতুম ফংলনি। ইনাক থীজরনা ঐসে পাপ অমুক পুবা ঙমজবরোইযে।" অসি হায়রম্লগা শেখরদি অতুম খন্না খরা হাংথখরম্মী।

শেখরনা হাইথখিনতুদা বিনাম্না অস্তুম্না হায়রকই, "ফোংদোক-ত্রবসু আশা অসে, চেস্তর কুবা নুংশি ঈচেলদি লোম্হোক্রবী কনাগী থম্মোযদা চেন্দবা মস্তে।"

শেখর স চংনা চংনা অস্তুম্না হাযবর্মী, "অচৌ অচৌবা ঈচেল কয়াদদি মমল য়াম্র-য়াম্রবা হংরা, মণি মুক্তা কয ফংই হাংনৈ, অদুবু ঈশাউখোম থেক্রবা ঈচেলদা, ঈথক কায়রা ঈপাক্তা করম্না অমুক্ত ল,কখিগদগে?" অসি হায়রম্লগা শেখরদি ঙাইহাক্তা ফাওবা লেপ্লগদনা অতুম চংথগ্র।

শেখরনা চংগ্রবদা ঙনাইমখৈ লোম্হোক্রবী শাহুনা লৈরম্মী দশুমতিনা মঙাং মতং ওইনা অস্তুম্না হায়রকই, "ফোংদোকুবগী পান্থে লৈরকখিগদ্রা। নুংশি কান্না মৈতনা র যথ্রসনু, পাপ চেল্লনী ঐগী দিহেসে। মান্নবা শক্তি পীবিদবা নুপী ওইবি শংগী মপোক্তি কাম্নদ্রবা মপোক্তি। শক্তিহুনা করিগুম্না নুপী-নুপা মান্নরম্নবদি ফোংদোকপদা ওইরবসু ওম্লম্না মথাই, অদুবু হৌজিক্কি করি করম্না পান্থে লৈরম্মখিগদগে।" দশুমতি হায়না কৌবী নুপীমচা অদো হৌগংলক্লবা মৈশা অদু থম্মে রনুংদা ফুমজিল্লগা

অহুম লৈহৌবা মতাংগ্রে। শেখয়না হাইথরবদা দশুমতি, বিমা, চন্দ্র, বসন্ত মখোয় মরিম্মু অহুম লেপ্পুনা হাইথরক্লে।

অসোমদস্মু লৈপাকলৈগী দেবেন্দ্রকুমারগী লাই খুরুম্পা ল'ক্লমহুনা শিব মহাদেবদা হৈ-লৈ কংলুরগা কুমথরক্লি। লৈপাকলৈ মাগী মম'ঙ্গবীশিংমা ওইবিরমদবনি। থৈ-থৈহুনা ঈকংথাগী খোঙজুংদা চেম্রিবা অপিক।। ঈচেনবু চোংগ চোংলহুনা কুমথ-রকপসিদা দেবেন্দ্রকুমারনা মোমান নোক্লগা অমুম্না হায়রকই, "ঙসিগী যাত্রিকশিং অসিনা চংলিবা লম্বা অসি ঈহৌরকপা ঈপাম্বাগী মতমদদি ঈমায় চোঙ্গা চেন্দুনা চংনবগী শক্তিদি লায়রহুনা অদোগী মশক ওররগনি। অহুবু ঙসিদি শিব মহাদেবগী খুভম তারর।" ঈচেনবু চোং চোংহুবা লাক্লম্নদগী আচৌবা নুঙগ্নাও অনগী মথক্তা লেগ্গা লৈপাকলৈমা হায়রকই, "চংলি ঋতুনা হোংদোক হেংজিল লাইবনা, ঈমায় চোঙ্গা চেপ্লম্পা তুরেলস্মু ঙসি অচ-অংক্কী লম্বী ওইমবত্ত নত্তুনা শিব মহাদেবগী খুভম য়োনরি।"

"অহুবু থম্মোয়না থম্মোযগী মশক খঙবিদ্রবদি তাক্লবগী পাগৈদি কদায়দা অমুক লৈরমখিগদগে!"

"থম্মোয়গী মশক্কি থম্মোয়না অহুম খঙই, অহুবু মোংদম্বগী খুংশম্না করিগুম্বদা চেম্বরকখিবা ঈচেন্দুবু থৈদোকশিন্নবস্মু, মীংবা কায়বগী শক্লেম্না ঋনা লোংখিহুনস্মু, কান্নত্রবা রাখলহুগী মমি অহুদি মায়থোংদা অহুম লেপতুনা লৈহৌগনি।"

"কনাম্না কনা! কনাম্না কন্নি। কনানা খউটাম মপাল, কুরাউ মপাল? লাইরু-অনং, জাত জাত খায়দবা মুংশিবগী ঈচেলবু কননা কয়গা লম্ন দা থৈদোকপিগ্নিমনে।?"

"ঈশ্বরনা শেম্নকপা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোযদা ঐগী মীগী হায়বা তোথায় তোখাযনবা রাখন অমা থম্মক না মীওইবা সমাজনা তসি চাউখং খেতপাংদা মাংজিন থবা তাম্নরি। ঐগী মীগী হায়বসিনা খায়বিরমদ্রবা চপ মাননা শেম্পিরম্নবা, তসিগী সমাজ অসিনা কন্নি ওইরমগনগে? অমাম্বগা মুংশিবগা পুম্নবা মুংশিরিবা লোংশক অহনা কেতুকী লৈহাও ওইরে, পুক্নিংগী অমাম্বা য়াউদবা মুংশিবা অহনা থাউনয় মপাল, কুয়াউ মপাল ওইরেদনা।"

অস্তুম্না ররী শানা শানা লাকপসিদা মাংদা চন্দ্র, বসন্ত, দশুমণি, বিনা মখোয মবিস্থু বা-লান অমত্তা তাংগ-শক্নদনা চংলম্নে। মতু উবদা লৈপাকলৈনা লকক তৌহ, মতুদা দেবেন্দ্র-কুমারনা হায়খকই, "কৈদোরে?"

দেবেন্দ্রকুমারগী খেঙেন তাবদা দশু, বিনা, চন্দ্র, বসন্ত মখোয মরিনা হম্না য়েংলকপদা লৈপাকলৈগা দেবেন্দ্রকুমারগবু উক্নবদা বিমান অস্তুম্না হায়বকই, "নখোয়স্থু শাই খুরুমলিদোইরে?"

লৈপাকলৈনা খুম্নকই, "ইচেখোয়না হৌবিরমদবন্দুদা ঐহাকস্থু তম্নরকপনি। অহুবু কনায়না থৈনরিবনা খাবা কোবা খংলক্রবনি। অহুবু অসিদা থেংনরেদনা।"

চন্দ্রনা নোক্ন নোক্নগা দেবেন্দ্রকুমারদা হায়রকই, "ঐখোয় হল্লো লাইবক কবস্থু য়াউবিরম্নি?"

দেবেন্দ্রনা অসুম্না অমুক থুনকই. "অহোয়, খোঙহৌদি ঐখোয় হল্লোখোয়বনা হায়বিরম্লে।"

রাকম অহুদা বসন্তনা মোকফেং তৌরগা অসুম্না হায়রকই, "লম্বী বগন-কা তৌবিখিনুকো, ওইনচাওবা মুপা অমা হেল্লোই ওক্রুবদগী লম্মাংনহুনা হাইদোকপ্রবনি।" বসন্তগী রাকমহুদা লৈপাকলৈমা মোক্র-মোক্রহুনা হংলকই, "কম্নি তৌগ্রবগে ?" চন্দনা অমুক মোকফেং তৌরগা হায়রকই, "লাইগা মীগা রা ভাংনবা য়াবগে? লাইচুবনা হায়খিবনিদনা, ঙসি ওক্রুবিরা লাই অসিদি পামজবা কমাগী ভক্তা প্রেমগী কুন্দো পরেং হুকখিদৌরবী লাইনি।" চন্দ্রগী রাকম অহুদা লৈপাকলৈমা মোকফেং তৌরগা হায়রকই, "ওক্রুবিরা লাইরেম্বী অহুদি, খুমন লাইগুম মহু চাওবী ঈরাং চখান চংলমোইদবী ভাংল ?"

ঙসাই মথৈ রা-লান অমত্তা ভাংদনা লৈমম্বী দঙমত্তিমা লৈপাকলৈগী রাকমহুদা নোক্লিংলহুনা থিক-থিক, মোকখোয়ক্লে, মহু উবদা চন্দ্রনা মোক্রগা হায়রকই, "লাইরেম্বী মোক্লিংলমান্নে লাইরা মন্ত্র চম্নদি। তৌন্নি লাইরী থৎপা য়ারগোই।" মখোয়গী র ফমশিংহুদা দেবেন্দ্রকুমারদি ভাব ইতা ভাদনা ময়ামগী নোকপা অহু অহুম রাউম্নি। অরেঙ অরেঙ পুখরবদা বিনামা মোমোল মোক্রগা হায়রকই, "লাইমা মীরোল ভাংই হায়হুনা মীমা মোক্রুখিরোইক্রো! মীরম্লেন্দস্থু তিনবা য়াদা, লাইরম্লেন্দস্থু চংবা য়াদা, শিঙেল অরেম্বা, লৈরাং অত্তিঙা ওইরনিমে।"

ফিনাগী ল্লাভাক্না মখোয় মশেল ল্ল-ল্লা নোল্লগা ঙৈতে ফাগী জে'গাই কয়া তৌন-তৌনবুনা মখোয় ইল্লাম লোক্ত্ননা অহুম হায়থমল্লে।

৯

মতম কোৱী লাইহে ল্পীমা কনাবু অচান মীয়াম নায়দা, কনাবুসু চাইবিদ, অস্তম অপুম চংশিনখিবনা লৈকেবু মাবগী মপাগা, দশুমতিগী মপা লাপবকা মতা মচাশিংগী ল্লা লোইনন-হুনা লুহোংগদবা থা অমরোমদা মথাইরে। পাউ অাস শেখবনসু তাম্লোইদবা নত্তে। দশুমাত্তমা ল্লাফম অমি হান্নবসু ফোংদোক-খ্রবমি। ঙৱুদসু মতে, দশুমতি ন'গী ঈজো'গদা শেংবনী মপা জোল্লমুনা তাংহন। তৌবদগী লেমিনল্লবনিগা ল্লাকম অমিযু শেখবনা তারোইদবগী ল্লা করিবু লৈতে।

ল্লাফম কয়া অসিদগী শেখল্ল নীংবা কায়বা ঙৌরল্লবন।

মাগী মম'ল্লনশিনসু ওক্তোক ওক্তোকপা মঙংগী জবাব চৌবহুনা নোকমিন্নবগা ইকায়বা কয়া কয়া থাঙলল্লবনি।

নোংমগী ল্লংদাং ল্লাল্লম্ল। শেখল্লনা মাগী থম্মোয়গী ল্ল ফম অমগুমবু লুংশিন্নবী দশুমতিগী মফমদা শেংদোক্লিংলহনা, দশুমতি খোয়দগী যুম্লোন অমা অমি লাল্লগা লৈবা শাবন্দা অচৌবা

পুম্নি অমা লৈ। অহুগী মনাক তম্না লাক্লম্মী। শেখরনা পুম্নি অহু য়ৌ ক্লিকৈঙ্গনা দত্তমতি বিমা অনিস্থু সনাবুম অমমম মমাক্তা খম্লগা, পুম্নিগী সিঁড়ি মথক্তা থম্মোয় শোক্লা বামী কয়া কয়া শামরক্লি।

ইঙোল অমত্তদা লৈমিন্নবা মশক অমা ওইহুনস্থু দত্ত-মতিনা মাগী নাপদা শেখরগী অস্থা রাষ্ট্রে, করিগুম্মদা অমুক হম্না তবা ফংলম্লোই। মানা করিগুম্না হায়রক্লগস্থু মাগী মুংশিবা রঙাং অহু থোক্লক্লরোই, খল্লহুনা অস্থন্না চান্নবী মত্তা বিনাগী মফমদা খোংদোরকই,—

"চান্নবী নহাক্ত পুম্নিদা মুংশিবনু শান্নগোৎক্লম শিজিন্ন-নরক্লুকো, লাইবক ফক্লগনি খল্লুম্না মুংশিদা অথোইবা অপাম্বা থীক্লা গী ঙনি মৈশা অসি ফংহুনা এমা লাইনক্লমাবী ওইরম্মিব-দানা। ঙদি লাইবক ফবী ওইরকউকো. অথোইবা তানবা থাদবনি জগংকীদি হৌনশানি। অহুবু লাইবক্তি ঈশ্বরনা তম্নি।"

"খল্লুরন্নু, মতম অহু চৌথ্রাম্নি। চম্নুম্না ওইবী এখোয়দা চংলকপা কোয়ম্লকপা চান্নবা মুংশিবা খুদি মকপু পুম্নিগী লৈপুল মম ওইবা নত্তে। খল্লুরগনু, মহু নহাক্কী লাইবক্তা তমঞ্চবনি।"

অপাম্বা কয়া কয়া কান্ম, মুংশিবা অমা থুংমনদা তানবদা মুংশিবা কয়া মাঙই। অহুবু দত্তমতিনা দেবেন্দ্রকুমারগা মুহোং-গদবা অসিদি মহাক মশাগী মুংশিনজবা থুংমরোইদবস্থু নত্তে। অহুম ওইনা ওইনমক শেখরগী মরালন্ন। করিনো? থোইনা হেন্না হেন্না খল্লুরগা দত্তমতিগী থম্মোয় অহু ফাবা য়াশিল্লক্লে।

লাকমি পুন্সিগী বরদি, খিন্নরগনি পুন্সিগী ওইনা লেংদা উরোংদি, যৌবন বসন্তগী অহানবা খস্মোয়গী চেক্লা মহাক্রনদি তোংলমোই রাখলগী কৈরা'থকসিদা! করিগুম্বা পাইরক্লগনু কায়-দোংফম থণ্ডদনা কণ্ডাওননা হুন্দ্রগনি মদ্দম — মসি খুম্মক অসিনা দগুমন্তিগী রাখলগী মীৎমাঙদা শং-শং লেপন্তুনা কালেম-থাগী শায়বা মুংশাঙ্গুম খোক্লয়বদা, রাকচিংদা শাংগী থোলংবী গুলাপকী লৈমাদা তারম্বা রাকচিংগী উল্লেন উনখাশিং অহনা কোয়ো লৈশা ফংলবদা পক্লম্বা উল্লেন উমথাশিং অহুনা মহি চেন্দুনা লৈখোঙদা লিক্লা ওইনা শিন্থরকপগুম, দগুমন্তিগী মীৎলুদগী শিন্থরক্লিবা পিরাংনা মালেম মাগীদি মতম্পাক, চন্নরা মঙাক্নীনা খোঙবী ময়াদা মরী মরী শিন্থবক্লে। অরাবনি দগুমন্তিগী রাখল, প্রেমগী লাইজনা ঈংকৌরক্লন্দা!

অম্মুম্না দগুমন্তিনা মশাগী মরাল পুম্না, মাগী রাখলগী মীৎমাঙদা থম্লিঙৈ চৈরক অসিমক্তদা শেখরনা, মাগী চৎকদবা লম্বীনি কায়দা, থওইনা য়েংবম্মু মতো. মায়পেঙনা মালেম লৈনায়-থক্তা থম, নিশামা শাদোং ওইরবা মীন', লম্বীগী মরাক্তা হাইনা চুম্না চৎপগুম, খম্মোয় মকা লাদনা লাকপহু বিনা কৌবী মতাংমোইনা উরুবহুনা অম্মুম্না হায়রকই,—

"কায়দোংফম শীখিদ্রবা চেক্লা মনাহোং কণ্ডওমনা পাইরক্লে। মঙোশাঙ্গুম মহাক্নী মায়থোঙ মকা লম্লক্লে। মপুক্লিং রারো-হৈ মসিকো।"

চারবী বিনাগী র কমহুদা পিরাংনা মহৎলবা মাগী মায়থোঙ অহু খিঙুং হন্নগৎলগা য়েংলুবদা নীংবা কায়রবা শেখরবু উরুরগা,

ঐ অসে মহা মীহাংগী মদকো।" হায়না মাগী থম্মোয়স্নুংদা থক্করগা, শেখরগী মতৌ অহু অমুক উমিংত্রহনা মথুং খুবাম আঁমিনা মমায় অহু খুমজিল্লগা মোঙ্হনা মথুক্ত অনিদা শৌজিন্দুনা মমায় অহু লোংশিনখ্রে। করি য়াথলহু থম্বিবনো। থম্মোয়দগী শিঙ্খ্রক্লিবা পিরাংজুবু হিংনথা লাক্কঅরিত্রা! কংগুজদি থিংবা ওমগনি! মথুং খুবামস্নুংদগী মরী-মগী লিথরকপদো— অমুক ভুংশিজবা মহাকপুদি করিগী লায়থোকউরিবা— খোক্লবগতা থেংনবরা? থেংনরগত্রা কংবরা লুংশিংগী মহাওমে?

শেখরনা মপুক্কিং ইনুং নুংঙাইহন্না অস্থুম অস্থুম চংশিন-ত্ন কপনা দণ্ড, বিনা অনিগী মমাক, পুথ্রগী সিঙ্ক্তি ময়া যৌশিল্লক্লেং। শেখরনা দণ্ডমক্তি অমস্তুং নিংগী মওংহু উবদা কল্লিওবা বাকয় অমত্তা কাওথোকপা ওংত্রহনা নুংমা শাবা মূংলুম লেহ্লরে।

বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা ঙাইহ'ক লেপ্লরবগী মতুংদা বিনানা তপ্না তপ্না অস্থুম্না হায়রককই, "তামো শেখর, নহাক করি তৌরে? বাশাম অমত্তা ঙাংদনা লেপত্রনা অহুম লৈরিবদি? তাহমাগী নীংবা থুংদবা করি লৈরবগে?"

বিনাগা বাহং অহুদা শেখরনা তপ্না তপ্না পাউথুম্লকই, "নীংজবা বরগী ওকপমদা নুংহাংবগী কুন্দো পরেং হুক্রমদোরবী লাইবক ফগী নথোয়গী মনাক্তা লেপ্লরিবা ঐহাক অসে লানঙ্গ-আমে খুমুনদা, হন্দোকপস্থ জৈকায়ওম, চংশিনবসি হাঙ্গাইওম, খোনা পূবা মাঙথিত্রনা লেপচরিবনি।

"য়াথলহু শোয়রে তামো, চাম্বী মহাক্কী অসিওবা নতন অসিদা নুংঙাই য়াইফ মঙোনহুম পীনবিরম্মু।" শেখর বিনা

অনিগী রাকম অহুদা মমায় লোৎতুনা খুবামনুংদা কপচরিবী দশুমতিনা, পিরাংনা চোৎলবা মায়খোঙ অহু খিত্তুং থাঙ্গৎতুনা শেখরনা চিংনা য়েংলগ হাম্বরগা অসুম্না হায়রকই, "ফংগনি, মৈচাক হাপ্লনবগী মর কয়া, নঙ্খিবিরমু, মৈচাক অসিমক্তনা পাপ চেল্লবী ঐবু উৎকী মক্তোগুম্না তুম্লো হায়না, মতুখক্তনা মীহাৎপী ঐগী ফংফম খোকপা ইশক্রক ওইজরগে।"

কাল্লগম্মু মুবা, কান্দ্রগম্মু থুপা হায়বা রাফম অসিদা, কনানা কানগনি? কনানা কাল্লোইদ্রোরিবা! রাফম অসিদা শেখরনা হায়নি ঙাই লৈরক্তুহুনা অসুম্না হায়রকই, 'নঙ—ঐ অঙাং ওইনা অপায় পুংশিগী লম্বীদা খোঙদামিন্নহুনা পুংশি পান্দাপ শোম-নিন্নি হায়না রাশক্তখিবা অহু অঙাংগী রামিখন্নরসি। নঙহ পোৎলুম অহু থাহুনা পুন্সি মেল কয়া চৎপদা খোঙলোং পান্নীদবা ওইক্কু, অসিখক্তনি ঐনা পীজরমগদবা বরদি।"

শেখরগী রাফম অহুদা দশুমতিনা তুক্ত মাঙ্গনয়হুনা অসুম্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "লাইবক চাউবা মহাকতু পুন্সিগী লম্বী কয়া চৎপদা খোঙলোদবা ওইবিয়ু, লাইবক থীবী মীহাৎপী ঐহাক্তি মৈশা অসি লাংতুনত্তা ইপুন্সি অসি লেজক্লগে।" দশুমতিগী মোইথেম ত্তোবা রাঙাং অহুদা শেখরনা মগী খম্মোমদা ফংলিবা রাখল অহু কাথরগা তপ্না তপ্না কনাবুসু য়েংদা, কনাবুসু করি থন্দনা অসুম্না হায়রকই, "নীংবা পুংগদোববী, পামজবা মরগী ঙক্তা পুক্তিংগী কুন্দো পরে বু ক্তকচবা ফংগদোরবী কনামা লাইবক থিবী ওইগদোরিবা— নীংব থুংবা হায়বসিদি পুন্সিদা ফংঙমত্রিবা

ললবু ফংবনি। অদুগা কয়ম্না— ফংঙমত্রিবা পোৎ ফংনরবগী-দমক মাংঙইবনা আশা কয়া তৌরবনি। আশা অদুগী মহৈদুদ যৎনবা হোৎনবিয়ু। মতুংগীদমক মাইবক চাওবা ঐহাকশু ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজহোগে।" অস্থুম্না পুংসগী বিদায় তৌরি।

অরাবন্দিদা দম্মতিগী রাখল। হি অসি তোংবা, খুৎ অসি থিংখৎলুনা ওই-য়েংবা অনিমক্তা লাং থাবা, অসিমক্তা শা অমমম থুরব'দ থুংজাইবা মতম্ত অরাবনি। নাম্ব-মাম্বতগী পাঙ্গলনা থুনবা শাবু কয়ম্না— ভঙম ডঙম শয়াক তম্বরক্লবদা শাদাম্নবগী পুক্সনা কয় ওইনা—অদুবু শেখর্দি মহুমক ওইখিরে।

যৌবন বসন্তগী অহানবা নুংশি ঙম্বদা অহানবা ওইনা দম্মতিনা থেংনজখিবা নুংশিজরবা শেখরনা তপ্না তপ্না হুই অশাংবগুম খোঙ থাকম খঙদনা নম্বীগী মরাক্তা হাইনা-হুম্না মফম খঙদনা অহুম চৎখ্রে।

শেখরন চৎখ্রিবা মতং অদুদা হি অসি তোংলুরবী দম্মতিগী রাখলন কৈরিনে— জগৎকী হৌনবীনি হায়রুনা অখোইবা তাল্লুরবী চন্নুরা মঙকী মরাম্লা? ফবা সঙ্গ তোক্লবদগী ওক্লবা ওইরবা চায়ঙব' মহাক্কী মরাম্লা? হৈহিদিবা খোইমুগী মরাম্লা? ফংলরি দশাদি দম্মতি অমদি শেখর তানমক্লা, থুংশিবনি থন্না থন্না মরাম শীক্লরবদা থংফম থোক্তনা ফংলরবদা মৈশা অহুনা রায়থ্রবনা, মচেন্দা মরাম শীক্লখিবা মশাক অদুন্দি মৈচাক অহুগী অচুম অরান হেন্ন' হেন্না উফম থোক্কই। তশেংনমক অচুম্বু অরানবনা থৌগইখিরুদবনি।

# মঙা

ঈরোম্বুন্দদা হৈনকা: ওভিরবকতু মাগী মরূম মঙহনখিবা মীশক অহুমী মকমদা লমন থুম্নবগীদমক, মীশক অহুমী চারোম তারোন কোকখা শিঙহুনা অহুম লৈনা, অহুগা কুসিগী সমাজনা ঈপা-মীগী হায়হুনা পুক্কি-লক্কগে শিঙ্গরিবা-তানশিন্নুনা অসিবু কনাচীদনক্তবো? আমা মপাগী ওইবশিংনা মচা মচাতগী আশাজনা মা-মাগী পুক্কিবু লৈজবা নত্রা?

মপাং কায়নরুবা চেক্লান্না মায়কৈ খঙদনা পাইবনি। শিন্নবা মচাবু উরবদা যণবীনা শরুণ শরুপ্তা কোয়না চেন্দুনা মচাবু থীবনি। মচা কায়নরুবা মপী-মপা কনমা মচাগী মংবু খোংতুনা মচাগী মৈচাক খাঙবনি। অহুবু মপী কায়নরুবা মন্নাওনা মপুক্কিং তথক তথক্লা মায়কৈ খুদিংদদি চেন্দবরা? মমা-মপাগী মফমদা মচা ওইদশিংনা নাঙথি শাজে। মমা-মপা কায়নরবা কুন্না মচা কনানা কন্নবা মপী মানবী কনাগী মফমদা নাওথি শাকবগে? মপী মানবী কনাগী মফমদা কন্নিওন্না খোঙ্লাং অমুক খক্কে হায়না তৌরুবদা কাউহুনা রাইহুনা তানবিবা নত্তনা কন্নবা শক্কক ওইখিবগে? মপী-মপা লৈত্রবা মচা ওইবশিংগী পুক্সিনা অদুম ওইনমক মচা ওইবশিংগী থক্নায়দা মপী-মপাবু নুংশিবগী ঈচেল চেন্দবমু নত্তে। হিংলিত্তে লৈরিত্তে মঙমদদি কেজ

মৌজরিহৈন্দা ঈচেল অহু খোইনা কংলমদে। অহুবু কায়নরবা লৈত্রবা মতমদদা খোইনা হেন্না য়াঙনা চেন্নরকপা ঙাক্তনি। অহুগা মমা-মপাবু নুংশিবগী ঈচেন্দগী, ঈচেল লেপথ্রবসু লেপখিবা য়ারিবা খাঙহৎখক্কী অপাম-নুংশি ঈচেন্নদি খোইমা হেন্না য়াঙহল্লি।

থাগং খ্রাহৈনা নোক্লবা, চানখীবা খ্রাহৈনা তুইংপা, থম্মোয় খাউদবমা নুংশিবীবা, তোল্ল তারবা লৈতা লাইয়শিংগী ফংকম খোকপা মনারা? মীওইবা খুদিংমক্কী থম্মোয়দা নুংশিবগী ঈচেল চেন্দবসু নত্তে। ' অহুগা অচৌ-অশাং লোয়শঙ্গী ফম্নাইবশিং খরনা মশা মশাগী পুক্লিংগী নুংশিববু, থম্মোয়গী অপাম্বু, শেঙাও পায়বগী খুংপায়-শেন্দা হেক হেক য়োঙ্খোকচরিবা অসিনা করিগীদমক্তনো? মশাগী মমল লেপচরিত্রা?

লাইমবা তোল্লমু শেল-থুম লৈজদবা অমদি মাগী মচাম্বুগীবু মতোমদা লংখোক্লম্নবগী পাম্বেনগা লৈতবনে, মকম খঙদনা মাঙব্রবা নুংশিজরবা মাগী মচানুপা শেখরবু থীক্লনবা উপাই অহু লৈজখিত্রে। মমাঙদা নুংশিবীব শাবা, মতুংদা নোক্লখিবা নত্তমা।

নোংমা অসুম্না মচাবু থীবা চংখিবদগী তোল্লমু খ্রাম্না থেঙনা নোংয়াই মতুং ফাওবা হল্লকখিদে। খোক্লিবা মতম অসিমক দশুমতিগা দেবেন্দ্রকুমারগা নুংহোংনবগী খ্রায়োইপোং থাহুনা কুঠিনচিংবা লৌমহুমা লৈনরবা মতম্নি। ওশেংবসু দেবেন্দ্র-কুমারবু দশুমতিগী মমা মপানা পামজহুনা ওকশিনবদগী ফিভম অসি য়োশিন্নখিবনি। খুংকোয় অমদা কোয়জবা খুংকোয় অহুদা

মপা মপাক্কা য়ানখিবনি। অস্তুম্না মফম খণ্ডখিন্নবা শেখরস্তু থৌবা চংখিবদগী লৈপাকলৈগী মপানা হল্লক্কবসিদা, লৈপাকলৈ মা লৈফম খণ্ডনদুনা মখোয়গী কোম্থোং ময়াগী লৈকোল অদুদা অম্মুম্না রাখল খল্লদুনা খোল্লকই, "ঐগী ইবুং মফম খণ্ডলরোই— মবুংবু নংজবী মচল ঐগী কয়ি ইপাপ্পমো— ঐখোয়গী পাবুংস্তু পুক্নিঙনি হায়বা থাজরক্রে। মসিবু কন্না লাইবক্রো—" অম্মুম্না মাগী রাখল অদু লৈথায়ম খণ্ডংক্রুদুনা ডুমিন্না লৈকোল অদুগী ময়াইদা চংলগা লেপ্লম্মি।

মতম অসিদা দেবেন্দ্রকুমারস্ত লৈকোলগী মচি অমদা লেপ্লম্মা। মী অমগী শক্তম ফংলদুনা লৈপাকলৈনা মপানি খল্লদুনা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই, "বাবা! কর ত্তোরে? ত্তামোবু থিবা ফংদ্রদুনা লৈকোল অসিদা চংলগা কল্লমালব্রা? ত্তামো লৈত্তবা, বাবা হল্লক্কবা অসিদা ঐস্তু লৈফম খণ্ডদ্রদুনা লৈকোল অসিদা খোল্লক্লবানি।" লৈপাকলৈগী থম্মোয় শোকপা খোম্থাংদুদা দেবেন্দ্রকুমারনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ঐনি লৈপাকলৈ।" নুংশিরবা মবুংনা মাংখিবা, অমদি মপা হল্লক্কগী অরাবা রাখল খল্লগী লৈপাকলৈনা, থাজদনা দেবেন্দ্রকুমারনা লৈকোলগী মচি অমদা লৈরম্মদুদা ইংক চক্রদুনা অম্মুম্না হায়রকই, "লুচোংগদবা ভঁস হয়ে দা ভাইরবদা অমুক ভাইভন্দ্রদুনা লৈকোল অসিদা, অংংবা অহিংসিদা ইচে দশমতিবু ভাইরিবস্নি।"

"নহাক পেল্লব্রা লৈপাকলৈ? কণ্ডদি ঐগী রাখল অপুম্না খণ্ডলিবনি।"

"হৈমা! মশানা পাম্না, মশাগী মোত মতুংইন্না, পামজবী কনাগী বুক্তো পরেংনা ভক্তো হুক্কদোরবদা লাইবক ফবা কনাগী অরাম্বনি খন্দুনা— লাইবক ফবা কনাগী অরা লুংঙাই পুন্সিবু করিস্থ লৈতবী ঐনা করি পেন্নদোক্লিবা! মী মগী অপাম্বা থুংনজবদা ঐগী অরা লুংঙাই রাখল করিস্থ থমজদে।"

লৈপাক্লেগী রকম অহুদা দেবেন্দ্রকুমারসে মমাব হায়ফেং ঙাংলবনি। অহুবু অমম্বা অথেঙবা অহিং ওইবনা ঙাংলবা মাংথোক্ত অহুবুদি উরমদে। অহুবু থম্মোয় শোক্লা ঈকায়বগী খোনফন শাহুদি লোম্পা ঙমদ্রহুনা অস্থুম্না হায়রকই, "চুম্মী, রকমহু ঐ ঙান্দমক নাইবা য়াই। অহুবু ঐনা নংলাকপু থাদোক-লগা নখে য়গী নচে দশুর্মগী লুহংবশিদি ঐ ঙম্লাই।" লৈপাক-লৈনা মোমোন তোরগ অস্থুম্না হায়রকই, "ঐ অমদি তামোগী নুংবা চেংবগা মী অমগী পুন্সিগী মযোন ককথংপিবগা করম্বনা লৈ থমো? তামাগী পুকচেল খুবগী রফমহু ঐ তাজলিংদে।"

দেবেন্দ্রকুমার হায়ফম তোফম থঙদনা ইক য়রম্নি। কন্নি-ঙুদা অচানবদকা ওইরম্লদি মফম অহুদা লেপচরিবা অনমক লেপ্প ঙম্নমোলহনি। অহুবু অমম্বা অহিংগা ওইবনে, মগী অশেংবা থম্মোয়গী নোংমগা ওইবনে, মাগী অপাম্বা অমিঙবা অহু মথা হানা তামা অস্থুম অস্থুম শমগরকই, "ঐগী পুন্সিদি লোইরক্লে। লৈমাক ফংদবদি ঐ ইতোমগী অ আঘাত তোহনা শিজগনি। ঐনা কনাবু ঐগী ঙক্তা পুন্সিগী লৈগুল কুক্তো পরেংবু হুকহল্লোই।"

ৱাকম অদুদা দুনীমচা লৈপাকলৈনা দুনীগী থোনা ওইবনা দেবেন্দ্রকুমারবু নুংশিবগী ঈচেলদু ফাওনা ফাওনা অকি-তুজুংবগী চৈমাম্ দু ফাওরক্লে। অসুম্না হায়রকই, "চৎলো, ত'মোগী চোইতাং অদু তৌরনু, ইচে দশুনা উগ্র-তাগ্রগা এৰু করিনি হায়না লৌখিগদগে! থুংনবতনা নুংশিবনা? অপাম-নুংশি থুংনখিগ্রবা কনাগী থম্মোয়দদি নুংশিবগী ঈচেল অসি খমখিব্রা? নুংশিবিবগী লমলদি তামোগী পুন্সবু নুংঙাই য়াইফনবগীদমক নচন্না ঈশ্বরদা পুন্সিচুপ্পা প্রার্থনা তৌজহৌগে মদুখক্তনা পেনবিয়ু।"

ৱাকম অদু লেইফাব্রিয়ৈডা দশুমতিগী মপানা মীগী নাশোল ফংবগা লোয়ননা, দুপী অমগা, দুপা অমগনি, ৱাবৗ শরিবনি। ইশ্বোল অসিগী মিংচং থীহনবনি।" খল্লদুনা অসুম্না লাউরকই, "লৈকাই কমা কনা লৈবগে। ক্তরানবা অমা লৈরে।" হায়না কন্না কন্না লাউবক্লবদা য়ুম্লোন-কৈরোম্নবা লৈকাইগী মীয়াম্না শুরুং হুপচিন্নরক্লুনা লৈপাকলৈ অমদি দেবেন্দ্রকুমারগী মনাক্তা পৈৎরে।

তৌরিবা থোদো থোওং অদুদা লৈপাকলৈগী দেবেন্দ্র-কুমারগদি ইপা পাখংনা করিমতা তৌফম খঙদনা তিঙতক ম মঙক্লদুনা লৈরে। অদুগা তিল্লিবা মীয়াম অদুদা দশুমতিগী মপানা অসুম্না মখুং পিন্দুনা হায়রকই, "তু-তু মসিনি। ক্তরানবা ক্তর'নবৗ অনিদো মখোয়বু মতিক চাবা থবক ময়াম্না তৌবিয়ু।"

মতৌ অসিদা লৈপকলৈ অমদি দেবেন্দ্রকুমারনা করিনো অমা হায়জগে তৌরম্মী। অদুবু লৈকাইগী ঈ খেগৎলক্লিবা

মহায়োল খরনা য়ৌ-য়ৌ ঙাংশিল্লকপদগী করিগুম্বা অমত্তা ঙাংজনবগী উপায় লৈখিদ্রে।

লৈক.য়গী মহা অমনা অস্থুম্না হায়রকই, "ঐখোয়গী খুত্তা শিন্নবিরে', ওক্তবা ওত্তবী অনিহু লৈরবদি লৈকায় মাঙলনি। ঐখোয়না খোকপা তৌজরগে।"

অমনা অমা হায়, অমনা অমা ঙাং নীংশিবা রা অমত্তা হায়রিদ্রে। অহুবু লৈপাকলৈনা অস্থুম্নদং হায়জরকই, "নত্তে, ময়াম্না লৌবিরিবা রাফম অহু ওন্নরে।" ঐখোয় অনিগী রাস্থ অমুক্তা তাবিয়ু।" লৈকায়গী অহল অমনা, "হায়ু হায়ু তাসি।" অনুম্না হাযবিরকই। উপায় খরা ফংলহুনা লৈপাকলৈনা অস্থুম্না হায়জরকই, "লৈকায়গী ইপা-ইপন, ইবুং-ইপরা ময়াম্না লৌবিরিবা রাখল অহুদি. মচ্চদে। ঐ, ঐখোয়গী তামোনা মফম খঙদনা মাঙখিবা অমদি বাবানা তামোবু থ'বা চংখিবদগী হল্লক্তবা অসিদা অস্থুম খোরক্তুনা বাবাবু য়েংজরম্মি। মুপা অসিনা ঐখোয়গী ইচে দগুমতিগা লুহোংগদোরিবা মুপা অহুনি। কদায়দা চংলুবনো হায়বদি খঙদে, লম্বদা লাকই, মী অমা লাকপগী মখোলহুদা ঐনা ঐগী বাবারা নত্রগা ঐগী তামোরা হায়হুনা হংজরুবদা মহাক ওইহনি। ঐগী ইখোম তা'রবদা মহাক্না ঐখোয়গী তামোগী রা হংলম্বতনি।"

দগুমন্তিগী মপানা অফ-কত্তা করিমত্তা খল্লদনা অশাওবনা থুমহৎলহুনা অস্থুম্না হায়রকই, "নত্তে নত্তে, চিন্থিবী অসিগী মরা লৌবিগনু, য়ুমদাংবী মপা মচানা ঙাংহুনা লৈবিরগা ঐগী

ইচাগী লুহোংবস্মু কায়নবা হোৎনরিবনি।" অসি হায়রগা লৈপাক-লৈদা অমুক্তা চৈথয়কই, "য়ুমদাংবা মবুংহুনস্মু ঐগী দত্তমত্তিবুস্মু পামজবা শাম্বি, হায় চিঞ্খিবী।" অসি হায়রগা লৈপাকলৈগী মখজাইদা খুবাক্তা থাজিনখিরে।

লৈপাকলৈনা, থ'রক্লিবা খুব'ক মফম অহুবু নাম-মান্নগা অহিংগী লিক্লা চায়বা মিরাংশুব মীৎমুদা পিগী ঈরা চেলহুনা খাঙজবা মহুনা উপায় করিস্মু লৈজখিদ্রে। অহুগা লৈকায়গী মহা অমনা মারোন্দা দেবেন্দ্রকুমারগী মখজাইদা খুবাক্লা থাজিন-খিরক্লে। অহুগা মখুদাং পায়হুনা খংচিং চিংথোরকই, ওমশিন্দুনা ফুগদবগী ভোরকই।

গত্তি লৈজদ্রবা দেবেন্দ্রকুমারনা মওং অহুদা অস্মুম্না হায়জ-রকই, "মত্তে মত্তে, ঐবু লান্না লৌবিগন্নু, ঐগী ৎরায়ভদি কমবিয়ু, ঐ ইমারবা অমা থিনবা চৎচরুবনি। হুলকপদা শেখরগী রা হংলম্নতনি।"

রাফম অসি হায়হুনস্মু কনা অমত্তনা ভাবিখিদ্রে। ত্তিন্নিবা মীয়াম অহুগী মরক্তগী দত্তমত্তিগী মপানা অস্মুম্না হায়রকই, "মমান্নবা থিন্নুবা লুপা অমনা অচিকপা অহিংদা লৈকোন্দা চংহুনা লৈশাবী অমগা রারী শাবম্নবু করি ওইগদগে! অচিকপা অহিংদা লৈকোন্দা খোক্তুনা মপাবু ভাইবা! মরিন চুমদবা চুমদবী অনি অসিগী মরা লৌবিনু।"

মখোয় অনিনা হায়জখা অহু মঃাম্না অমতা ভাবিদ্রবদা লৈপাকলৈনা মবুক রারোরহুনা অস্মুম্না হায়রকই, "ঐখোয়না

হায়জবদি অমত্তা তাবিদ্রে! লৈরিবসি, ইচে দশুমতিগা লুহোং-গদৌরিবা নুপা অহুনি। মশা মশা মরী লৈনবনিনা ঐগম্ অহুম খঙলৈ, অসিফাওবদা চিংনবিরিবসিবু করিগীনো?"

লৈপাকলৈগী রাফম অহুদা দশুমতিগী মপানা শাউনা অস্থুম্না হায়রকই, "নহাক্না কল্লক্কুনা ইচানুপীগী বরবুম্ মুনগে খোয়াংবা শাই, হায় চিংন্থবী, লমচং নাংদবী অসিগা নুপা অসিগা লৈকাযনা থোকপা তৌবিয়ু।" রাফম অহুদা লৈকায়গী নহা খরনা খুৎনা থাবা যাও, খোঙনা কাউবা য়াও, দেবেন্দ্র-কুমারদা ময়াম চংহুনা পংদা ফুবিরক্লে। মহু উবদা লৈপাকলৈনা হোংচিল্লগা দেবেন্দ্রকুমারবু মতুংদা থম্লগা অস্থুম্না শাউনা হায়-রকই, "ফরে, নুপা অসি কনা অমত্তা শোকফিগনু। ঐখোয়না হ য়বা থাজবিদ্রবদি, মহাক অসে ময়াম্না নমহুনা পীবিরবা এগী নুপানি।"

লৈপাকলৈগী রাফম অহুদা কনা অমত্তমা খুং থাবা উম্লদ্রে। অদুগা লৈকায়গী অহল অমনা অহুম্না হায়রকই, "ময়াম পূম্নমক, অহল অম ওইনা লৈংাক্না বাসি অমুক্তা তাখো।"

নহা অমন হ য়রকই, "করিনো তাকপিগু।"

"করিম্নু নঙো। লৈরম্লবা নুপা অসি অত্তোপ্পা কনা নংলমদ্রে, দশুমতিগা লুহোংগদৌরিবা নুপা অহু ওইরম্লে।" অদুগা দশুমতিগী মপাদা ঙনশিল্লগা— "ইবুংঙো রাফম অসি শাংথহল্লুবদা নুগীনচা অসিগীসি মাঙজররসন্থ, অহুবু লুহোংগদৌরিবী কন্যাগী ময়ুমদা বর অহুবু লুহোংদ্রিবৈদো যুবা, অত্তোপ্পা রাফম

অমনা অত্তোপ্পা ঙ্গীমচা অমদা বদনাম শীবা হায়বসি ইবুংঙোগী লেমজলিংঙোই ওইবা ৱাফম নত্তে। অদুনা নু.। অদি থাদোক-পিখিসি।"

নৈকাইগী অহল অদুগী ৱাফম অদুদা ময়াম পুম্নমক লেমখনদুনা দেবেন্দ্রকুমারবু অহল অদুনা মথুং চিংদুনা থিন্দোকপ্রে।

অদুবু দেবেন্দ্রকুমারদি নুপানি, অদুগা নৈপাকলৈ কোৎখী ঙ্গীমচাদি অবলা পাঙ্গল শোনবানা। করি মতৌ ওইরক্-ৱদগে! অসুম্না ময়াম্না লাংব্রিক্তৈ চেরক অসিদা নৈপাকলৈগী মপা তোল্লমু ইচক ওক্লা চংশিল্লকই। তোল্লমবু উবদা দত্তমতিগী মপানা শাউবা ফু.দাক্লুনা অসুম্না হায়রকই, "ঐখোয়গী ইঙ্খোল অসিদা নখোয়গী নপানচা নৈবিরগু চংপিপ্রো, হুংনাও মচা চাওনবা মোক্লগা নৈত্তোন লেকই হায়বদু নখোয় তৌরে।"

ময়াম তিল্লম্লিবা, ওাংলকহৌবা খোনফম, ময়াম মরক্তা খোঙ্গায়মবিরনী মহাকমক্কী মচানুপীনা মতু ইপোল পোললা নৈরম্বা তৌরম্লিবা খোৎংশিং অদু উকলদা-দত্তমত্তিগী মপাগী রাঙাং অদুদা ওকখনা থম থেংলদুনা তোল্লমুনা অসুম্না হায়রকই, "করি তৌরবগে ত না? ঐবু ছাপ অমা ইক্তা ছাদ্রেনে।"

"করিসু নত্ত, নচানুপীনা ইচানুপীগী বর মুনগে তৌরম্ল।"

"অদুবু য়াত্রা! ফুদুনা চৈদুনা রারকপা হায়বদুনি।" অদি হায়রগা তোল্লমুনা নৈপাকলৈগী মমাক্তা চংশিল্লগা মমায় মমিৎ থঙদনা, ওম ওন্দুনা থুবাক্তা পঙথাদা থ ক্তিনবিরে। অদুগা ফু ফুদুনা ইম্নুংদা পুশিল্লক্লে। অদুগা তোল্লমুগী মতৌ অদুদা মীয়ামদু অমা চংখি, অদি হনখি, অমত্তা নৈরে।

মরাম্না লাংমৈথিঙৈ চৈরক অহুদা তোল্লমুগী মমং-ময়াদা, মেনখা-লুখাদা ফিমু শেংগা লুপা অকৈবা, হমগং-লন্দা চংদুনা মী চিকথিবা ওইরি। তোল্লহন্ড লৈপাকলবু মুমুক যুরুমা মাগী ইমুংদা পুশিল্লকই। মহু উবদা ফিমু শেংগা লুপা অমিহু তোল্লমুগী ফরাং মরাদা লৈশিন্দুনা লৈরে।

তোল্লমুনা ইমুংদা চংলবা মাঙবা মচাবু ফংলি। অহুগা শাউমা হায়রকই, "নত্রে, মঙনা মীগী লুহোংবগী থর মুনগে তৌরুই হাযবসিবু করিগীনো? নঙ ঙসিদি থঙগদি। মীগী লুহোংবা কাম্নদনবা, থেংনবা লুপা অমদা কন্যা হেক্তা কংপোক্কে।"

মপা তোল্লমুগী চৈফুনে, হায়রক্লিবা রাকম অসিদা খাঙঙগন্দ্রবা খংজায়দনা ফাবা ওমদনা মরি মরি শিক্ষরিবা পীগী উচেল অহনা, নোরিবী লৈপাকলৈগী মথক্তাইদা, অমুক্তা ইমুংদা মিংশেলগী মমি উথম্ম, ক্রুক তক শিক্ষরগা চিক্লা হিক্লা হায়রকই, "বাবা, বাবাগী মাথংদি ইকোক খোংনা যাজগনি। অনুগা মযাম্না পঙলবী মচাদা শীবিবিবা ওইদবা রদবাম অসিদি লৌবিগনু, মল্লা লাংজবনিকো।" অসি হায়রগা কুসায়মথৈ পিরাংতনা কোংদোক্লগা খিংরনা থমজরবা নোংঙমদবগী মৈশা অহু থাঙবা ডগ্রক্তহনা হিক হিক কপখোয়রক্রে।

শেংলবা লুরবা মচানুপী লৈপাকলৈগী থম্মোয়দগী থিংঙমদনা চেন্থরক্লিবা উচেল অহু উরুবদা লৈপাকলৈবু রুমা হুমা থম্মোয় শোক্লা মেংলগা তোল্লমুনা মচা নুংশিবা প্রেমগী ঈক্লানা অথংবা লৈতনা শিক্ষরগা মচাবু নুংশিনা অমুম্না হায়রকই, "নুপীমচা,

ঐখোয় য়ুমদাংবমিনেহে! মুরবা ইচাগী থম্মোয়গী ঊচেলহু টপা উদবা মত্তেনেহে! ইচামা রাকম অহুদা কয়ম্না লালমংলুরিবনো? ইপা লাল্লেনে— ইপা পুন্সিনি হায়বা থাজদ্রে, কম্মিগুম্বা মহাক্তী মবুং অহুনা হল্লক্লবা মতমদা নঙনা হায়মু; য়েংঙোই নুপীমচা, য়েক্লববু লমন পুমগে হায়না থল্লবদি মহাক মশাগী নকোক নশামা থুগায়জরবনি। মখোয়গী রাখল অহু চুমথোকপিরগা অফবা লম্বীদা লমজিংবিবা ঙম্লবনি মহাক পোকপগী মহৈ ফংলবনি হৌরনা। হায়যু মত্তো কয়ম্না ইচামা লান্নংলুরিবনো?"

"বাবা, বাবানা হল্লক্লবতৃদা মওল মওল থল্লক্লনা বাবাযু ঙাইবা থোরকপদা নুপা অহু থে নক্লবমি। নুপা অহনা ঐখোয় তামোগী পাউ ফংলম্মি।

লৈপাকলৈগী রা লোইরমদাইদা ফিমু শেংপা নুপা অনিহু থাং অমমম পায়রগা তোল্লমুগী ইমুংদা চংশিল্লক্লে। মহু উবদা তোল্লমুনা হায়রকই, "ফিমু শেংপা নখোয় অনিমা ইপা ইচা ঐখোয় অনিদগী কম্মি পাম্বগীদমক নশক লোন্তুনা চংলক্লিবনো?"

মায়খুম উপ্পা ফিমু শেংপা নুপা অনিহনা অস্পুম্না হয়রকই, "ঐখোয় মহাক্তা নচানুপীবু লৌবা লাক্লিবনি।"

রাফমহুদা তোল্লমুনা অস্পুম্না হায়রকই, "থৌনাফবা নখোয় অনিদা শোল্লবা য়ুমদাংবা ইপা ইচামা কম্মিদি তৌগনি। পুবিখো ঐগী ইচাবু, অহুম্নদি ওইরগা জবরনা মীওইবগী থম্মোয়বু জয় তৌবদি ওইথোক্কে ইবুংঙো। অহুবু ইবুং ঙাখোয়গী অপাম্বহু প্রেম কুপ্সিনা হায়বিরম্লবদি শোল্লবা মপা ঐমা খোইনা হেন্না হয়াউনা শিন্নরমগদবনি। য়ুমদাংবা ঐগী ইচাবুদি পুবিখো।"

মপাগী অয়াবা পীখোকপ্রবদা লৈপাকলৈ কোৎবী নুংশীমচাদি, মাইখুম হাপ্লা শকখণ্ডদবা মুপাশিংহুগী মওং মপাগী পাউখুম অদুদা ইঙক ওক্লা করিমত্তা হোয়-মাই হায়দনা কোকচাওবী কাহনা লৈরি। মপাগী যাথং ফংলবদা ফিমু শেংপা নুপা অমনা লৈপাকলৈগী মখুদা, পায়হনা চিংনবা খোরাং তোরকই, মহুদা তোল্লমুনা হায়রকই, "খোনা ফবা নখোয় অনিগী মরক্তগী, লাইরবা ঐগী ইচানুপীগী পুন্সিগী বর ওইগদৌরিবা নুপা অহুমা করমনো? মায়খুম হাইদোকখো।"

ফিমু শেংপা নুপা অমন হায়রকই, "অহল নতাং তৌগনু।"

"তাং নত্তে, মপা ঐনা শেংনা হায়রি। ঐগী ইচাবু নংখোযগী নফমদা শোবদনা শিন্নগনি। মাযখুম হাযদোকউ, নমিং করি কৌই? করি লৈকাইদগীনো? শেংমা তাক্রমখো। অশেংবা থম্মোয়দা ঐগী ইচা শেংনা শিন্নগনি। অহ নত্রবদি শোকপা যাখিবোই। ফিভমনা, লাইরবনা অওং-অউন তমহনা মচাগী দান পীবা ডমজদ্রবসু, রহৈনদা ওইরবস্ত্র অশীর্বাদ তৌহনা ইচাগী দান পীজগে। মায়খুম হাইদোকউ, পরিচয় শেংউ।"

রাফম অহ লুমহনা তাররদগী দশুমতিগী মানা চংশিল্লক্তনা অস্থুমা হায়ররে। "করিনো ইবুংঙো তোল্লমু, ঐখোয় অস্থুক য়াম্না লৈনা লৈনা অঙাওবগী মতৌগুম্না মফম খণ্ডদবা নুপাশিং অসিদা!"

তোল্লমুনা হায়রকই, "তাদা, অঙাওবা নত্তে। তাংহুনা লৈতবা তাদখোয়নদি খঙলোই। য়ুমদাংবা ঐখোয়গী হৌনশানি।"

তোল্লমুগী য়াকমহুদা দশুমডিগী মপাদো থঙ্‌প্রেক থঙলহুনা "এঃ" অসি হায়রগা ফিমু শেংগা নুপা অনিহুদা অসুম্না হায়রকই, "ইবুংঙো নখোয় মায়খুম হাইদেক্লো, অহল অসিদা লৈপাকলৈগা নখোয় অনিমক্না ভক্তি অহুজং কংলম্মু।"

দশুমডিগী মপাগী য়াথং ফংলবদা কিমু শেংপা, মায়খুম হাপ্পা নুপা অনিহুগী মরক্তগী অমনা মায়খুম হাইদোক্লকপদা বসন্ত ভাইবমতনা তোল্লমু মপা-মচানা ইতক উক্লা য়েংহুনা লৈরে। মাইবাক লৈরবগী তুংদা মায়খুম হাইদোক্লবা বসন্তগী মকমদা তোল্লমুনা লৈপাকলৈবু চিংশিল্লগা শিন্নবিরে। অহুগা অসুম্না দান তৌরকই, "ইবুংঙো য়ুমদা বা ঐগী ইচা অসি থৌনা ফবা নহাক্না নফমদা শিন্নরবনি।

তোল্লমুগী দামু অহু ফংলবদা বসন্ত অমদি লৈপাকলৈনা তোল্লমুদা ভক্তি কংলি। অহুগা লোয়ননা তোল্লমুনা অমুক্না বর কনা অনিমক্তা অসুম্না নুংশিনা হায়রকই, "ভসি নৌনা য়ুমপাননগী লম্বীদা খোংদাবক্লিবা নখোয় অনিমক পুন্স নুংশাংবা ওইরক্রো।" অসি হায়রগা লৈপাকলৈতদা অমুক মপুক্লুং নুংশিনা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্ম, অহল-লমনগী সেবা কায়দবা ওইয়ুক্নো! অহুগা লোংননা নুপী ওইবা মপোক্তা পোক্লবনিনা মপুরোইবগু নঙগী ঈশ্বরমক্কি হায়না থজবা, মাগী সেবা কায়দবা অফিক্তনি লাইরবা নপানা ইচাগীদমক্কি হায়হুনা তমগদবা অওং-অউন্দি।"

অসি হায়রগা দশুমন্তিগী মপাদা খেংলগা মচাগা মন্নাকদা হায়রকই, "নখোয় অমিমক্না নপন্দা ভক্তি অমুক্তং তৌরম্মু।"

বসন্ত, লৈপাকলৈ মখোয় অনিনা মাধবতা খুরুম্মী।

দশুমন্তিগী মপানা মখোয়বু হৌগংদরগা অমুম্না হায়বকই, "য়ারে য়ারে, নখোয় অনি ঈশ্বরগী শেবা কয়দনা ওইনু।"

অহল অনিমক্কী যাথং ফংলহনা লৈপাকলৈ খোৱাই নুংশি মচানা অহল ওইরবা লাইয়রবা মপাবু অমুক্তং "বাবা।" হায়না কপ্পা কপ্পা চিংনা চিংনা যেংলহনা ফিমু শেংপা নুপা অনিগী মতুং ইনখ্রে। উবায় লৈরবা মপা কে লমুদো মচানা চংথিবগু যেংনা যেংনা মগী নীংজমদবা থম্মোয়গা হৌরাবা অহু থাডনখোরে।

ভোলমু অমঙা য়াউবা মগাম্নু। শেখবনা মফম খঙদনা হল্লকখিদবা, অমঙা য়াউজবী মচা অনৌবী লৈপাকলৈবু মফম খঙদনা ফিমু শেংলগা লাকপা ভক্তবা-লামজবা মীশক অমদা নম-কাহনা থাজখিবগী মতো অহুদা অমাদ থোকলবী নৌমিবী নুপীমচা অহুদা মুমদাংবা মপা-মচানি হায়হনা পিথিখিবা বননাম য়ুথুহগী মীওং-মীনৈ ময়াম অসি খল্লুমদা "মুমদাংবগী পুন্সি হায়বগু অসি ওইরে," খল্লগা মত্তোমতগী রাখল অহু অস্তুম অস্তুম কাথজবা ভমত্রহনা মচিন্না লৈপাকলৈবু অমুক্তং "ইপাগী ইবেম্মা লৈপাকলৈ, ইপা লোইরেদকো।" হায়রম্লগা মৈ মাধদা হাইথহনা অহুম পুন্সিনী অরোইব যাংপুং অহুম য়াক্তাখিরম্মী।

লৈকাইগী অমদি দশুমন্তিখোংগী মপা, ময়াম চংহনা ভোল্লংগী মখো মফম পাঙথোকখ্রে। অহগা শাদ্ধ-কর্ম্মন চিবা, লৈপাকলৈবু লৌবদগী বসন্ত, হেমন্ত মচিন্দ-মনাওনা পাঙথোকখ্রে।

# তরুক

লৈপাকলৈগী মপা ঙোন্নমু লৈখিদরে। অমত্তা ঙাইরবা মবুং শেখর মফম খঙদনা মাংখ্রে। অমরোমদা দত্তমতিগী মপানা হায়বা ওমগী পাউদা, শেখরদি শিত্রে লৈত্রে হাউনা হাংখ্রে, হায়বা পাউ অমসু কন্না হায়মম্মি। অহুবু সুগীমচা পাঙল ওইবীনা মহু খিগংনুংবগী শক্তি কল্লিমত্রা লৈরমদে। অহুগা মহাক্কী মপানা শিন্নম্মনা লুপা অসি মতুনা মাগী চংজংলম কনাদসু লৈত্রে। মপাগী ম্নাথং ঙাকপা বসন্তবু মপুরোইবনি, মাগী ঈশ্বরনি হায়বা, বসন্তগী মন্নাম্বা হেমন্তবু মতৈ অমমনি হায়না খঙবা অসিমক লৈপাকলৈগী রাখলনি। অসি নত্তবা অচেংপা রাখল অমম্মুক লৈজখিত্রে। শাগৈ অমগী নিঙ্ঙোলনা শাগৈ অনগী মো ওইদুনা মৈতৈ সুগী অমগী লৈচং শাজংপু ঙাকচরি।

বসন্তদি মত্তোমত্তা অস্তুম অস্তুম মাগী লাজবী, মাগী লমজিং মথাদা তুং-ইন্না চংচরিবী লৈপাকলৈগী মবুং, মাগীনা চান্নজমবা মরুপ শেখরগী মফমদা মহাক্লা মরুপ অমমনি হায়না লেনজরক্লবদা, তারোম্মবা দত্তমতি মমাগী শরৈদ, চংখিবা লৈচংশিং অহু খল্লুবদা, ফাথবা হাত্রবা মহাক্কী থম্মোয় অহু মৈশা লাংলহুনা অমাবগুম অমদি অঙাংবগুম লম্বী লমজাওদা খোঙ্গা মান্না তোখিবা, চংখিবা লৈচংশিং অহু নিংশিংবগা মচিন্না মুরুম-মুরুম শোন্দুনা চংপা হোরকই, অহুগা মরুপ অমগী মফমদা

মরুপ অমা ওইনা তৌমিন্নখিদা মাগী ফত্রবা মরুপ অমা ওইনা তৌমিন্নখিবা মাগী ফত্রবা মরুপ চন্দ্রবুস্তু খোইনা হেন্না শাউনা পল্লকই ।

নোংমা বসন্তনা ফমুংদা হিপতুনা লৈ । লৈপাকলৈমা মপুরোইবগী সেব, চিংখজনা তৌজরম্মী । অদুগা লৈপাকলৈমা বসন্তগী ফমুং ময়াদা, বসন্তগী খুয়া ওইরপ্লা মোরা অমা থান্নগা ফমহুনা বসন্তগী মখোঙদা রাটর বেগ অমা ওমশিন্নবা লাকুরি । মদু উবদা বসন্তনা লৈপাকলৈগী মপুরোইবা মীৎবগী মওংদা তৌজরিবা সেবাশিংদু বসন্তনা য়েংলগা য়াম্না নুংঙাইতনা মামা তৌজখিবা তমগীবা লীচংশিং অদু মীংশিংলহুনা অস্তুম্না হায়রকই, "লৈপাকলৈ, ঐ নহাক্কী মফমদা, অমাদি নংাক্কী মবুং শেংরগী মফমদা য়াম্না লাকশ্রে । ত্তিন্নবা মরুপকী মচমদি ঐগীস্তু হচংদ ওইফম থোকই । মদু পুম্নমক অদু ঐদি তায়োন্নব্রে ! নঙগী মবুং অদুনা করিগুম্না লাহ্‌রবাঙক্কা উবা ঙম্লম্নবদি ঐবু মরুপ্নি হায়না লৌরমখিগদ্রা ! ঐ নঙগী মমাঙদা য়াম্না ঈকাইজরে ।"

মপুরোইবগী থস্মোয় শোক, ঈকায়বগী রাকম অদুদা মপুরাইবগী থম্মোয় ফাথরহুনা ঈনা মেংমা অস্তুম্না হায়রকই, "কারনো ঙাইহকু পোপাহুনা লৈবিগো, হোগ্রবা নঙশিনগ্রবা রাকম অদু নিংাশংলুরঙ্গমসে । ঙাা ওইবশিংনা নুপী ওইনীশিংবু খুদম চন্নবা হাংনবদা তৌখিবা পৌনমশিং অদুবু নিংাশং নিংশিং কপ্পবরনে ? তাংপু মাউদ্রবা, লিংজেলবু সুদোকপিরমজবদি ঙমি নখোঙ পায়হুনা সেবা তৌবা ফংজরিবসি

মীনুংশি চাওরকনি, অহুত্তবা শক্লোন লৌরকনি হায়বসি মীংলু-দবনি। অহুবু ঐগী রাখলনা ভায়োম্নরম্লে। অহুগা ঐনা মপোক অমিদা, নংডোন্দা মমথাক ভোৎহুনা অতম লৈরগদবা, হায়দোক-কত্রু। ইপাপ অমদি অহুম মরৈরগনি।"

"অহুমত্তং নমায় নুপীদা শেংদোকপিয়ু।"

"লাক্কদবী নত্তোন্দা মৈশা অ,ক—"

"করম্বনো ভাকপিয়ু, করম্বা মৈশানো? মপুম্বোইবগী সেবাদা কংবা অহ্রাবা কয়াবু ইকোক থোংনা পুজবা কংবদি পোকচবগী মহৈং খংজবনি। নমায়নুপীগীদমক্তু হয়হুনা ইপায়োমগী কনা লাক্লুনা মায়থোঙ য়াবিরমিগদগে? কনাবু কৌহুনা, কমিগী থুংম্রিরিবনো? লৈরগম্বু মনায়নি।"

"ঐনা থম্মোয়গী মৈশা অসি ক্ষোংদোকনুবদ, করিত্তমা মতাক্লা খুংকবা ইমুংগী নিত্তোল ওইরমহুনা ঐহাক্কী থরায় অসি লৌবিরবম্বু, মপুম্বোইবা চাংপগী পাপ চৈৎনোইদবমি। মীওইবা। কৌনদবা থবক অমা ঐহাক লৌথোক্লেনেহে লৈনাকলো।"

বসন্তগী থম্মোয় শোকপা রাকম অহুবু লৈপাকলৈমা কয়ম্না পুক্কননো অম্বুম্না হায়রকই, "মায়থুম হাম্লগা, লৈকাইগী মীরা মৈশা লাংলবী ঐবু, মমহুনা শক লোংলগা, পাণ্ডজন্রবী ইপা ইচাবু লাক্লগে, কম্মিম্ব থণ্ডজবী ঐবু ইজ্জৎ মাণ্ডহনগেদমক থমবিহুনা পুক্নিহুম্বগী ননায় নুপী ওইহনবিয়ে, অহুপীদগক মুংনাংবীমিত্রা? পুন্দিদা অমৈংবা কাম্বনা কয়াদি থোক্লমগনি। অহুবু মনায়নুপীবু কাউথোকলিমগদি থমবিয়ু, ভড়াইকদবা লৈহুনা কাউথোকপিবা

তৌরবসু ইপুরোইশগী য়াথং ইমবা হায়বসিদি মনাই ওইবী ঐখোয়গী ইথৌদাংনি।"

বসন্তনা রাক্ষস অহুদা তক্লহনা লায়রকই, "এঃ রাক্ষস অহুদি তাঁয়োরখে!"

"অহুদি তকশিয়ু, করম্না য়াথংলো? শিন্নবিরো করম্না শিন্থানো?"

লৈপাকলৈগী রাক্ষস অসিদা লৈংহম লৈত্রহনা বসন্তনা লৈপাকলৈগী মফমদা চংখিবা লৈচংশিংহ শম্পং শম্পংনা লায়রকই, "নোংমা নখোয়গী দশমতিগী মপানা মহাক্কী নবুং শেখর, ঐগীনা মরুপ অদিবু লৈরবদি, মখোয় মপা মচাগী নীংবা কায়রনি হায়রহনা মখোয় তামোংগা দশর্মাতগা লৈমন্না প্রেম অহু থংনবগীদমক নুনা চান্না তিন্নডরিবা মরুপপু হাংলু হায়রহনা, মরুপ চংলগা ঐখোয় অনিদা লুপা শিংশিং তরাগী। ঐখোয়না জারদা মৈগী শেল হরা থাদোকপুবগী মাথা শারিদা মরুপপু হাংলগা লোকলু' তমদা হুন্দোকখিবনি। অহুদা নত্তনা মরুপ অমগী মচন ঐগীসু ইচন ওইরিবা মহাকপুসু পুন্সিগী লেম্বী ওইনা তবরনা থম্মি। মহাক্কী মফমদা পদুমদ্রবা থম্মেংগী মৈচাক অসিনি।"

বসন্তগী রাক্ষস অহুদা লৈপাকলৈনা হিক-হিক লাউনা কপচবা নত্তনা করি অমুক হায়রুগনি। অময়োমদা পাঙ্গল শোনবী, অমনা লুনা চান্না তিংজিন্নবা মাগী অমত্তা ডাইরবা মপুরোইবা— খাক্ষম করিনো লৈবাকলৈগী রাখলসে, কপচবা নত্তনা কন্নি

ওইরুম্মদগে! হিক্লা ক্নিক্লা কপ্লহুনা মহাক্কী মপুরোইবদা অস্থুম্না হায়রকই, "চুম্মী. নুংশিদবস্তু নত্তে ঐগী ইবুং। খাঙলোইদবা নত্তে মেচাক অহু মচলনা—খিংলুবগীস্তু কান্নররোইদবা, ইপুরোইবগী হৌখ্রবা শিন্থাহনা ঐনা কয় অমুক তৌরুখিগদগে—অমুক মহুদা নুংনাং বরুরমু নুংশিরুবগী কান্নরবোই, নি রুরুবগী উবা ফংলরোই।"

রাইহ অহু হায়রম্লগা বসন্তনা হিকলবা ফম্মুং অহুদা মমায় নমশিল্লগা ক্নিক্লা হিক্লা কপহুনা লৈখ্রে। মতৌ অহু উরবদা বসন্তগী রাখল অহু ঙাউরহুনা হিপ্লহ্নদগী কৌপংলগা অস্থুম্না হায়রকই, "মৈশা অহু লাংহল্লিংদহুনা নঙন্দা রাফম অসি ফোংদোক্লবনি। ঐদি ৎঙানা পাকপ পবক অহু তৌখ্রবনিমে লৈপাকৈ।"

"নুংশি, পাম্মুই হায়হুনস্থু হৌদ্রবা। মাওইবগী মপোক্লা লান্দবা রুনা যাউবগে?"

"মঙদি ঐহোন্দা লান্দ।"

"য়াউরমগনি, হঙববনি।"

"মরুপ্না মরুপ হাংলি হাঙ্ল নায়বহু প্রমাণ নত্তে, তশে মমক ঐ তৌগ্রনে।"

অসি হায়রম্লগা বসন্তনা ইংংদগী মপাম্লোনদা থোকখ্রে। মখোয়গী দাড। ময়াদা ঙা স্থা শোরী অমা পায়খংলগা মখোয়গী ইখোল চুথঙা লৈবা পুখ্রি ময়, তম্না পোম্লি পোম্ল অস্থুম খোরকই। অহুগা মহাক্লা খেরক্লিবা খুংথোক অসিদি জগং

অসিদা কনাবুম্ম উপ্ৰক্রুবা খোঙচংবনি। মহাক্না মকুপ অমগী মফমদা তৌখিবা পাপশিংহুদমক শংশং-শংশংনা মখিত্তা ঊরক্নি।

করি তৌরগা পাপশিংহু কোক্তগে, করম্বা থবক পাংথে ক্লগা লৈখিত্রবা মাগী মকু শেখরগী অাত্মানা লাইরৈপাক্তা পেস্নুগদগে। অসিথক্কুমক খল্লগা মানা পায়ম্বিবা থাং অমু খুহ্নম চেংনা পায়রগা মচিম্না অম্মুম্না হায়রগা, "মকুপকী লমন্দি অসিনা ওইবিয়ু!" অসি হায়রগা মহাক মশাগী খঙ্গোয়দা থিঙ্গিরম্মে। ভাইহাক লৈরবা তুংদা য়াম্না রনা থাং অমু মাগী খঙ্গোয়দগী শক্তোক্লকই। অদুগা মথুং নাম্মনা থাং অদু খাঙংলগা মথুং শাম্মনা মাগী খঙ্গোয়দগী শিন্থু ক্লিবা ইথেক অমু থুম্না অনা থয়া য়ারগা মথুং অমিত্ত্ব ৱাংনা খাঙংলগা মাগী মচিম্না অম্মুম্না মতং মতং ওইবা খোম্লাংনা বানা লাওরকই, "য়েংউ শেখরগী লৌবিয়ু'কো, পাম্লেবা মহাক্কী মকুপ বসন্তগী ঈগী খুদোল অাসে— মসি লওম্না বসন্তনীদি অইক্কী করি লৈখত্রে— মসিনা অপেমবা ওইবিয়ু।" অসি কাপ্পরম্লগা লৈমায়থক্তা হাইথত্রে।

মতুংগী নাশোল ফংলবদ লৈপাকলৈ কৌবা নুপীমচানা ইমুদগী ইফম্নিনা চেংস্নোরকই। অমসুং ভাইজম্বা মাগী ঈশ্বরমক ওইরবা মপুম্নোইবগুনা ওইরম্লিবা ফিজম অদুনা কোং-চিন্দুনা মাগী মপুম্নোইববু কোমথংচরগা অতুম্না কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "কম্নি মত্তে কোবগেনে তৌরম্লিবা মত্রো অসিবো—ননাম্মুবাবু করি ওইকরসিগে, নঙাক লৈত্রবদা ঐনা করি ওইহৌ হাক্ররিক-

রোনে?"

ঈথেঙ তারবা বসন্তনা মাবু কোনথংগিন্নিবী মাগী চান্নবী লৈপাকলৈবু ঈয়া চেন্নবা গিন্নাংলক্নগী মিন্নানা তক্ন তক্ন য়েংলগা মতং মতং ওইনা বানা শং শংহনা হায়রক্ই, "চান্নথোইরবী, ভুংশিন্নন্‌ লৈপাকলৈ, পাপ অনা কোক্নবা হোৎনবদা নহাকী পাপ অমমুক পুহনা ঐ চংলে—" অসি হায়রম্লগা মাগী চান্নবী লৈপাকলৈগী মতম্পাক্না মমায় উপশিল্লগা পুন্সিগী অয়োইবা য়াহিপ তানখ্রে।

মাগী চান্নথোইরবা বসন্তনা পুন্সিগী অয়োইবা থোঙথাংদা থাংলবদা লৈপাকলৈনা বসন্তগী মশা অহু কোনশিল্লগা থম্মোয় ফুক্রা ফুক্রা কপ্লক্রে। "ননাইনুপীবু কনাগা লৈহো হায়রিবনো। শঙ্গু শঙ্গু পাইনরিগা, পুঙবা পুঙবা চাক্নামিন্নরিবা তাইবংসিদা ইদোম কয়য়া লৈহো হায়রিবনোমে ঐখো।" লৈপাকলৈনা মখোল থোক্না থোক্না কপ্লক্লবদা মৈনিঙ কুম্নবী বসন্তগী মতৈমা ইথেম্মস্থু ইকিং ফিংনা চেক্লোরকই।

ঈঙাং শাক্নক্লরবা মাগী মমাওনুপা বসন্তবু মমাওনুপী লৈপাকলৈনা কোন কোম্নুনা কপ্লবগী মওং অহু হেক উবদা মৈনিঙ কুম্নিবী ঈ নৌ য়বী বসন্তগী মতৈমা ইথেম্মা অসিসু হু হুহনা লৈনায়থক্না অহুম হাইথক্রে। মতৌ অহুদা লৈপাকলৈনা মথানুংদগী মবু তোবু অমুক তুংওইনবে হায়রগা থৌনা লৈশায়থক্না হায়থরক্লিবী মচে ইথেম্মবু অমুক কোনথংলগা থঙকপ কপ্লক্রে। "ওইচ! মনাওনুপাগী মখোয় অমিবু কদায়দা হৌনহনা চংকদোরিবনোমে! ওইচে।"

লৈপাকলৈ অমদি হেমন্ত, অনিমক্না অঙাং অহুন্তমক মঙাইয়ে।

মীকপ মীয়াওখোল তারহুনা বসন্তগী ময়াম্বা হেমন্তস্থু ইফিং ফিংনা চংশিল্লকই। চংখ্রিবমা মাগী মনাওন্নুপা বসন্ত অমদি মৈমিঙ কুম্লিগী মাগী চান্নথাইয়বী মাগী নুপী ইবেম্মা – লৈচৌ- য়িবনা— চংনবী সমাজনা শম্বল খারিবী মমাওনুপা অহুগী নুংশিজরবী মনাওন্নুপী অমদি মাগী চান্নথোইয়বী ইবেম্মগী গর্ভদগী তারকপদা ঙাইরিবা মমিং থোক্লিবা, মীরোল থোক্লুবা মাগী মচান্নুপা— ফরিনো ওইরম্লিবা মতৌ অসিদা শংনিক য়েংলগা নুংঙ্গা শাবা মহিগুম লেপ্পা মতম—

চেল্লু চোংলুদনস্থ মাগী পাইব লৈখিয়বদা মনাওনুপা অমদি মাগী নুপী, লৈখিদ্রবা মথোয় অনিগী মথো মঙল্লু লৈকাই ময়াম চত্নুনা পাঙথোকক্লে।

# তরেৎ

মৈতৈগী চংনবী পথাপকী হৌনবী মিয়ম মতুংইন্না শ্রাদ্ধ- কর্মনচিংবা লোইরবা তুংদা লৈপাকলৈনা মাগী মচে ইবেম্মমা থংম্বা অঙাং অহুগী মমা শাহৌরে। ইমুং অহুদা চংনবী সমাজগী শম্বল অগমস্থ খাক্লিন্দুনা থম্লিবা, শোক্ক-শম্মবা য়াম্রবা মতৈ ইবুংঙোগা, মনাওন্নুপী লৈপাকলৈগা, হেমন্তগী নুপীনা থনম্বা অঙাং অসিগদমক মঙাইহৌয়ে। মসিদা শোক্ক-শম্মবা য়ায় রিবসিদি

মোংমগী মুমিং অমদদি মতৈ ইবুংঙো হেমন্তনা অহল শারহুনা য়াম্না নুংশিনা মথরয় নুংঙাইতনা মীয়োল ভান্দ্রিবা মাগী মচানুপাবু মাওয়োক-নাওকোমগী ভার পুম্নমক লোজরিবা লৈপাকচৈদা অসুম্না হায়রকই, "নুপীমচা ঙসদি ইতৈ রা খরা হায়গে মহৈদি অসিনি,— নহাক য়ুম অমুক পাল্লু – য়ুম পানবা তাযবসে ইশাগী কান্নবা ভাক্তা নত্তে। ঈশ্বরনা শেম্লকপদা শিন্নরকপা খোৗদাং অহু পাংথোকপনি। মহক্ক দমক ঐমা মোমা অও--অউন অমুক তমগনি। রাফম অসিদা নগাকপু নুংশিদহনা অমাদি নোকমিংদহনা হায়বনি হায়মন্নু খমগনু।"

লৈপাকলৈমা মৈতৈ নুপী অমা ওইবগী লৌচং কায়দে, মতৈগী মমা দা মকোক খুম্নহনা পিক্লিবা অঙ' অহুবু মথানা পম্না পম্না অঙাং অহুবু মুন্না য়েংনগা মতৈ অমগী মফমদা থোগলোন কাহখিগদ্রা হায়না কীনা কীনা ইক ইক লাওনা হায়রকই, "এবু চানবিবা নুংশিবিবনি খঙে। অহুবু—" অসি হায়রগা রা মথা তাবা ঙমখিদ্রে।

হেমন্তনা মথা তাম্না হংলকই, "অহুবু করি ত্তৌরবা?"

"ঐ ইস্মাতগী চংনবাবু অমদি ইশাগী ধর্ম্মবু কঙবা পাম্মী। অমনা—"

"অমনা করি?"

মতৈ-ইবুংঙো হেমন্তনা মথং মথ, হংজিল্লকপহুদা খুফম থঙদনা, পম্মোকপা ঙমদনা মপুক্রিংদা অসুম্না খঙলি, 'বাবাগী

য়াথংবু লৈখা তাহন্দবা, ইপা-ইপুগী চৎনবোল ঙাকচবা অসিবুদি তাইবংপানসিদা ইশৌদাং পাঙ্ববা মতমবা !' মসিমক হংজনিং-লম্মী। অদুবু মতৈ অমদা পম্খোকচবা ঙমজখিদে।

মৈতৈ নুপী অমগী লৌচৎ, শাগৈ অমগী মো অমনা ত্তোগদবা মখো অদু মো ওইরবীনি হায়দুনা নৌরিবী মনাওনুপী লৈপাকলৈনা থাজদনা ফোংদোকচবা ঙমদনা খল্লম্লিবা রাখল অদুদা হেমন্তমা হায়নিংঙাই লৈতনা পেজরম্মী। অদুবু ঈকায়বা নুংশিবগা লোয়ননা অমুক্ত হায়রকই, "চুম্মী নুপীমচা, মহাক্কা পম্খোকপা ঙমদনা খল্লিবা রাখল অদুমু উঁদবা নত্তে। মদু শাগৈ অমগী মো অমনা চৎকদরা লৌচৎনি হায়বস্মু থঙই। অদুবু তাইবংদা ইশাগী চার শম্দোকপা হায়বসিস্মু তাইবং শেম্বা মপুগী শিল্পা ওইরমগ্নে।"

রাকমশিং অদু অহল শাম্নিবনি হায়দুনা মতৈ-ইবুংঙোনা কন্না কন্না পল্লক্লবদা, মতৈ অমদা খমজম্লিবা থোগলোন অদু কায়খিগদ্রা ! নুংশিবিদ্রিবা মতৈ অদুবু শাগৈগী মো অমনা থোওইদবা ওৎনা খোক্লগদ্রা ! ঈকাইজররুবা মায়খোংমা মথাসুংদা কোঙম্নিবা নরা অপিশক অদুদা থম, মিৎলুদা প্রেমগী ঈম্রা শিন, হায়বিংবা পজনিংবা পুক্লিংগী রাফম্না, সনা লাইজ ঈরেন্দা ঈরাক্লরবা তাইবংমা মশা কজনবগী খোল্লাউ অমত্তস্মু লাউখোক-চবা ঙমদবগুম ইক ইক লাউনা হায়দোকপা পম্খোকপা কম্নি অমত্তা ঙমজখিদ্রে।

মতৌ অদু উনা উনা হেমন্তনা অমুকস্মু নোংতুনা হায়রকই, "ঈকাইগন্থ নুপীমচা, মঙ্গুমী জাতিগী শেংলদা নুপী অমবু থৈগী

অমদা শিহল্লি। মহৃমকস্থ মহাক্লা ঙল্লোই, ঐগুদা কমাগুম্না অমনস্থ মহৃদা থিংগনি।

মতৈ-ইবুংঙোনা হায়রক্লিবা রাক্ষস অহৃগী পাউথুমশিংহৃ অতোপ্পা মীত্তোপ অমা ওইহল্লবদি ইচংথোনা পীরমগদবনি। অহৃবু লৈপাকলৈনা মচেং ওইনা পাউথুল্লকই, "ঙসি মৈতৈগী সমাজনা মহৃমক চংনরল্লবস্থ—" অসি হায়রগা মথা তাবা ঙম-শিল্লক্রে। মিস্না অনিমক্তা প্রেমগী লাইজ ঈহৌনা অহ্না অমুক্তং হায়রকই, "ঐবু— ইচে-ইবেম্মনা শিগ্ন বিরল্লিবা অঙাং অসিগা শেংন-খাইনবা অসিতদি ইতৈ-ইবুংঙোনা—"

"লৈখিল্লবা মীগী মীরা চান্নহৃনা ইশাগী পুন্সিবু লৈখা তহন-জগদবা নত্তে। য়েঙ্গোক্তই, উখোঙ বাখোঙদা ফমহৃনা, চাদ-থক্তনা অচুম্বা হীনরিবা মীওইশিংসিদি মশা মত্তোমতগী আত্মাবু লাক্ল-জবনি। ঙসি পৃথিবীগী সমাজদা কয়ম্বা লাজবা কনা য়াউবগে? ভিরবু হাংলগা, পাপীবু মাঙহল্লগা মশা মশাগী থৱায়বু কন্নবা ঙাক্লি। পাপ তৌদবা কনস্থ লৈতে। ঙসিগী সমাজনা পাপপু পাপ হায়নায়িবশিদি হেক্তিলমমববু ওইগদ্রা নিংই নুপীমচা, নুংশিনর, হিংমিন্নবা অসিখক্তনা ওইগনি অহৃম্বগী শক্তী।"

হায়জিল্লক্লিব', হংজিল্লক্লিবা রাক্ষস অহৃদা খাঙফম লৈফম থঙজিল্লক্রে। থৈদোক্লবগী উপায় উশিল্লক্রহৃনা মপু ক্লিংদা অম্মা, 'মনাওন্নুপী অমা ওইবগী ঈকাইজবা অসিমক্তনা থিংহৃনা পুক্লিংগী রা খুদিংমক ঙল্লবদি অঙাং ওইনা ব্যবহার কায়ম্লক্রগনি। খল্লক্লহৃনা অম্মা হায়ম্লকই, "মীগী মীনোক খরা ফংলি খন্দুনা

ইশাগী ধর্ম্মবু লৈখা তাহঞ্জরোই ; ইপা ইপুবু ঐ অমগীদমক অন্নক্কা লংথজরোই।"

লৈপাকলৈগী রাকম অহুদা হেমন্তনা উপায় করিমত্তা লৈত্রহনা অমুম্না হায়রকই, "অচুম্বদি ঙাক্লনি, অহুবু নুংশিমচা, উৎ-রাই হৈশিন্দুনা ফজবা শকপু মাঙহনবা ঔনা পামম্নবনি। অহুবু মহাক্কী রাখলদা মতাংত্রে। মহুদা নগাক খাঙবা রাগনি।"

লৈপাকলৈনা মইত-ইবুংঙোগী রাকম অহুদা য়াঞ্জনিংলমমে। মমমদি—জাতিগী চংনবীবু, মশাগী ধর্ম্মবু ঙাকপা হায়বসি জাতি অমগী চাদা নাউদা ওইনা লৈরবা ঐখোয়গী তঙাইফদ্রবা ইথোনি। মসি ঙাক্লা চংনবমক্তনা মীওইবা জাতিবু পৃথিবীদা লৈহিবা জিব খুদিংমক্তগী অথোইবা জিব অমনি হায়না লৌমহিবনি। মসিমক লৈপাকলৈগী রাখলনি।

লৈপাকলৈগী রাত্তাহদা পুকচেল চাওবা উৎম্নুরা হায়রবু থোইরা হেন্না পুকচেল শিকশঙ্খম থেংকত্রে। পুকচেল থেনবীনি, পাঙ্গল শোমবীনি হায়না নুপী ওইবী কাংলুপপু শিংথামরিবা অসিনা কবিদা হায়বমিবগো? অমনা মগ্যাম্বু চেম্থরিবা? নুপী নুপা কাঙলুপ অমিমক্তা অথোই অহেনগী চাংদি অহুম মইরেগনি। লৈপাকলৈগী অথাঙ কনবা, উইল কনবা, থম্মোয় শেংজনগী মতৌ অসিদা উপায় লৈত্রহনা হেমন্তসে থেংঙ্গলোমদা অহদ থেংকত্রে।

নোংরিবী নোনম্নু লুত্রা ওইহৌহনা মপুরোইবা কাইনবগী মিৎলু পিয়াং কংজদ্রিবী লৈপাকলৈ হায়না কৌবী নুপীমচাসিদা ঙসিগী মইত-ইবুংঙো হেমন্তনা হায়রম্লিবা রাকম অহুমক্তনা, মৌনা

মৈশা লাংডহৌরবীগী ওমহূনা থমজরক্লিবা য়াইগী মৈদা শিঙ ইনশিনবগুম খোইনা হেন্না হেন্না মৈশা পীবিহূনা মৈগক্তা থমজ-ঙ্খিবা আশাশিং অহূনা মৈশা অতুদা খাঙ্ডমগ্রহূনা মতি চল্লক্লগা মিংলুদা প্রেমগী লাইক ওইনা মরি গরি শিন্থরক্লে। মতম্পাক্তা শিন্নরম্লবা হুঙাংসি কমাগী মচানো? গর্ভদগী তারক তনা মচংবা? য়োকচবী মহাকপুদি মমা ওইরোইদ্রা? অঙাংঅমগী পুন্সিবু য়োকখংলা, সমজ অমা য়োকখংলগা করি খেন্নরিবগে? অশিগুম্বা হাখল খরনিদা মহি চেল্লবা থম্মোয়গী লনাশিং অদো মতুম তাশিল্লক্লুনা পুন্সিগী লল ওইনা থমজিনখ্রে।

# নিপাল

মতৌ হুম্দুম তৌনা মতম কয়া অম চৎখ্রে। নৈপাকৈলগী মচে-ইবেম্মা, অর্নিমাগী মপুরোইবা বসন্ত, লৈঙ্খিন। অমি অসিগী পুমওমগী মথৌ কয়া তোইখ্রে। নৈপাকৈলগী মতৈ ইবুংঙো হেমন্তপু মোংমা মনাঙ্গুদা মুম পাল্লি, অও-অট্রম ডুমগে ... ... ... গী মশিংদবা মতৌ অংমা থোকখিদ্দগী লোম অঙ্কুক লগগা চাম থরুবা খরনা চিঠি অমা থমল্লগা চংখিবগী অতুম হল্লকখিদ্রে।

বব লীস্নু মরা মপাড়ি অমতা শাখিদ্রদা অশিকপা আঙাংচুগা মখোয় এনিদা অতুম অস্তুম লেঙকপনা অঙাং অহু স্কুল কাবা

ঙম্রক্লে। অঙাং অমগী লাইরিক-লাইগুম শমহনবগী, মপুরোইবা মাউদনা, কনাগীসু মতেং ফংদনা ইমুং অমা পুবগী ভার পুম্নমক পুবসিদা লৈকায় অপুন্নবা লৈপাকলৈবু ঙক্কররক্লে। অমনা মৌ মহান্নি, অঙাংনি, লুপ্রাবী মশক মতৌ ফজবীনি। মহাকপু খোইদাবা লৈকায় অংদা নুপা-মহা কয়ানি। মশা কজ্রবগী লানফমদা লাল কয়া মায়োক্লমিবী নুপী মচা অমগী পুন্সিনদি কয়াগী মতিক রামা থাঙলিবগে? অরাবনি লৈপাকলৈগী পুন্সি! কনাদসু তেংথানিংঙাই লৈতে। অহুবু কনামসু লৈপাকলৈবু জয় তৌথিদ্রি। ভরাই ভরাইবসু মতে। অহুবু কনামদি তম্বা ঙবা থবকনা? নুপী মচাগী পাঙ্গলনি। অয়াম্বা মতমদা মহাকপু খোইদাক্লবা নুপা মহা কয়ানা মাবু লাঙ্গোয় চন্দুনা লৈরিবনি। লৈপাকলৈগী চমজরবা নুম্বাল অমদি মাগী থোং-নৌরবী লোনচং শাজনা, বাঙাং শাঙাংনা মাবু কনাম্না লাকথুরবা ঙম্নদবনি।

মোংমগী মমিদাং অমদি লৈপাকলৈগী নুমগী মনিঙ ময়াদা নুপা অমনা লৈপাকলৈবু থুহম চনগদবগী লাংলো কয়া থিহনা লোম্না লুমহনা লৈরম্মী। নুপা অহনা কনাসু লৈতবীনি থন্দুনা থৌশাক্লবা থোইমা লৈরমদে। নুপা অসিনা মনিঙথোঙ ময়াদা অসুম অসুম চংশিল্লকই। লুমহনা অতোপ্পা ফিমু শেংপা অমনা অনুক শেন্নরম্মী। মনিঙথোঙ ময়াদা চংলকলিবা নুপা অহগী মমাঙদা রাংথুং রাংনা রা-লাল ঙাংদনা লেপ্লরে। নুপা অহ রা-লাল ঙাংনবগী শক্তি লৈত্রগনা তুং হম্না-হম্না অহুম খোক্লকই। মহুগী মতুং ইম্না ফিমু শেংপা অরাংবহনা অসুম অসুম তপ্না তপ্না

তাম্বোয়কই। থে'ঙ্গাল লানবা মতমদদি নুপা অহ্ মিহুল থাহুল য়াওদবমথৈ খুহুপ থাহনা অহুম চেনখ্রে। অসুম তৌনা মতম কয়া কয়া হৌয়ক্লে। লৈকায়গী মী কয়ানসু লৈপাকলৈখোয়গী ইখোলসি ভূত-প্রেত থোকই হায়না তাংনবসু য়াউনয়ক্লে। অহুসু লৈবাকলৈনা তাদবা নত্তে। রংমা লান্না লৈরবী নুপী মচাগী উইনবা মিপাইরুবা করিসু লৈত্তে।

লোংমা সুমিদাং অমসু লৈপাকলৈনা য়োকচরিবা অতাংহ চাক ঈশিং পীজ-পীথকপা লোইরগা কমুংদা তুমজরম্মী। অতাংনা তুমথগ্রবদা লৈপাকলৈনা মপান্দা থোক্লুনা য়েনখা-লুখাদা পোৎ-চৈ লোইশিল্লম্মী। করি করি লোইশিনগ্রিবগে হায়না কোয়েং য়েংহুনা লৈরম্মী। থোঙ্গালদা শনবোই শাবা মীওই থয়া মীকুপ নাঙ্গম য়েংহুনা লৈবম্মী। মহুগী ঈরাংহুদা মতৈ ইবুংঙো' হেমজনা তাঙ্গা অহুমক্লদা লোয়া ফিরুক-ফিরাং খুম্লগা মহাক মাগী কাহুদা চংহৌরে। মহ্ লৈপাকলৈদি উহৌদ্রে। মহাক্না ইমুংদা চংলবা মতুংদা তাইহাক লৈরগা ফিমু ইরবা থাক্তি শেংপা নুপা অমা চংলক্লুনা লৈপাকলৈগী পোঙজিন্দা লেপ্লরে। অহুগা মখোল শেন শ'রহুনা থোঙ হাংউ হায়না হৌদোকলকই, "নুপীমচা, লৈপাকলৈ, ঐ লাকই থোঙ হাংদোকউ।"

লৈপাকলৈনা মতৈ ইবুংঙোমি থল্লরহুনা মশানা ইল্লিবা ফিগী ফিজি থয়া চিংথংলগা মকো'ক খুম্লহুনা থোঙ হাংদোরকই। অহুগা মাগী কমুং ময়'দা চংশিল্লি, নুপা অহুসু অসুম অসুম চংশিল্লকই।

মহু উৎদা লৈবাকলৈনা ইঙক ঙক্লহুনা অস্তুয়া হায়রকই "হায়বু মহাক কনামো ?" কিমু ইনবা হপা অহনা হায়, "ঐনি।"

"ঐ হায়বদি কনামো ?" করি পামহুনা মতম চাদনা মকন অসিদা চংলকলিবগে ?"

"ঐনা মহাকপু অহুকী মতিক হায়নিংঙাই লৈতনা পাম্মী। অহুকী মতিক মুংশি, মহুনা মরম ওইহুনা মহাকপু লৌবা লাক-লিবনি।"

য়াফম অহুদা লৈপাকলৈনা ঙকপা শাউনিঙবা য়াথলনা থুমহংলহুনা শাউনা হায়রকই, "মুংশিবীবা মীশক অমনা মুংশিরিবা মীশক অহুগী মমাক্তা লাকপবু ফিরুক-ফিরাং থুমহুনা শক লোংলগা লাকশিরিবসিদি করিনোনো ? অদোম্মা ঐহাকপু মুংশিখিবা নত্তে, মফম অসিদা ঐবু ইজ্জৎ মাঙহনগে হায়হুনা চংলকপা হুরানবা মীশক অমনি।"

"মানি, ঐ হুরানবসি। অহুবু ঐনা হুগনি হায়হুনা লাক্লিব-সিদি মহাকপুনি। ঐনা নঙবু ঐগী ওইবা পাম্মী।"

"ওইবিমু, ঐবু অদোম্মা মুংশিখিবা মুংশিরবা মচল অমা।"

"ওইগনি, ঐগী পুন্সিদা লোয়নগদবী মুপী, তর্ক তৌহুনা মতম মাংহনবনা কাম্নরোই। ঐগী মাঙ থাহুনা চংপনা লেমগনি। ঐনা হায়বা য়াত্রবদি নঙগী মথরায় লৌগনি। নঙগী লিংফমনা ঙসি কদায়দনো ?" পিটম পায়বা মথুং অহু থুহুম চেংনা পায়থগা থমকা তৌরহুনা নখা শনথরকই, "চংলু, ঐগী মাঙ থাহুনা চংলু।"

রাকম অহুদা ইশি শিনা যমুংদা ছুমলিবা, মাখা মোরুচক্রিবা মুংশিন্নবা মচা অহুদা চিংনা য়েংলে হায়রগা পাওরবী মুপী মচা অমমা ওইরিবা কিতম অহুদা থম্মোয় কায়না ফুন্নগংলক্লিবা মৈশা অহুনা খাওবা ওযক্করক্রুনা মপুক্লিং মুংশিনা মশাবু মিন্দা তৌরহুনা মিংদুনা ঈরা শিন্নগা হিক্লা হিক্লা হায়রকই, "ঐগী ওইরিবা কিতম অসিদা ঐগুম্বী পাঙ্গল শোনবী মুপীমচা অমমা মশাবু কজনবগী পাঙ্গলদি কদায়দসু লৈরঃরোই, অহম ওইনমক ইমা ইচাগী পরায়বু পুন্না লৌবিবা তারবসু ঐনা মহাক্কী মমাও থাহুনা চৎপদি কৈদো-মুংদসু ওইথোক্লরোই।"

"লিংজেন ফগনু মুপী, ঐনা নহাকপু মুংশি, পাম্মী। মহাক্কী মক্মদা অপাম্বা খুহুম চন্দুনা ওসি ঐনা হিংচা-য়াইজবগী শকলোন লৌরি। ঐগী অপাম্বা অসি মাওহন্নবা মওগী করি শক্তিদি লৈরি হৌজিক ?"

"চুম্মী, উপায়দি লৈরে। অহুবু সংসারদা উরিবা, লৈরিবা ওইরিবা খুদিংমক্কা থম্বা য়ারিবা উওমদুবা থম্মোয়মুংগী রাখলহুতনা লেপ্লিব, অপাম্বা, মুংশিবা হায়বা অসিগী শকওং শক্তম কনানদি লেপলি! পামগনু হায়না মী-মীহুগী থম্মোয়দা চংহুনা কনাগী শক্তিনসু থিংবদি ওমলোই, মুংশিবদি উওমদনা চেক্লিবা লৈবোন্নংগী ঈচেল্লগসু প্রমাণ তৌনৈ। অপাম্বা হায়বা অপাম্বা অনিমক্তি করিনো— থম্মোয়না লেপ্পা, থম্মোয়তনা উবা, থম্মোয়তনা লৌবা, মায়থোংদতা উংপা, শক্লাইদবা পোংশক অমা ওইরম্মা য়াই। অহুগুম্বা পোংশক অহুনা খুহুম চন্দুনা চমজরবী তোন্নবী কনাগুম্বী

কয়াগী ইজ্জৎ মাঙহন্দুনা নশানা মশাবু পাপকী কোমদা চোংথ-বিগনু, ঐসে কনাগো অমুক্তা য়েংবিয়ু। মজাতিগী চনু মিঙোল অমা নত্তরা? চাঙখোকচনিংঙরা, পৃথিবীগী জাতি কয়াগী মমাংদা? লেঙ্গোনিংঙ্রা, মৈতৈ চনু কয়াগী মবুং মোংশুবা হায়বা? খোয়াংবনু কোক্রুগদি মহাক্কী কদি তোংজরিনা—লৈরো লাউ, পাঙ্গল চাওবা নুপানি। করম্নদি ঙাকচগদগে পাঙ্গল শোনবী মুশী কনানা মশাগী ইজ্জৎ সন্মানবু—"

লৈপাকলৈগী য়াফম অহদা দেবেন্দ্রকুমারগী থম্মোয় অহ পুমপেং পেংখ্রে। অহুগা ধমকা শিঙ্গিন্নরম্বা নিস্টন অহম্ মাগী মথুম মখুংদা থমজিনখ্রে। অহুদগী তপ্না তপ্না মায়থুম অহ হাংদোকখ্রে। পুলিশকী ইউনিফোর্ম শেংপা অহ উংলহুনা মু শিবা হায়রকই, "লৈপাকলৈ, কনা নত্তেনেকে, মহাক্কী নবুং দেবেন্দ্রকুমারনিনে, নহাক্কী অক-ফন্না কয়াবু হৈবুংনা মুংঙি মুমিং থুদিংগী লোম্না লোম্না লাক্কুন ময়েংক্লরম্বিবনি। কদিগী ইচলমা খুদোংথীবগনগে।"

ময়থুম হাপতুনা অরোনবগী শকলোন লোয়মলিবা নুপা অহুমা মাগী মবুং দেবেন্দ্রকুমার ওইরবহুদা করাউ তুজুংবগা লোয়-নবা পিরাংলক্কগী ময়গে ংবা মোমোন তৌজরগা দেবেন্দ্রকুমারগী মখোঙ শোক্লা ভক্তি তৌজরকই, অহুগা অমুম্না হায়রকই, "কদিগী-দমক্তা অপঙ্গী মচলবু মিপাইহনবীরিবনো তামা?"

"ইচলগী ওইরিবা খিঙম অসি, ইচলমা ইচলগী মিং ওইবতা নত্তবা লৈপাকলৈগী মঙন হুবু ঙাকচবা ঙমলিগদ্রা হায়না চিংনহুনা

ঙসি নহাক্কী মবুংনা অম্মোনবগী শকলোন্দা অকৈবগী শক্তম অসি উংলব্রিবগিমেহে কৌগন্নু মবুং হৈ। ইচলগী অরাবা খুদোংথীবা খুদিংদা মবুংবু নীংশিংলকউ, মরম অদুদা ইবুংনা শোয়দনা খুদোং-থীবা কম্মা অহ মায়োক্নবগনি। ইবুং চৎলে, এ্যা মফম অদিদা লুইনা লৈরবদি ইমাগী নিংচং থীরকপা য়াই।" অসি হায়ধ্রেগা দেবেন্দ্রকুমার অহুম ইমুংদগী মপান্দা থোক্লুমা অহুম চৎখ্রে।

নুংশিংবকস্নু শিংলি হায়বা মিংমক্না উবদি ফজৈ, বিজ্ঞানগী শক্তিনা চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না মীওইগী চকচাং কায়াংলুংগী শক্তমশিংবুস্নু উবা ফংহল্লে। মতাংমকস্নু থোমাওবা লৌনি, মরমস্নু মাখোয়া ফংলি। মথোলস্নু মাকোংমা ফাই, অদুগা নুংশিবা হায়বা অসিনা করিনা খল থাব্রিবা—অংাংসমুনা কনানা মাগী চাং লেপ্লবগে? মতৌ অনি অসিনা করি পোংশকমা? মওংমা করিনো? নংগায় পুক্নিংনা হংলি উডোম্বা থাম্বায়ন্নগী রাখল অহুখক্তা লেপ্পী। করণংশায়নো হায়বদি কনা অমত্তনা উবা ঙমনদ্রি। মখোয়গী চা ওননব, মখোয়গী শক লেপ্পনবা পুংকায়খিরসি বিজ্ঞানগী শক্তিনা।

লৈপাকলৈ কৌবা লুপা মচানা মাগী সজ্জা ধর্মবু উাকচর-রোইদ্রা হায়না মিগাইজবহ কোকচখবগা লোয়মনা কন। লৈজপ্রবী নুপীমচানা মাগী চায়ংথোইরবা মযু অমমা মাগীদমক পানা পাথোম তিংবিরমহুদা আমাবস্যাগী অহিংগুম কাহংলুমবা ঙবৌরবী মগী মায়থোংদা নোংপোক চিংদোন্দা চিংমু কৌবী লাইরেম্বীনা থোঙলোই হুলক্লুম, অরাবগী মখি অমো অমুম

অসুম কোকচরক্কুনা খোকত্রিবা মখুং অহবু পিরাংবা গুমহৎলুরবা মায়খোংকুনা নুংশিনা মে'মোল তৌনা য়েংজহৌই।

পুকচেল শেংবতা মহুনা চমজরবী রাখলগা লোয়নবা অচম্বা ফিক্লেংবা মাগা রাখলগী মঙ্গালদু ফোংদোকচবগী মতৌ অহুদা লুমহন্না ঙপাই মখে তরম্রিবা হেমক্লগী পুঙমজবা থম্মোয়দগী শিন্দ্রকপা পিগী ঔচেলনা অমম্বা ইমুংগ' লৈমায়দা তংপা থম্বা নায়দনা ফিল্লরে। অস্রুম্না মাগী থম্মোয়না খল্লকই, "খুংনা পায়হনা ত'ক্লনবগী পাম্বৈনা কদায়দা—অক্রম-অয়াং ওন্নমবগী শাক্কনা কদোমদা—নুংশিনা অমগীদমক, খুংশিবিবা কনাগী মীংলুদা পিরং শিন্দবস্তু মত্তে। নুংশিবা অমগাদমক মথরায় কৎপা ঙম্না, খুংশিবগী চাংয়েং লেদবস্তু নত্তে। মজমগা মশক উবা ফংদবগুন, তঙমস্রবা থম্মোয় লকানুংগী ওইরবা খুংশিবা আসবু মীপুম খুদংমক্কা থম্মোয়দ' চেৎনা চান্না থম্নবমক্কনা ঙনিগী সম্ভ তানিনা অমমা অমবু য়োকথৎনবদগা অঙম অঙম শেং-শেংহুনা চানদবদগী ঙনিগী সমাজ অস ওইরিবনি। অহগা ঐনা অস্তুক খুংশিজরবা হুনাও নুমী অ'সবু করিগীদমক্তা মৈমক্তা থম্মৌরিবমো! ঐ পঙনবনি—ঐনা চৎমবী সমাজগী কৌরি—করিস্তু থোক্লদবা নুংশিবা মখুং অমনা মাগী মতম কাইহনা মচনগী খুদোং থীবা কয়াবু ম'য়োক্লনি হায়হনা লাক্লি। অস্রুম্না নুংশিরবা মনাওনুপী-দগী মাগ' পুক্লিং লৌশিং কয়া কয়া উরক্লে।

মমম নুংশিবনু নুংশিবা হায়বা লৌনম্নি, লৈবাক সমাজগী কান্নবা পুরক্লিবা, অদুক কান্নপ্রবা নুংশিনবা হায়বা নুংশিবা অসিমু

হৃগম্ব প্রমান তৌরৈ। সুংশিবা অমগী মফমদা অমাঙ-অতোং থম্লদে। সুংশিবা অমগীদমক কনাগুম্বমন্ব ৱাহৈ, সুংশিবা অমা কায়বগীদমক কনাগুম্বনা ঙাউচংবৈ, কনাগুম্বনা মরম্নাই শিবা ফাওবা ঙম্মী। মনম সুংশিবা লৈমক্লন্ব মীগী থম্মোয় হুবদা নঙবা মীখু পঙথহনবা ফাওবা ঙম্মী। মসিমক্তনা মনম সুংশিববু সুংশিবা হায়বা ৱাহৈ অসি মপ্লা হায়রবিবনি।

চম্লবী মমাওনুপীগী মতৌ মওংসি উর উরগা মওল মওল খল্লক্লি। “মাযখোঙদা যেকপনা, অকে অমোগী ফিজেৎ লৈতেংবমা, মীওইবগী শক-চু শেম্বদি ঙম্মী। অহুবু মীঙা কাজন থাবমা, মাযখে ঙদা পেন্ট তৌবনা. ম্না ফিগে শেংপনা, মীওইবগী থম্মোয শেম্বদি ঙমদে। লৈপাকলৈনা অচম্বা ফিজেৎ লৈতেংহনা অচম্বা থম্মোয়গী মশক উৎচল্লি। চাউরবা উমং কয়াদা কন্নবা উপাল কয়া কয়া হেই, অহুবু চ'-চন্দন পাম্বী, আগর চন্দন পাম্বী ঙাক্লা ওইবদি নত্তে। করগুম্বা মরক্তা চেন্নবন্ব পাম্বীহ লোইনমক আগর চন্দন ওইরমদে। পুক্লুংগী খরোঙম মনুংদা থবক্নিম্ন্ন। পুক্লুং থম্মোয়গী রাখলবু মাযখোঙদা যেক্লনা তাক্লবগুম, পাম্বী পাম্বীহনা মাগী মাগী মশক লেপচল্লম্বতনি।

মারক্তা শাংনী চিনি চম্প্রা ম'গী কে'চি থাংলম্মী। অহাঙবদা খিনগঙনা মাগী লৈশাং জল্লবন্ব অদর গুলাপ কেৰী লৈৰাং লৈখোক্তা তিন্নং পাল্লম্মী। অগনী লৈহাও, নাগেশ্বর অৱাংবা মপান লৈজরম্মী। চেংলৌ হেজবী থম্বাল ঈরোম্নুংদা পোম্লগা ঈপাল লাম্না শাংলবন্ব লৈখোক্তা তিন্নং পাল্লি। মেলৈ লৈস্না

শক:হনবীস্থ পাগেল উকাদা ও'ঙ্খোইরম্মী। থোংনা ঈংলবী লৈপাকলৈস্থ শারবা কালেনগী মালেম লৈতঙ্গায়বু ঙনজনা উইন চাওরম্মী। তাইবংনা শিঙথানয়ম্লিবা লৈমাং খুদিংমক মাগী মাগী মগুণ অমমম ঙাক্লা ঙাক্লা ঙম্না লৈশাং তম্নরম্মী। করিগীদমক্তা ঐখে য়না ঈথক ঈরাংদা তাউগদৌরিবনো?" হায়না মপুক্লিংগী খাখলবু শন্দোক শন্দোক্লা মওং মওংগী খাখল তৌরক্লে।

লৈপাকলৈনা চিংমবা অকিবা করি অনত্তা লৈতনা মাগী ফমুংদা চংহুমা তুমথক্লে। মানা লোংলিবা মকম অহু মাগী কানি; মাগী য়ুমনি। করিগীদমক্তা লোংলিবনো—লৈবাক সমাজগী করম্বা তমথিবা মীনোকপু কৌবননো? করিগীদমক হেমত্তনা অয়ুক পাওক্লবনো? বোন শোক্লবী লৈবাকলৈমা মাবু উরগা মাগী থৌনা চাউখংচবা নত্তনা মাবু তাম্হে'ক্লুনা ইকায়বা করি পীগদগে? অরাবনি হেমতুগী খাখল—অসুম্না চংনবী সনাজবু থম্মোয়দা নিন্দা তৌর-তৌরহুনা অহিং অহুনা নোং তান্দে মবা ফাওবা মাগী কা অহুদা ঙসাই লৈপাকলৈনা তুম্লমদা ইদা খোঙসী পুম্না অহু লোন্না শংলগা নাসেন পিক্লা পিক্লা থাংহুনা ইমুংদগী মপাম থোকক্লে। লৈপাকলৈ মমা মচাস্থ অশিবগী পান্দমতুম ইশি শিনা তুমহেরে।

# মাপলশুবা

লৈপাকলৈগী মচাহুপা চাওবা কৌবা হুপাগচা অসি, পিশক হেক পিক্লিঙৈদগী হৌজিকফাওবা অসি লাইব্রিক তম্বা চৎপদা মকোই মরাং ইচোম চোম্বা রিক্সো বালা অমনা ইত্তং তত্তুনা থিন্দোক থিনজিন তৌরি। চাওবনা ক্লাস টেনগী পরিক্ষাগী ফল য়েংনবগীদমক খবর লৌবা চৎলম্মী। মহাক্না খবর য়েনক্মদগী খবর লৌরগা, খ-রহ ফ বদবী হরাওনা মমাম লৈথোক্লগা থোক্লকপা মক্তদা থামদুনা লৈরম্বা রিক্সো অমদা হেক্তা কাখৎলি।

চাওবস্তু নুংতি নুমিৎ খুদিংগী রিক্সো বালা অমনা থিন্দোক থিনজিন তৌদুনা লাকপা মরম্না অসোমদা চৎকদবনি, অদু য়ৌবনি হায়বনা চংবা কম্বি অমত্তা হায়রমদে। মতম খুদিংগী লেম্নরকপা রিক্সোবালা অসিনু রিক্সো বাবা হায়না অদুম লৌইনরক্লি। রিক্সোরালা অদুনচু কবি অমত্তা হায়বা ঙাংবা তৌদনা চাওবগী মযুম মায়কৈ.রান্দা অদুম পানর্ক্লি।

খরা চৎলগা রিক্সোরালা অদুনা চাওদা হায়রকই, "মহাক্কী পরিক্ষাগী ফল য়েংলোদনা।" চাওবনা রিক্সো বালা অদুগী বা হেক তোকপদা ইংক ঙক্লা কায়রকই, "হেমা, ঙসাই মথৎ রিক্সো বাবামি হায়বকা খঙনুদে। ঐ মতম চুপ্পদা রিক্সো বাবাগা লোয়নরকপা সিদা রিক্সো খোবা কনাগা বারি অমত্তসু শানরক্লি। ঙসিস্তু রিক্সো বাবা ওইরমলে।" অসি হায়রগা খবর অদু ফাঙ্কে রক্লে।

রিক্সোরালা অহনসু মাগী রিক্সো অহ মচি অমদা লৈশিন্দুনা খাম্নগা মাগী রিক্সোগী শাবল অহুদা মতুং ওঙ্খোক্লগা মাগী রিক্সো মথক্লা ফম্লিবা চাওবদা ওনশিন্দুনা খোয়াংনা পরিক্ষাগী কল ঙাক্ৎরম্মী। পেলক্লকহনা মখোয় অনি চংহনা য়েংলবদা চাওবনা হয়াওবনা খাই হেক লাউনা খঙহায় হায়রকই, "য়াউরে !"

রিক্সে রালা অহসু খংপ্রেক খংনা হায়রকই, "কদায় !"

"ভু-ভু সিনে।"

চাওবনা ভাকলিবা মফমতুদা য়েংলম্লদগী রিক্সো রালা অহুনা কঙ্গংলগা মাগী সিটতা ফমগিবা চাওবগা হয়াউনা মুয়া য়েংনরি। অহগা রিক্সো'রালা অহনা মনা য়েংলম্লদগী—"ফাস্ট পোইসন্দা—" অদি হায়রগা চাওববু লাম্ল-লাম্লহনা হয়াউনা কোনশিন্দুনা হন্না হয়া চুপলক্লে।

অম্নুয়া নুংশিনা কোয়রিংঙ লৈরক অসিদা পুলিস কনস্টেবল লীচ পায়বা অমা অনিগা এস, আই, দেবেন্দ্রকুমারগা চংশিলক্লুনা রিক্সো অহুদা লীচৈনা কাক কাক লৈরক্লে। অহগা হায়রকই, "লম্মীনে, লম্মানে।" দেবেন্দ্রকুমারনসু "কনা কনানোমে!" হায়রগা চংশিল্লকই, পুলিশকী দেবেন্দ্রকুমারনসু য়েংলকই, পুলিশকী ঈরাংহনা রিক্সো রালা অহনা চাওববু কোনশিল্লয়া অহ থাদোকই। অহগা এস, আই অহনা, "৮ রিক্সাগী রিজন য়েংলিবা হায়বতু ওইরমানে। হায়, করি ডিফেন্স্-না য়াওরি মোনে? লম্মী লমজাওদবু ওঙ্খোক্লা—"

অখুং থাঙ্গং থাঙ্গংতুনা হরাউবা ফোংদোক্লকই, ইমা-ইবেল কয়া কয়ানা মখুৎপা মচা লৈনিংই, অদুম তৌনা তৌনা মকম কয়া চাল্লকই, অদুগা খিক্লো বাবানা মচামণী নওংতুদা হরাউজবগী মপাল মাইজরমদে। অদুবু চাওবসু মপা অত লৈজবরবদি খোইনা হেন্না হয়াও নুংঙাইবগী শৈখ লৈরমলাইদবনি। খিক্লো বালাদু চাওবগী মফমদা মাগী অশেংবা অহ করম্না লোংতুনা থমগদবনো? হায়দোকনিংবা ফোংদোকনিংবসু লোইরবনি।

ফোংদোকনিংবা হায়দোকনিংবা পুম্নমক অদুবু মানা কন্নগী-দমক্তা মাগী মপক লেংতুনা অদুক নুংঙাইজবা অসিবু মপুং ফাহন্দ্রগনো — অজ্ঞাবনি! অদুগা মাগী থম্মোয় ফাজিল্লগা চাওবনু নুংশি নুংশিনা চন্না চন্না য়েংলগা খিক্লোগী হোরোম শংলগা কেন্দ্রনদা তান থারগনা হয়ওবগী ঙৈশৈ অমা শক্লকই।

হৌরো ওসি কৌরো
তুমগঙ্গ ওসি নঙারোল
মিংচৎ ডরোং থিগ্নবা
জাতি ফিরাল পাইনবা
লৌশি, মৈবা চুখংলরে।
অম্নবা পুন্সি কম্মেলনি;
পাক্লবা পুন্সি খৈপাক্তা
অম্নবা নোংলৈ কয়ানি।
চক্রমত্রবা পহৈঁতুদা
খোয়রিবনি নঙসু-ঐসু।

ইমা-ইপা, মরুপ-মপাং,
শাগৈ-মাকৈবু কয়াদি,
থরুতগী চৈঙাকনিনে।
চংলিবনি ইতোমতা,
থোরিবমি নথম্লতা!

অস্তুম্না ঈশৈ শক্লা শক্লা লাকপমা বাজারগী মচি অমদা য়িঙ্গোহ্ থাম্লগা চাওবদা হায়, "নুপামচা নঙ মফম অসিদা ভাইহাক্তং লৈরম্মু।" হায়রগা বাজার মনুংদা য়িঙ্গো বাবাহ্ অহুম চংশিনখ্রে। চাওবনা য়িঙ্গো মথক্তা ভাইহাক ফম্লবা মতুংদা, মাগী য়িঙ্গো বাবাহ্ চাম-থক্লবা এঙ্গাং-মাপী থরগা শম্নেং অচৌবা অমগা থর হন্থবা অমগা খাউ অমদা কাপ্লগা য়ান্দুনা হম্বাউমা প্রপ-প্রপ থোক্লকই। অহুগা খাউহ্ চাওববু হৌগংহল্লগা য়িঙ্গোগী সিট মথাদা হাপচিল্লি। অহুগা হায়রকই, "চংলসি, মমাগী মনাক্তা খিনবিরগে। মমা ইংবেম্মনা ভাইরম্লগনি।" অসি হায়রগা ময়ুম মায়কৈ পা লক্লে।

থর চংলগা য়িঙ্গো বাবানা অস্তুম অস্তুম বারী শায়রকই, হায়রকই, "চাওবা, মঙ, মথা তমথনিংলিব্রা?" রাহং অহুদা ময়া ইংবেম্মগী অরাবা ফিভম অহু থল্লগা শুক্ল-শুক্ল মৈহুনা হায়রকই, "য়িঙ্গো বাবা! করি হায়গনি—কনা লৈতবসিদা—ঐগী ইমাদি নুপীনি। মানা কদায়দগী—থঙদেদা য়িঙ্গো বাবা।"

চাওবনা মাগী ফিভম পাল্লকপহুদা য়িঙ্গো বাবাগী থম্মোয়হ্ পুবা উম্লক্লম্নে। অস্তুম্না থমোয়দা কনাদম্বু ফোংদোক্লনা

নিঙ্দা তৌজরি। ইনাওনুপীগী চমজরবী, লুখ্রা পুন্সিগী ইতিহাসতা ওইদবগী অমকপা মপিবু ত হমনিংদহনা অৱাব। খাঙজরি। ঐনা মুম অহুদা লৈরগা হৱাউ নুংঙাইবা অসি য়াউবদা ইনাও নুপীনা ঙমখৈ লৈতনা হৱাউজগনি। অহৃগা ঐনা চংমবী সমাজগী তমথিরবা করম্বা শম্বলবু নমথাইদ্রিবনো— শম্বল অহুগী ময়া হেক মকলুবদা ওইদবগী অনুমাণ প্রমাণ কয়া কয়ানা ইনাওনুপীগী পুন্সি ইতিহাসতা ময়েক হেক্তা লাহনদবা তারকপা— অসুম্না থনবমখৈ থজুরগা নীঙমদবা থম্মোয়গী য়াওলবা ঈচেলনা ঈহৌ মায়না চেন্নকুনা মীংলুদ। পিরাং ওইনা মরী মরী পাথরক্লগা অসুম্না থম্মোয় শোক্লা হায়রকই, "ইমা অশোনবীনা নুপীগী মপোক ওইহনা মহুগী শক্তিহু লৈখিগ্রবমু মওগী রিক্সো বাবা লৌরিবসিদি! ইচা চাওবনা ঙসি ফাওবদা ঐঙোন্দা পীবা রিক্সোগী ভগ্না নোংমতম্ কাযথোক্কে। ইপানা তুঙশিন্দুনা থম্মী লুপা চবুল অমা ফাম্বে। ইচাগী পৈশা য়াম্না লৈ।"

"ঐনা পীবা রিক্সোগী ভাগবু অসুক কুইনা কায়থোক্তহনা তুঙশিন্দুনা থমলিবদি করিগীনো? ঐনা পীরবা রিক্সোগী ভাগদি বাবাগীনি।"

"ঐগী হিসাব অমা লৈ। হিসাবতুদগী ইচা চাওবনা লাইরিক তম্বদা চাদিং তৌথোকপদা কনাগীসু আপত্তি লৈতে।"

"ঐগী ইমানা য়ারোই। ঐগী ইমাদি মমল পীরমদনা কনাগী পোং অমতা লৌরবা য়াদে।"

"খুঙদবদগী নঙগী মমানা য়াঁনিংলোইদোবা মঙাই।"

"ঐগী ইমানা খুঙ্গবা করম্বা কনাগী অয়োনবা হিন্নমনো ?"

চাওবনা অস্থম অস্থম হকুমা হংলকপাসিদা রিক্লোরালা অহনা হায়রকই, "নৈ হিরম অমা! নঙোন্দা হায়বা য়াদে। অহগী শরুকপুদি নঙোন্দা ঙসি র খরা হায়গে নঙ তউ।"

"তাবুদি অাগে, হিরমহুবুস্থ খুঙনিংলিবা।"

"হায়বা য়াদ্রি।"

"খুঙহন্দ্রবনিনা য়াহ হায়রো, নহানমখৈদোনা ফজ ফজরবা পাউত্তাকশিং অহুম্বা হায়রকউ।"

অহনগী রিক্লোরালাহুনা অস্থম অস্থম হায়খরকই, "য়েক্তোই, মীওইবা খুদিংমক হিংনবগী লানফমদা শাদা লবা শাদানবা ডাক্তনি। মাগী মাগী জিবিকাগীদমক, শা-ডা শংমক্তস্থ শা-ডাগী মরক্তা শাদা লবনি। খুরম ওইনা হায়রবদা পিক্রবা মিয়াংমক্তস্থ মশাগী লাংদা য়ব জব মচা কয়াহনা মামী চিঞ্জক ওইনৈ। ঈশ্বরনা শেম্লকপদা নৈ রবা জিব খুদিংমক্তা মাগী মাগী মথৌ অমমম লোয়নবা শেম্লকই। তাইবঃ মপুগী শিক্তা লাক্লিবা ঐখোয়না মাগী মাগী মথৌহ তৌনবা তাই। খবকপু নৈত্রবা মীশক অহদি হিংবগী মমল য়াউত্রবনি। ঈশ্বরনা শেম্লকপদা মীওইবা খুদিংমক্তী মশাদা পাঙ্গল, খোনা, য়াখল, শক্তি ময়াম অাসি য়াউনা শেম্লকলিবনিনা শিন্নরক্লিকা শক্তি পুম্নমক ঐখোয়না শিজিন্নহনা পুক্সিগী লন কয়া তানশদবনি। ইশামা ইশাগী হিংবগী মমল লেপচগদবনি। মসিগা লোয়মনা ঐখোয়স্থ শেম্বিরকপা

অমদি লোকপিরকপা ইমা ইপাবু কাউরোইদবনি। ইমা ইপাগী য়াদং ও'ক্কদবনি। অয়োকপী মমা মপামক্তসু স্বর্গদগী হেন্না য়াংলিবনি। অহুগা মমা মপাগী মফমদা মচা ওইবশিংবু নৈদগীসু হেন্না মোক্তরিবনি। মচা ওইবশিংনা মপা মমাগীদমক করিগুম্বা থবদং তৌনরুবা, অমদি মচাহুনা য়াইফনকপদা তমথৈ লৈতনা মৌজৈ, পেজৈ অহুনা মহাক ইমাগী মফমদা, মহাকা পন্নিক্কাগী পাউ তৌনরুরো।"

অসি হায়রগা নৈপাকলৈথোয়গী লমজং মপাদা মিস্ত্রো থাম্লে, চাওবসু কুমথরে। মহুগী মতুংদা তনাই মামা মিস্ত্রোগী সিট মথাদা হাম্লকপা থাউ অহু লৌথোক্লগা শরেং মচাহুমা লৌথাকহৌরগা চাওবদা পীহুনা হায়রকই, "সে, অসি পুরো, ইমা অমদি মমামবা কয়াগা মায়পাক চান্নবা মথেল ওইনরুরো, মসিমদি এৌনা ইচাগাদমক ইপা তম্লগে।

চাওনা থাউ অহু লৌয়গা মচিন্না "মিস্ত্রো বাবা—"দমক হায়রগা অহুম য়েংহৌই। অহুগা মিস্ত্রোবালা অহু অহুম থোক্রে।

## তন্না

লমজাও শরক্তগী খুম্নক্লোমদা হাউজিনথিবা লমজং অমগী মপাদা শমকী মতাম্নদা, ইলিবা ফিগী ফিজিমা মকোক্তা তুংশা থম্লহুনা নৈপাকনৈনা মচাহুপা চাওববু থোয়াংবা তাইজরি। থুংতি থুনিং খুদিংগী ওইমা মচাবু তাইজৈ।

দময়ন্তিগী অহল ওইরবা মপা মাধবনা লৈপাকলৈগী মনাক্তা চংশিল্লকুনা অঙ্গম্মা হায়রে, "ইবেম্মা, নঙবু কম্বি ত্তোয়ন্নিবনো ?"

য়াকম অনিদা লৈপাকলৈনা খুমল্লকই, "ইপল, অঙো'ং ঙাইজরম-লিবনি। ইপলনা কদায়দা চংশিন্নগদৌরিবনো ?"

"ইপল লাইব্রেরিকতাবা চংলিবনি। মত্তে, নঙবু কয়ম কয়ম ত্তৌরিবগেনে ? খঙ্ত্রে, ইপলখোয়স্সু মতেং করিমত্তা ত্তৌবা ঙমদে। নঙস্সু নোংমত্তা ঐখোয়দকাসু হেক চংখোয়রক্তে, অদৈ লৈত্তা শেংন-খাইত্তুনা ত্তৌগদবসু মহাক ঐখোয়বু বায়োয়রমাদে।"

"ইপল করিস্সু বায়োজদে। য়ুম পা'স্রৈঙোদবু ইমা ইপাগী মত্তেংনা হিংবনি। মতম অসিদদি ইশা ইশামা খোংনজগদবনি। কনাগী মত্তেং পৌদনা 'হংগদবনি হায়বা বাথল অসিথক্তনা কম দস্সু নচানা হায়দ'বনি।"

লৈপাকলৈগী ব ফম অদু অওইবা অঙিংবা মাগী বাখলনি। অদুবু মমাঙৈঙ্গী মতম অমদা অমক'া, অপংবা বাখল অমা চেন্নকখিবা মাপবনদি পেন্দ্রনা মচেক্লা য়েবা ওইনা লৌহ্মা য়াম্না ঈকাইমা হৈনদনা অসুম্না হায়রকই, "চুম্মী, নঙ ক য়ুমদি পাল্লে, মহাক মো ওইরে, অদুবু মহাকী নুপা লৈত্রে, অঃদা নত্তুনা নত্তে নঃ, নমেম্ন চংবা অমত্তা লৈত্তবা ইমুংঙদা ইচান, কয়ম্না লেম্নিবনো অসিনি ইপন্মা ঙক্লিবদি! অঙো' অমা নমশিন্নগা নত্তেনে হায়ক্তনা লৈরম্দস্সু অসিদা লৈ, অহুদ. লৈ হায়বা মন্না-মপ উ করিমত্তা ত্তাখিদ্রে।"

"ঐগী লাইবক্তা ভম্বা অহুদা ঐগী ওইনা লৌজহুনা অহুম ময়েন্নি ইপল। ঐবু বাব্বানা কমাদম্মু শিন্নরমদে। পঙলবী তোল্লবী মচানা লৌজখিবদি ঐবু পোকপা বাবানা শিন্নবা শাগ অহু মচাগী বংসনি, ঐগী শাগেনি হায়না অহুম লৌরে। ঐনা শাগেহুগী থ্রা.মা লানবা থবক তৌরবদি ইপা ইপু পুম্নমক চেন্থরগনি খঞ্জহুনা ঐনা ঐগী লাইবক্তা ভম্বাবা অহুদা ময়োক্নবানি।"

মতম অমদা ফং খজ্রগা মাধবনদি নৈপাকলেনা ঙাংলকপা থাকনশিংহুদা থারোহুনা পাউরোল থাবনি হায়না লৌহুনা নৈপকলগী থাঙাং খুদদা ঈকাইবনা মমায় অহু অপুম অম্নুম ঙাংশিন্নক্লে। অহুগা অম্নুম্না হায়রকই, "খুমীমচা, নঙনা ঐবু থারে ফর্মদ খোকই অহুবু হৌরবা থাখোকশিংহু খল্লুরম্বু, ইপমসে মঙমহুদা খঙবা য়োহৌদহুনা খোকথ্রবনি। হৌরবা খোকথ্রবা থাফমহুদা নহাক্না অহুম খন্দুনা মরেরবদি ইপলদি নৈফম খঙলোইদোরে।"

নৈপাকলেমা মে.মোন নোক্লগা অম্নুম্না হায়রকই, "ইপল, ঐ করি অমঙম্মু খন্দে। কুপনলনা লুংঙাইএবদি ঐংু মরক মরক্তা ইপলখোয়দা লাক্লে।"

"হো অহুম তৌরবদি ইপলম্মু পাপকা হেক কোক্কদবোই লিংইদো। নহাক ঙাইহৌখে, ইপল লাইরিক তাবা অমুক চংলুথিগে।"

অম্নুম্না থারী কয়া শানরবা মতুংদা অহল অহু অহুম চংখ্রে। মচানুপা চাওবনা হল্লক্লবনা মচানা লাকদবা মায়কৈদা

ওল্লগা হন্না হন্না য়েংহুন্না লৈখ্রে। লৈপাকলৈনা মচা চাওবগী মশক হেক উত্রিবমখৈ মাগী পুক্রিং অহ লৈতাকম ইরৈবমক মখৈঙদে। লৈপাকলৈমা হিংজরিবস্থ মচানুপ চাওবগী আশা খঙ্কনমি।

লৈপাকলৈ, মমিংতা লৈপাকলৈ কৌবতা নত্তে। লৈপাকলৈ কৌবী লৈরাংনা য়েক্লা তিঙ্খং কনা কাদবা অহুমক মংাক্লগী রাখলমি। চম্ম, মীঙোন্দা অনাবা রা ডাংদে। অচুম্বগীনমক মথরায় থাবা ওম্বগী শৌনাস্থ মাগী লৈকৈ, মহুদা মত্তনা অওক-অথোং, পাইমক্না লৌশিং লৈজবা, অথ ও কনবদা মপা লৈজদবা অসিমক্তুনা পঙ্গুবা উপার লৈজংবা মহক্লা ওসি ফাওবদা মুপী ওইবীগী ইজ্জংপু ডাকপা ওমজরিবমি। ডশেংবমক মুপী ওইবীশিংনা ওমজনিংঙাই ওইরিবমি। ময়ামগী মিংথেং দবু পঙ্গল শামর্ন, উপার লৈজব্রবীনি হায়না লৌবিবমি। মহাক মশামক রাখলদি তোক্লি হৈন্থে হাগবকাওবা খজ্জদবমি। রাখল অমরেমদস্থ পুকচেল চাওনা, মথৌনা লৈবী মুপীনি। মহাকস্থ মীনি, মুপীনি হায়না অহুম লৈজরিবী মরিক্লেল থাবা মুপী অমনি।

অস্থগ্না নচানুপা চাওবদু ডাইবা ওমক্রহুনা অসুম অসুম মযুম্রোমদা হল্লিল্লক্রে। লম্বা ময়াদা পুক্লি অমগী সিড়িদা, নশুমতি সনাবুল অমা চায় চায়হুনা ঈশিং শোকদবগী তৌরম্মী। মহু উববদা লৈপাকলৈমা কৌরকই, “ইচে, মঙ ঈশিং শোক্লিব্রা?” লৈপাকলৈগী মখোল তারহুনা ঈশিংগী ঈমায়মা সনাবুল মমিংনা

ঔশিং হাঙ্গদো'ক হাইদোক্পা নওমথিনা নমারদমক থম্মা হন্নগংলগা হায়রকই, "টৈমা, লৈশাকলৈ, নঙ কদায়দা চংলুইনো ?"

"ইচে ঐ, অঙাং হললক্কুহুনা অথাই ফাওবা খোঙ্গুনা য়েংলক্কবনি। ইচেম্মু ঔশিং শোকপিরমলিব্রা ?"

"ঙাইথোদে, নঙবু ঐংখোয়দকাম্মু নোংমত্তা লাক-লাকখিব্রে, খায়া হুংঙাইরম'ম্মে।"

লৈপাকলৈনা মচে নওমথিগী খাহুদা হজিন্দুনা চংশিল্লগা হায়রকই, "হুংঙা'ইরে ইচে, ইচেম্মু শেংজিং চানিংবদা শেং-চাহুনা হুংঙাইহিবসিদি, ঐনা ইচেদগী কন্নি হেন্নুনি হায়বগে।"

অসুম্মা হন্নী শামা শামা লৈপাকলৈনা পুন্নিগী সিড়িগী শাম্বোমদা কম্লে। অদুগা নওমথিন্দু ঔশিং শোল্লপা কাখংলক্কুনা ঔশিং অথমবা সনাবুল অদু সিড়িগী পাম্বোম অমদা থম্লগা মথুং মশা ফদিনা তৈথোক মাম্থোল্লগা অদুম্মা হায়রকই, "চবেম্মা, ইচেদি নহাক্পা মকিব্রে, ইঙাউ ঙাউমা লৈমিন্নরম্মী ; নহাক্পা মথোঙ মরম ইথঙ থঙহৌদনা অহলগী মাথংনি হায়হুনা বা-লাম চফাও ফাওঅদনা, উচিবু কল্লক্কুনা ময়ুম মৈ খাবগী নতৌগুবা অঙাওবা মাখং অমদা নহাক্পা হেক্না মাথং অদু ঙাকখি। অদুদা নত্তুনা নঙনা ওইহিবা কিজম অসিবু কহিনো ? অঙাং অমবু কনাগী পাম্বৈ ফংদনা মী ওইমনবা নহাক্পা শেমলি। কমক চাওবা ভাইবংসিদা কনাবু কাদনা কনামম্মু লাকচবা ঙমহন্দনা নঙনা হিংলি। নহাকপু ঙমশিনমিঙবম্মু কয়ানি। নহাকমুক কাবা লাই অম অমুক লৈত্তে ইচেদি।"

বাকম অসিদা লৈপাকলৈনা খোমোল নোক্লহৈনা অম্মুম্না হায়রকই, "ইচেখোয়মা হুংশিবিহুমা পঙথাংদা হেক থাঙংশিরে।"

"থাঙংপা নত্তেনেহে, লৈকায়সিদা নঙবু ঙক্লা মপোটম্নে, মীনা হেজিনবা যাদে, লৈপাকলৈগুবী ইচা ইমো অমত্তং লৈরবদি হায়রহুমা নহাকপুদা মঙাংবৈ!"

"মম্মাম্মা হুংশিবিবা হায়বহুন্নি। ঐনবু কল্লি শক্তি লৈহুনা—"

"শক্তি লৈত্তবকা নত্তে। নংাক্তি মথোমা লৈবী, মক্লিংজেল থাবীনি। মঙনা ওইরিবা ফিভম অসিদা, নুপীগী মপোক্তা পোক্লবী পাঙ্গল শোমবী কনানা মশাবু মশানা শেমজগনি?"

বাকম অসিদা লৈপাকলৈনা হায়রকই, "ইচে ভোল্লি লাইবে হায়হুনা মীগী মত্তেং লৌক্লরবদি ঐঙোন্দগীম্মু মীনা কল্লিগুম্মা অপাঙ্গা কথা তাম্লকপা মশানা তাবনি। ইশানা ইশাবু কনগে কায়রবদি, মীগী মত্তেং লৌমোইদবনি। মীঙোন্দবু হায়ক্রম্রবদি ঐঙোন্দা কনানা হায়রনি ইচে।

দণ্ডমতিনা ইকায়না হায়রকই, "নহাক্কী বাসিদি, ঐঙোন্দা ফাওবা কল্লি অমত্তা হায়বমোইক্রা? পীশক পিক্লিবৈদগী লোয়ন-বক্লবী নচে ঐমা কল্লিগুম্মা অমা পীবকাওবদা লৌম্নবোইদবা—ংঙলে হবেম্মা, নহাক ঐখোযবু ইবা যাম্নোরি, নোংমা ঐখোয় পাবুংগী থৌদো অহ নহাক ইকাউ কাউক্র।"

লৈপাকলৈনা দণ্ডমতিগী মাকথকুদা ইকাইরপ তৌই, অহবু মহাক্লা মহাক্কী অপোংবহুদা মহায়রকই, "ইচেগীহুদি আ-লম কৌমা থনজিনক্রে, মহ মত্তে ঐনা ওইরিবা ফিক্লথসিদা ঐমা লৈত্তে

লাইবৈ হায়রহনা ঐবু খোইদাবিবা মুপা মহা কনাদা লাং থাক্নুমা ঐখা ঐগী থইজবা থীক্নরবদি ঐনা ঐগী ইজ্জৎ সম্মান ঙাকচবা ঙম্লমলোইদবনি। অহুমা ঐনা অপাম্বা মিংহৌবা পুম্নমকপু খুহুম চনশিঞ্জন্নি হায়রবনি।"

লৈপাকলৈগী থম্মোয় খুহুম চঙ্গগী বাকমহুনা দঙমতিনা শাউনিংবোহ নোকনিংবোই তোনা মোকফেং তোয়গা হায়রকই, "ও ইবেম্মা, মহা ইগই ওইনা মং শাংহনা হেক লৈরো।"

"রাসি ফমহুম নুংঙাইদ্রি। ঙাইখো, ইচেমা কমা শঙবীরিবা? কনাবু ঙাইবিন্নিবা—"

"ঐখুদি কনা অমুক ঙাইকনি, শিবা ঙাইবা নত্তনা।"

"ঐস্নুনি।"

"চক্রি ফত্তবী ইনাওদা কনানবুদি লাকচগদগে? তোক্লসি।"

অমুম্মা মোক্ল নোক্লহনা মখোয় অনি মফম অহদনী কায়নরে। দঙমতিসু ময়ুমলোমমা চংরে। লৈপাকলৈসু অভুম অমুম থোরকই। অগংকী চংনবীদা অমগী মতেং অমমা লৌবা, রাইথোক রাইশিন তেনবা হায়বা অমদি লৈ। লৌমদবদি লৈতে। ঙাংলমলিবা মুপী মচা লৈপাকলৈসু অহুমমক মরোন্নি। মহাক্না মুপী ওইবনী সতিত্ত্ব ধর্ম্ম ও কচিনিংবদগী, কনাদগী মতেং লৌবা কনাগী মরুম পাচিনংখিদবগী রা থক্লনি।

লৈপাকলৈনা তুং হন্না হন্না য়েংলগা ময়ুম মায়কৈ তন্নকলি। মচানুপামা হমজ্রবাসিদা মহ কী পুক্লিং লৈঙামা লৈখিব্রে। মচে ইবেম্মনা শিন্নরম্বা অঙাং অসি নত্তনা লৈপাকলৈগী অন্না মুংঙাইগী

রাখল করি অমত্তা লৈজদবনা মচানুপাগী মশক হেক উত্রিবমখৈ মহাক্না লৈতাকম ইখঙ খঙলোইদৌরি।

ফুংঙ'ইবা মখল য়াম্বনা, ফুংশিবা মখল কয়া ওইবনা, মীওইবা খুদিংমক শাজং লৈচং, লম্বী অমত্তা তিন্নদবনি। পোং খুদিংমকসু মহাও অমমম লৈজ্ঞে, অদুবু মওংদি অমতা তিন্নদে। মখল য়াম্বা, মহাও তিন্নদবা মবম্না মী মীগী হিবু-কাঙলোন তিন্নদে। মাগী মাগী হিবুনা মা-মাগী পুন্সিহুগী, আশা আশাহুগী পমখৈ মাম্নদে।

অমুম্না লৈ'াকলৈনা লাকপসিদা অঙাওবীওম মচানুপাবু হন্না হন্না য়ে,ল-য়েংলহুনা মমুমদা চংশিনখ্রে!

# তন্নামাথোই

পরিক্কাগী কল জাবা মতুং নোংঙানবগী অয়ুকনি। লৈকায়গী মী কয়া কয়ানা লৈপাকলৈগী মচানুপা চাওবনু কয়া কয়া থাগংনম্নক্লে। ময়ুমদা চংহুনা কনানসু পাগং শাহৈ কোংদোক্লে। অদুবু লৈপাকলৈ মমা মচাদি চিন্তা তৌখি। চাওবা মমা মচাগী মওং অদুদা লৈকায়গী মীনা অস্তুমসু লৌমখি। "মখোয়গী মমা মচা অসিনা তকথম্বিবসি মথা ভমথবদা চংগদবা শেলগী থমচ অদু কীবদগী তৌরিবনি।" অম্নম হায়মৈ।

চাওবদি মমাগী মচানি। মাগী মমাবা য়ানিংদবা থবক মোংনবত্তু তৌরক্তি। তন্নাং য়িক্সো বাবানা শীরংপা তা অচুগী থবমদা তন্নাংদগী খা-লৈল অমত্তা ভাংনত্রিখনি। চাওবমা তা অচুবু হন্দোকপত্তু তমদা, মমাবুসু কৌ, হিতক মায়তক্কুহনা লৈরে। লৈপাকলৈনা মরোল অমা, "তা অসিনা কদি লাংনো। কদিগীদমক য়িক্সোবালা অমমা অস্থক পুকচেল চাউদিবনো। ইচাবু খিন্দোক-খিনজিন তৌখিবগীদমক ভাতাবু অহুক কুইবা অদি চাখোক থক্তোক্তনা তুতশিন্দুনা করিগী থম্লিবনো।"

অরাবা অমা ওইরে লৈপাকলৈগী রাথল। অসুম্না মমা মচানা, য়িক্সো বাবানা শীরকপা তা অচুগী মমাকা লেপ্লগা বা মচেং অমত্তা চাংলদনা লেপ্লিরে চৈরক অসিদা, য়িক্সো বাবানা, মানা মাগী য়িক্সো অচু খোরগা, লৈপকলৈগী কোহোং অয়া ফ ওবা খৌজিল্লকই। অচুগা সিট মথাদগী চেরংগী থাউ অমা লোখোক্লগা পায়দুনা চংলকই। মাকোলদা লৈপাকলৈ মমা মচানা তা পুখোক্লগা তকথদুনা লৈবা অহ উবদা ইতক তক্লহনা খি স্কারালাহ্ লৈপাকলৈখোয়গী মাকোলহ্ পাক কাথংপা তমদহনা চুরী মথাদা লেপতুনা লৈরে। অতাং ওইরিবা চাওবদি তাদা অমুক য়েং, মাগী য়িক্সো বাবাদা অমুক য়েং, মযুমদা লাকপা মীবু কৌবা হংবগী পাজল লৈখিরে। মমাদি তরাংদগী শাউখিবনা কনাসু উখিদরে।

মতৌ অদুনা মখোয়গী মাকোল মচি অমদা লৈরবা খোরা অমা লোরগা চাওবনা থাদুনা অসুম্না হায়রকই, "য়িক্সো বাবা,

ঈকাইবা খোঁইদোক্লা গোক্কে। মপুক্লিংদা মোক্লিংবা লুংশিবা হবাওবা অমা ফাউদ্রিবা অহনা রিক্সোয়ালা অহুগী মায়খোংদা তান্নিবা মশি অহু উর উরগা লৈপাকলৈগী থক্মোয়দা চৈনা খিনবগুম খোইমা হেল্লা খোয়দো শাউগংলক্লি। অহুম ওইহুনসু রিক্সোয়ালা অহুগী খি ঙমদনা কৌরক্লিবা শিয়াংলক্তগী বিস্নামা মখা মচাবু তক্ক তক্ক য়েংলহুনা হায়রকই, "চুম্মী, ইবেম্মদি মিংদা কৌনা মঙ্গে। লৈপাকলৈ কৌবা লৈরাংনা মপাম অউ কনাগী মপাম তাংদনা মাগী খোংলবা লৈনাজনা শায়বা কাক্লেম্বাগী মালেম লৈজ্জায়বু অর তৌরকখিবগুম, ইবেম্মগী মাখলনি হায়নসু থক্কই। অগু ঐহাক্কাসু মহাক্কুম মুংশিজবা, মমানা শিক শিক্লা হুন্দে ক্লব্রবা ইচা অমা লৈরম্মী। অহুবু মফমদি ঙাউখিদ্রে। ইচা অহুমক লেরল্লবদি ইবেম্মগী ইচাসিমুক চ উরগনি। ঙসি ঐনা ইচা অহুগুম্না মুংশিজহুনা, ইচাগীদমক্লি হায়রহুনা ঙমকরুকপা মফি ময়োল অসি পৌশিল্লু! মশি কনাগী ময়ল তোনশিন্দবা, কনাগী মপান তাংনুদবা, মপা অমনা মচা অমদা তৌকম থোকপা, মবুং মচল মচ অমনা থমজবা প্রেম অহুথক্কনি।" অসি হ য়রগা ফি হাপ্প চেয়ংগী থাউ অহু মমা মচাগী মমাংদা থল্লকই।

মতৌ অহুদা লৈপাকলৈনা হায়রকই, "অহুদি ঐগী ইচাবু মুনগে খোৱাংবা নত্রা?"

রিক্সোয়ালাহুনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "হ-হ, রাখল অহু শেয়ম্মে। ঐনা ইবেম্মগী ইচাবু নথাদগী মুনগদবা মস্তে।"

"অহুদি হুক্তিম হক্তিবা, ঐবু কনা চৈংকদবগি হায়রুবা ঈকাইবা পীবিগদ্রু। হয়া হয়া খুদোংচাবা থিবিব্রগদু।"

"চুম্মী জুপীমচা, অহুবু মহাক্কী পুলিশ এস, আই, দেবেন্দ্র-কুমারনদি হেক পোকমিরবা মচুং অমনি হায়না খনবা ঙমখি। অহুপা নমা মচাবু অদুক খুংশিনরিবা ঐহাকপুনা করি করম তৌহনা মহুমক খনবা ঙম্ব্রবনো? তৌববুদি মীওইবগী মাথলবু কনাগা থিংগনি, কনানা ইনশিন্নুগনি। অহুম ওইনমক ঐবু লায়না লৌগদুনে জুপীমচা।"

রাকম অহুদা লৈপাকলৈনা শ্বাই লাউবা, অঙকপা মাথল অমা কাওরকই, হায়রকই, "অহুদি নহাক, ঐগী পুক্সিদা, ঐগী পুক্সিগী ইক্তিবালপু কাদি তৈহমগে হায়না লাক্লুরিবা, ঐগী পুক্সিগী ভমথীরবা য়েক্লুবা অমমি।"

রাকম অদি ভানেরিতৈগী মতুং এস, আই দেবেন্দ্রকুমারনা লাক্লুনা চুপ্পি মখানা লেপ্পমা। অহুবু উংথংনরক্লিবা ,রাকম অহুদা কনা অমত্তনা উরম্নাবনি। মখোয়না ভাংনক্লিবা রাকম খুদিংমক লোইনা ভয়মলে হায়বদন্থ খোইদোক্কা লাক্রোই।

অহুপা লৈপাকলৈ মমা মচানা মায় পাক্রকপগী হয়াউরবনা পুশিন্নাগী থ জগুম ভাজরকপা ঝিক্লোরালা অহুপী মায়থোঙ অহু-লৈপাকলৈগী রাকম অহুদা রাহুনা পুমউম উমথরবা থাজত্তম ভাই-ভাক্তদা পুমকা কাহংব্রে। অহুবু থংনবা মিথুত্তা থম্মোয়দা হয়াউ-ঙংজাইনগী ঈচেল অমা ভত্তনা লোম্না কাওরক্লুহনা ঙাগী থম্মোয়না কাজিনবা ভমথত্রবা ঈচেল পুঅহুমা মচামক ফেংজরিবা থিন্না

অহুদগী মরী মরী শিন্দুরকপা পিন্নাংহুনা কাহৎলুরবা মায়থোং অহুবু হন্না হন্না চামথোরক্লি। অহুবু মপুকমিং ঙুংশিনা হায়রকই, "চুম্মী, নীওইবগী রাখলবু উথোক্লমবগী পাইবদি কদায়দনু লৈতে। নীওইবগী ফোংদোক্তবা রাখলগী মথিদি মায়থোঙদদা তাই, থম্মোয়গী মশক থম্মোয়দনা থঙ্গদবনি। অহুগা মী মীগী থম্মোয়দা থল্লিবা রাখলবু কমাগী করবা পাইরনা মী মীহুগী থম্মোয়নুং চংহনা থামলুমবগী, থিংলুমবগী কনগীসু শক্তি লৈরম্রোই। অহুগা সুশীমচা, করিগুম্বা মতম অমদা ঐগী থম্মোয় অসি উবা ফংলকপা মতমদা ঐবু রাম্নোবনু লাকনি, ঙুংশিবনু পোক্লকখিগনি। নহাক্না মরাঅবদি পোংশিং অসি পুজখিগে।" অসি হায়রগা মিক্লোবালা অহুমা মমা মচাগী মাঙদা তাল্লিবা পোংশিং অহু লৌখংকে তৌরকই।

মিক্লোবালা অহুগী মপুক্লিং ঙুংশিবগী মতৌ অহুদা উসাই মথৈ চুন্নী মথাদা লেপতুনা ক্যারমলিবা দেবেন্দ্রকুমারনা থাম্লহনা হায়রকই, "তাইথো মাহাশয়, পোংশিং অহু অমত্তা পুথিথিনু; অহক থম্মোয় শেংবা মচম মচা অমগী মকমদা মথুং অমনা পীবা খুদোলবু কনানা করিগী লৌরোইদোরিবনো?"

অহুগা লৈপাকলৈদা অমুক ওনশিল্লগা হায়রকই, "লৈপাকলৈ, পোংশিং অসিবু ইস্তোক্লুনা মাহাশয় অসিবু ইকায়বা পীরুগনু। নহাক্না কমাগী মপান তাংদে, মমল পীদনা কমাগী মপোং থৈদো-ক্লুংদনু লৌমিংনে হায়হনা চম্মবা মাহাশয় অসিগী মায়থোঙদা তাল্লিবা মমি, শিম্বরক্লিবা। মীংকুগী পিন্নাং অসিগী মমলদি

শীররোইত্রা? মাহাশয় অসিগী থম্মোয়গী মশক মায়থোঙদা উংলিবা অসিবু নহাকনা উবা ফংজিত্রা? দামদু লংনবা ঙৌনদে। জীব কয়া মাঙহন্দুনা, শাম্বা কয়াগী পুন্সিবু মৈহৎলগা মীপুম থুনিংমক্কী জীবিকা ওইমবনি। অমগী মপান অমনা তাংনবনি। নহ কুকম্ব ঙসি, পৃথ মাতা ইমা মহাক্কী মতম্পাক্কা নহাক্কী রাখগী লীলা কয়া শান্নরি। থক্লি, ইমা মহাক্কী অমুত কষ, মীপাম তাংদবা পৃথিবীদা ঙসি কনাম্ন হৈতে।" অহুগা রিক্সোরাগা অহুদা অমুকম্ব ওনশিল্লগা হায়রকই, "মাহাশয়স্ব মাঙদা হৈজিবা, মাহাশয়গী মমল যাম্রবা খুদোল অসিগী হাওরবা মপেল অসি ফংমিম্ররগা অঙাং অসিগী হয় উ-মুংঙাইবা অসি মপুঙ ফাহন'বয়ম্মু।"

রথম অসিগী মথা নৈপাকৈনা লোম্লকপা রাইহেমা শমথরহুনা রিক্সোরালাহুদা হায়রকই, ঙসি অপঙবী নচমা পাঙ্গল শোনবী নুপীগা ম পাকতা পোক থবনা এগী পুন্সিবু ময়েক শেংনা ক্রিংঙমিংলুহনা ওন্না থৈমবা কয়া থল্লুরে। রাফমাশংহু অপঙগীনি থম্মোকপিরগা এগী ইচাগী হন্নাওবা ফোংদোকপা অসি য়াম্পিরম্মু।"

রাকম অহুদা রিক্সোরাহা অহুমা হায়রকই, "ঙসিগীদমক্তদি রায়োয়নু, অঙাং স্কুলদা থিনবা-খোংপগা থংক থম্না রাংলি। ইচানা তোক্ল-তোক্লবা থুদিংমক্তা মঙ্গল ওইয়কপা ওইরসম্ম হয়না ঙসি ঐনা আশীর্বাদ তৌর। মসিদা নহনা ঐনা কয়া কয় তৌরকখিগনি।" অসি হায়রগা রিক্সোরালা অহু অহুম

চংখ্রে। থামগুবগী কাম্বরোই থল্লহুনা কনা অমতমন্থু রিক্সো-বালাহুবু খামলু'দ্র, চিংবা চিংনা য়েংহুনা লৈরকৌরে।

ম'ম খুত্রবা, মশাক শাংলিবা, মওং অহুদি রিক্সোৱালাশিংগী ফৌনবানি। অহুবু মীফা-মীপুম ভৌজরিবা দেবেন্দ্রকুমার অমদি লৈপাকলৈ অনিমা রিক্সোৱালা অহুগী শাউবা হুক্কাইবা কয়া পোকখিদবা, ভাংথোয়রুপা র'ডাং শডাং মওং শাদা কয়াদা চিংনবা পোক্কবদি নত্তে। 'মসিবু' হায়না মপুক্লিংদা থল্লহুনা অহুম অহুম য়েংহুনা লৈরকৌরে।

৬। ইহাক মুংবংনদা লেক্করবগী নতুংদা লৈপাকলৈমা মবুং দেবেন্দ্রকুমারবু কৌখংলকই, "ভামো, লেঙখংলশরকউ, মোরা অমদ ভাইহাক্তা ফখিযু।" অসি হায়রগা মোরা অহু খরা তাংশিল্লগা থই, অহুগা দেবেন্দ্রকুমারনস্থু কাখংলক্লুনা মে রাদা ফমথরগা অস্থুমা হায়রকই, "অসিগা রিক্সো রালা অ'সমা এথোয়গী চাওববু হায়নিংঙাই লৈক্তমা নুংশিখিরি। ভরা মকস্থু চাওববু মাংগী রিক্সো মথক্তা হ'প্লগা মহাক্লা হয়াউবগা চৈশ কয়া শক্লুনা হয়াউখি। মহুদা মায় পক্লক'গী পউ অগি শঙলক'লিবনি। অহুগা রিক্সে র'লা অমনা নুংত্তিগী খিন্নোক দিনজিন তৌরিবা অঙাং অমদা থমলিবা পেম অসি ভডুকপনি। অমরে মদা থক্লুংগমু ভকনি ভাইসুদি থোইনা লৈক্তে। মীওইবা হায়বা অসি তোংব-তিন্নরগা মু শিনরক'া ভাক্রনি। মহুগী খুদমদি, শক থঙনম্লক্রবা মুগা নুগী পুম্না লৈমিন্নহুনা মখোয় মখাওগী পুন্সি কয়া কয় লেমখি।"

লৈপাকলৈনা য়াম্না ডক্না চিংনমা অহুম অমুক হায়রকই, "মহাকী মুংশিবা খুংমুংশি — ভাংখোরকপা অচম্বা য়াঙাং — অয়োনবগী মখি অমা ভাখ্রি। মহাকপু য়াম্না চিংথৈ।"

"চিংনবদি য়াই, চিংমককমস্লু থোকই। অহুম মহাকী খুংমুংশি অসিনা মহাকী পুন্সিগী লম্বী কয়াদা অকায়বা থোক্লকদবদি মাল্লে। অদুগা মখোয়গী মতৌ ইবুংঙোহুনা মকম খঙখিগ্রিবা অসিনা কম্বিগীদমক্তনো? মহাক্তি মহুগী মখম কঙি অমতা খঙ-লাক্রা?"

দেবেন্দ্রকুমারগী ৱাকম অদুদা লৈপাকলৈনা হেম্না হেল্লা চিংমবা কাউরক্লহুনা অঙম্লা হায়রকই, "থম্মথৈদি খঙই ঐনা সমাজগী চংনথীবা, অমদি মৈতৈগী চংনবী পথাপ্তা, মতৈ অমগা, মনাওন্নুপী অমগী মরক্তা শোক্ল-শমবা য়াদবগী শম্বল অমা খাবিহুনা থম্বনা. ঐখোয়গী ওইথিবা ফিভম অসিদা চংনবী সমাজনা কৰি ঙ:নরকদগে হায়বা য়াখল অসিদগী ওইরমগদ্রা হায়না নীংই। অদুগা ঐখোয়গী ইটৈ ইবুংঙোমা ঐঙোন্দস্লু নোংমা য়াম্লা হঙ্গোইনা, যুম অমুক পাম্লু, মহাক মহাশি, অঙাংশি, মহাক্লা লুপ্রা ওইহুনা মৌনা পুক্নি মাঙবা পাম্মুই হায়রম্মী! মহুদা ঐহাক্লা মনাওন্নুপী অমা ওইনা, নুপীগী ধৰ্ম্মবু কঙনিংহুমা য়াখিদে। মহুদগী ঐখোয়গী ইটৈ ইবুংঙোমা চান থক্লবা, অঙাংগী শক্তোম থরগা থম্মগা মকম খঙদনা অঙম হল্লকখিদবনি।"

"চুম্মী, দাদা হেমন্তনা হায়বা, ঐস্লু মহাক্লা নৌমা লুপ্রা ওইহোৎবসি পাম্মুই। মতম অদুদা মহাক্লা যুম্ন পানবা য়ারম্নবদি মহাক যুম অসিদা অহুম লৈরবস্লু য়াই।"

মাকপ অসিদা লৈপাক্লৈনা হায়রকই, "ঐনা য়ুম অসিদা লৈরগা, মগাক্তা য়ুম অসিদা লৈবা করিগী য়াজিক্লে?"

"মচাওনুপী লুপ্তা অমগা, মচৈ পাণ্ড্রা অমগা ইমুং অমতদা পুম্না লৈমিনবা হায়রসি য়াম্না নুবা খোঙকম্নি। নাম-য়েক্লক্লবা মতমদা অমমা অমগী মপা শোক্লা সেবা তৌবা য়ানদবগী চংনবী সমাজগী অথিংবা অমা লৈবসিমা মীপী মীমোক মৈপা কীবদগী অমদি, মহাকপু মিংচং থীহন্নি-দবদগী মাঙখিবা শোয়দনা ওইগনি। দাদাগী য় থল য়াম্না ফজৈ। ঐস্সু হায়নিংঙি ; চেংলৌ হেনবত্তনা শক ফজবা মত্তে। শক ফজবা, অথীবা, ইনাক কৈরাক খুমবা, অচৌ-অশাং ওয়মক মীওইবগী অনলগী মতমদা মৈ কৌবা ঈশ্বরনা অচাম মীম য় মা ইদনা লোক্তমমক লৌশিন মিহনা লোকন-মক তা ঙাই ওনখিনি ; কনাস্সু তোখায়রোই। মৈনা চাকখিবা ঈশিংনা চামখিবা ওমদনা ফজরিবদি মী মীহুগী থম্মোয়দগী থাক্তক্লগা অখোইবা মঙাল অহুমুনিংনে ফজরিবদি। ইচলগী অহুঙুয়া ফজরবী ইচলগী শক অসে মায়থোঙদা কানি তৌরকনি হায়বা দাদাগী য়াখল ঐহাকস্সু য়ানিংই।"

মখোয়না শান্নিবা য়ায়ী অহ ভায়রবদগী চাওবনা ওসাই মথৈ ভাহনা লৈরক্লবা ভা অহু ইমুংগা পুশিন্নুনা শেঙ্কা শাবা হৌরক্লে। অহুগী দেবেন্দ্রকুমারগী য়াকমহুদা লৈপাকলৈনা হায়রকই, "চংনবী সমাজনা থাবিরম্নিবা পদ অহুগী মরক্তা লাকদৌরিবা লৈবাক সমাজগী ভায়োমরবা মীমোক অহ কীহনা ইশানা ইশাগী থর্মবু ভাকচরয়োইদ্রা ? মীমপুগী ফক্ত-হৌদিবু নমথীবনি

লোসল্লা ? খঙৎনদগী অমদি, তৈকন খোক্তনা তৈরবা লৈখোম্বু অমোংশদি য়েক্তা লৌশদুবা নত্তে। লৈখোমদা তায়বা সমাম্না অহুম ওইবগুম খম্বোয়বু শেংলবদা অমাঙ-অতোং কন্নিমো ? মাঙখনি য়োংগনি খন্দুনা ইশাগী ইজ্জৎপু কঞ্জরোইদ্রা ?"

লৈপাকলৈনা হায়রক্লিবা রাকম অহুদা দেবেন্দ্রকুমারদা হায়রকই, "তৈদবনু অতৈরম্বি শন্দোকপিব, মক্তবনু অমকপদি ডাংলক্লিবা মীনম্বা কনা ওইরবসু, অশেংবা কনা ওইহুনসু কঞ্জন্নিবা লৈগী মশক হন্নহল্লি।"

রাকম অসিদা লৈপাকলৈনা মোমোন নোক্লগা অম্বুয়া হায়রকই, "হেন্না কঞ্জহন্নিংবগী রাকম্বি। অহুবু মনম নুংশিরবা মশক কঞ্জন্নবা লৈবু কন্নিগুম্বা ফত্ত-হৌদিনা তৈশিন্দুনা লৈগী লৈশক, লৈগী লৈনম মাঙহনখিবসু য়াই। অহুবু অশেংবা অরুবা ঈশিংনা চমখোক্লবগী কন্নিগুম্বা খুদোংচাবহু ফংঙ্গুনা চামথোকচরবা মতম অহুদা, কঞ্জরবা লৈগী লৈশক, নুংশিরবা লৈগী লৈনম অহু নৌলৌননা অমুক লাক্লোইদবা নত্তে। মনম নমথীবা খাউনমগী মপালবু মনম নুংশিবা খ.উগা তৈরগা, মনম নুংশিবা লৈনি হায়না লৌনগ্রবসু মহু অশেংবদি নত্তে।"

লৈপাকলৈগী রাকমসিদা দেবেন্দ্রকুমারনা নোকমি নোকমি তৌরহুনা হায়রকই, "ইচলগী রাখল অসিদি য়ামমক মফঞ্জল্লে। ডাংনবা ওবঞ্জদহুনা ওসি ফাওবা লাক্লবনি। অহুবু কন্নিগুম্বা মচেং মচেং তারবা উকুল ওন্নবা পোংশক কয়া কয়াবু কন্নিগুম্বা মচল কয়াগা তিনশিনগা নুংগুম কনহল্লিবসিদি ওইখোক্লবরা ?

কাম্বদে মসিগী ৱাদি ঙাংনবগী লোইরবোই।" অসি হায়রগা দেবেন্দ্রকুমারনা ঙেরতগী লুপা থরা লৌথোক্লগা নৈপাকনৈদা পীহুনা অমুক হায়রকই, "সে, অসি অঙাং অসিনা অমদি নহাক্না হোৎনজবা অহৃগীদমক. ইরম্বায়তগী ওইনা পীজরিবা মঁনানি।"

নৈপাকনৈনা পীরক্লিবা দেবেন্দ্রকুমারগী শেলদু মনা অহূ মপুক্লুংনা করা পামজত্রবসু তঙাইফদনা লৌদবা য়াম্রহুনা হন্নাও মাযথোং উংলগা লৌহনা হায়রকই, "ঙসিদি ঐগী ইচাগী হন্নাউখা অসি মপুং কাহমবিমরগীদমক ঐগী চাওবনা ঙসাইগী ৱিক্লোরালা অহৃগী ঙাঁ অহূ থোং-থাক্লুনা হোৎনখ্রবনি। মদি অহাও-হাওভা থিবিদনা—" অসি হায়রিবগী মতম অপিমক্তদা চাওবমা খেক্লক্লগা দেবেন্দ্রকুমারনা হায়রকই, "মামে লেঙশিল্লসি, ঐনা চামব। শেন্না লোইরবনি।"

দেবেন্দ্রকুমারনা চংলগে হায়না খল্লবা ভারবসু চংখিমমবগী উপায় ফংহনবা ঙসিদি মথেল অসি ফংবা তাম্রে। ইমুংদা চংখিহনা চাওবগী হন্নাও-মথেল অহূ ফংলগা মহাক্কী ডিউটি মতম ওইশিল্লকহনা দেবেন্দ্রকুমারসু চংখ্রে।

# তয়ানিখোই

লৈপাকলৈনা মহাক্না ওইরিবা ফিজম অসি থংগু থল্লুরগা চংনবী সমাজবু হয়া হয়া ৱারোয়রুনা অস্থুম্না মশা মতোমতগী খল্লোয়রনা নিংঙা চৌত্ত্রি। "হে তমথীরবা সমাজগী চংনবী, মহাকনক্তনা চনজরবী তোলবী উপায় লৈজৱবী এঙনদা কররী-দমক অস্থুক ৱাহল্লিনবো? তমথীরবা সমাজগী চংনবী মহাকমক লৈয়মত্রবদি লাঙত্রবী ইমা ইচানা য়ুমজাওসিদা তরক তরক লৈতুনা করিগী অস্থুক ৱাকুগদৌরিবনো? কনবা শরোন্দা লেম্লগা লাঙত্রবী ঐাঙন্দা করিগী তমথীরিবনো? করিগীদমক মনাও নুপী অমগা মতে অমগী মথক্তা অস্থুক চেংলবা শগল খাবিরম-লিবনো? শিরবা মৈতৈগী সমাজনা মৈতৈ চনু করাগী শিংজেলবু হেংমনবগীদমক শোক্ক-শয়া য়াদবগী শগল অসিবু চেংনা চায়া খঙ্গির্ম্লত্রা?"

অরাবাল্লিদা লৈপাকলৈগী ৱাথল, অস্থুম্না মাগী খল্লোয়রনা নিংঙা কয়া তৌনা তৌনা মতম কয়া কয়া লেপ্লরক্লি। লৈপাকলৈদি হোইদোক হেন্দোক্না নুপী ওইবীশিংগী শিংফমদা লৈ-শিংবী নুপীনি। মহাক্না ফি শাবক্তনা মচানুপাগী লইরিক তম্বগী অমদি ইমুং মনুং পুনদা য়াম্না কোয়া খোকচল্লম্মী। মতম খল্লিক্না মাঙহজদে, মালা কাইখোক্লিবা মতম হায়ববু লমজাও ফাওবা খোক্তুনা মচাবু লাইরিক তম্বগী থিন্দে.ক-থিঙ্গিন তৌবা ঙাইহাক অঙুখক্তনি।

মোংমা মহাক্না মপুক্লিং মুংশি মুংশিন্না ফি শাম্বিদুনা চাওবনা কলেজদগী চন্না মথরায় মুংঙাইজনা হল্লকই। অদুগা মমাগী মনাক্না চংশিল্লগা পাউ অমা অক্নবা হায়না তম্লকই, "ইমা, ঐহাক ওসিদি খরায় যাম্না মুংঙাইজেদো।" মমানা ফি শাম্বা লেপ্লগা হ'লকই, "করি তৌরবগে, মশা চমথ্রব্রা?"

"চপ্পী! করিসু তৌদে—"

"করিসু তৌদ্রগা করি তৌবগী মুংঙাইজ্রিবনো? মরমদু ইমাদা লেংনা তম্মু। ইচাবু মীনা করি হায়রবগে?"

মমানা মম-নমহুনা হংজিল্লক্লবদা চাওবনা মথরায় শোক্লা, মায়থোঙ লাংশিন্না মহাক্না মুংঙাইজনা অদু মথংশিংনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ম্রিক্লো ব বানো ওসিসু ঐবু কলেজ তাম্না থিনবী, কলেজগী গেট মপাদা হেক কুমথরকপগা, ঐখোয়দা হেক হেক লাক্পা পুলিশ অহুনা ফাহুনা পুক্লে।"

ইলেপাকইলম্মা চক্লা তরম্বদগী ইথং থমা হংলকই, "করিগীনি হায়বগে?"

চাওবনা মমিত্তা মপি ঈম্না চেম্লহুনা অস্নুম্না হায়রকই, "করিগীনো হায়বদি খঙদে, মহাক ছত্রা-থরি হায়হুনা মকোক্তা য়েংপা ফিহুকা ফং-ফং চিংখোক্লুনা শেগাইবী, অদুগা মাগী ম্রিক্লোগী সিট অদুকাসু কোয়কাক ফাকই, অদুবু খোম্বী অমনবা মতং থরতমক ফংখি। অদুগা মখোয়বী কনস্টেবলশিংহুনা যু-যুহনা পুখিখি। ঐনা করিগীনো হায়না হংলুবদসু মখোয়না 'হে অঙাং, মঙনা করি খঙই'। হায়হুনা যুগে তৌরম্মী।

খিজ্রোবাবানা 'ইচাশিংদি ইপা কম্বিসু তৌরোই, বাকগন্‌' হায়রগা ঐঙোন্দা য়েংলুনা মশি ঈরা চেন্দুনা চংখি। খিজ্রো বাবামক্না হৌরামমগনি হায়দনি ইমা ঐহাক থাকদে।"

লৈপাকলৈনা খুল্লু তাবগা অদুম্মা হায়রকই, "মরম খরদি লৈরমগনি। অদুগা ঐখোয়না খুংশি হায়দুনা ইমা ইচানা কুমি তৌরকপনি। চংলো চংলো চন্না য়াঙ্খোকউরো, অদুগা লাইরিক লাইও অমুক য়েংউরো, পাউ ভাইবদগী হেন্না কম্বিসু উপায় লৈতে।"

চাওবসু মমাগী য়াথং মতুং ইন্না হন্থুংনা চংখ্রে। চাওবনা চংখ্রবা মতুংদা লৈপাকলৈনা মতোমতা চাওবগী পাউ অহুদা মঙল মঙল থল্লক্লি। পুকচেল অহুক চাউবা, অহুব থম্মোয় শেংবা মহাক্না ক'য় মবুক মাংলুরহুনা—কমাগী মপোং হুরুহুনা মহাক্না মীনাডদা চোপলিবমো! মহাক্কুদি ইমা ইচাগীদমক মথরায় কংপত্তুম তৌরি। উপায় লৈতত্রবী ইমা ইচানদি মহাকী কম্বি উপায় তৌরকখন্দ্র ঙমলোই! অহুমকপু তামো দেবেন্দ্রকুমার য়াউই হায়রি—মপাম খোঙবী ঐমা কমাদা কম্বিদা মখোয়গী মাংখুল খিকপনি। মখোয়না লাকপা মতমা—অহগা লমাঙগী মীংয়েংদনা ঐহাক লুপ্তাবীনি!

ইমা ইচাবু কমানা জুমা-চাম্না তৌবিহুনসু, খিজ্রোয়ালামক ওইরবসু মতু মচা লৈত্তবা মুপা অমগীদমক—চংদবী লমাঙগী মীংয়েংদা কম্বি—পাঙজত্রবী ঐনা কম্বি থোমা উংলুগদোব্রিবা—।

অস্থুম্না রাখল তৌরিবৈঙেদা দময়ন্তিস্থ অস্থুম কোয়থোয়ক্লুম্না লৈপাকলৈগী মনাক্তা চংশিল্লক্লম্মী। লৈপাকলৈনা দময়ন্তিবু উমদা মুংশিনা হয়াউ ঙয়াম্না কৌয়কই, "ইচে।" অসি হায়রগা য়াম্না হয়াউম্না হৌগংলক্লগা ফিদা থাহুম্না, "ফিদা অসিদা ফরিয়ু ইচে।" অসি হায়রগা মথোয় অনিমক কময়িন্নে। অদুগা অস্থুম্না হায়রকই, "ইচেবু কদোমদা চংলুবনো? ঐগা করি খন্নগদবা লৈবগে?"

"ঐ কদায়দস্থ চংলুদে। উমদবা কুইরহুনা অস্থুম লাক্লিংহুম্না কেক্লো লাক্লিবনি। মহাক্কি য়াম্না মুংঙাইয়ে হায়না মীনা ঙাংবৈ, মুংঙাইরক্রা হায়মস্থ য়েংনিংহুনা হেক মরাকপনিদম্না।"

দময়ন্তিগী রাকম অদুদা লৈপাকলৈম্না মোক্লগা হায়রকই, "মুংঙাইবনি। ঐখোয়দা লাকপদি করি চাগনি ইচে?"

"করিবু চানি হায়বগে, ইনাওনা মুংঙাইরে হায়বসিনা মপেল্লেদা।"

"ঐবুদি মুংঙাইরে ইচে, অদু—তামো দেবেন্দ্রকুমায়বু অমুক্তা উমথিন্নিত্রা? মহাকস্থ ঙসি ফংঙবদা মুপী-মহা থিনে হায়বা পাউস্থ তাদে। ইচেস্থ য়ুম পানবগী আশাকা অমত্তা লৈখিদ্রে। মত্তেমে ইচে, মখোয় অনিবু করি ঙাইমরিবনো?"

দময়ন্তিনা মোমোম মোক্লগা হ.য়রকই. "মীনা পাম্ব্রিবদা, কয়স্বা কয়াগা, করি অমুক ঙাইনক্লগনি—শিবমু ঙাইবা মস্তনা।" থংনবা মাংকুপ্তা নীঙঙমদবা কয়াগী ঈথিলম্না মাগী থম্মোয়দা

হায়জিল্লক্লুমা মমাওনুপী লৈপাকলৈযু পিরাংনা থুমহৎচয়বা মীংলু অনিহুনা তরু তরু য়েংলগা হায়রকই, "ঐদি মীহাৎপীনি। য়েংউ! নখোয়গী তাযো শেখরগা ঐগা অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈনরকখিবা মবম অহু নীংশিংলিব্রা? সহাকপু কাউথোকলুবা মুমিরুগী উসিফাওবা অসি সংসার অসিদা উখিদয়ে। মহুদা নত্তনা লাজত্রবী ইমাওগী তাঙনা চেষ্টরকপা ঈচেলহুবুম্ম খঙলুদবনা ঈচেলহু ইচেনা মরক থংদি খি! মহুগী পাপশিংহু কনানা অমুক ফংবিগনি? ঐনা তৌজবা পাপকী মহৈ ঐনা অহুম ফংবা তাবনি। ঐ কনাগীম্মু রাখল লৈত্রবনি।"

লৈপাকটৈ না হায়রকই, "চুমা, মহ ইচেগী রালফনি! ঈচেলহুগীদমক্তদি ননাওমা কনাদম্মু দোষ থজাদ! মীওইবগী পুক্কিদবু অশিঙ অনিঙবা তাক্তা ংগদবা নত্তেদা, অহুগা করিগুম্বা মহাক্তা রাখলা অদু ফোঙদোকপা ঙম্মযদবা ওইহুনা মৈশা কয়া পুহুনা লৈরগা থোক্রবদি দোষকী মথক্তা দোষ অমুক লাক্লে হুন্দ্রা? করিগীদমক ইকায় থীবীগী গুণ তাক্তুনা করিগীদমক ইশানা চিন্তা পুহুনা করিগীদমক্তা মীচোন্দা দোয থমগদোরিবনো? ফোংদোক্রগতা মহেং তাবা থম্মোয়গী মৈচাকপু করিগী থম্মোয়দুদা ওমশিন্দুনা থমম্মুগদোরিবনো? ফোংদোকপিম্মু দোয পুম্নমক কোক্কনি। মীমক হাংলুরবম্মু ইশাগী কামবা ফংলবদি দোষ অহু কোকখিবা মরাই। ইশাগী চিন্তাদম্মু নাঙখিনি। থম্মোয় পানবা মশেলনি। থম্মোয়গী মশক থম্মোয়তনা থঙগদবনি ইচে।"

হাকচং থাগিদা কহিরো দত্তমতি—থম্মোয়মুংদা তাপ্রবা মনি অহুনা মুংলম্লগদ্রা ? চিংথাংখোংগী অশেংবা বাইহনা উং কয়া চাইহুনবসু থাম্বথোক্না হুদোক্লক্লিবা বাখলগী মনি অহুদি কনানবু থিঙনুবা ঙমগদগে ? অহুগা, কয়া কয়া শেম-শাহুনা, কয়া লোক-শিন্নহুনা মৈচাক্কী কয়াবু পুস্তদবগুম, নোকমি মোকমি তৌরহুনা দত্তমতিনা হায়রকই, “হচেদি মহুগী শক্তিহু লৈখিদরে, অপাম্বসু পোক্তমে। পুন্সি অসি লাই মিঙহুনা অহুম লৈজবগনি। লৈমায়বসু মৈচাক্কী অহুং কোক্কল্লবগী শক্তি ইচেদা লৈড়বে।”

মসিদা লৈপাকলৈমা হায়রকই, “লৈপাক সমাজগী কান্নবা কয়িন্দু তৌবা নত্তবা, খথোককম কৈদসু থথদনা, পোকপগী খোঁদাং অমত্তসু শাক্তলমদনা, পুন্সিবু মমল লেপচদনা, ইচেমা ইচেগী সংস ম থাদোক্লবদি, ইশামা ইশাগী আত্মাবু লোনমজবনি। ইশাগী আত্মামা ইশাগী পুন্সিদা, ইশাগী থম্মোয়দা কয়ি শানবগী-দমক, কয়িগীদমক্তা লমন অয়ুক খুম্নলুগদোম্বিবনো ? ইচেগী পুন্সিগী ইতিহাস নমাঙনা থঙদ-উদবসু মক্তে। কয়িগুম্বদা ঙকাইবগী পম্মা থিংগ্রবসু, কয়িগুম্বা ঈচেল অহুনা কংথিবা থোক্লবসু হুম হন্নুনা কাংথল্লগা ঈচেল অহু য়োইহজরকে নমাঙমা।”

লৈপাকলৈমগী বাকবহুদা দত্তমতিনা মোমোম লোক্লগা অম্মুম্না হায়রকই, “ইমাওদি ধর্ম্ম লৈবানি। ধর্ম্ম লৈবতা মতুমা থাকসু থাম্না বাংলম্লে। ঈচেল অহু ঙাহল্লুহুনা কয়িন্নু কাম্নথিগদগে। ঈচেলহুনা চেক্কলগি লায়রবদা ঈকাইবহুন অমুকসু মকংলগনি, হায়জদবনা ঙগজিদা।”

মচাগী ৱাহং অহুদা লৈপাকলৈনা মাগী খঙ্খোয় অহু পুবা ওমদবা মথৈ থক থক মীক্না শাউরক্লে। অহুগা অসুম্না হায়রকই, "লৈমগা মঙ কবি তৌগে হায়রিবা— নত্তে, লৈমগা মঙ কবি তৌগে হায়রিবনো ?"

মমাগী অশাউবা শকুম অহু উকম্মগা চাওখবা মখিত্তাং মপি তম্বং তম্বং শিন্থরগা মমাবু কৌরুক কৌরুক মীংচিনা লৈ লৈহনা য়েংলগা অসুম্না মতং মতং ওইনা হায়রকই, "ইম'নদি বাবাবু হংলগা শাউরি—মীগীদি মপানা মচা অমনীদমক কবি কবি তৌবিবগে— মচাহুগী ওই-য়েঙ্গা লেপ্পগা মমা মপাগা পুন্না খোকমিন্নৈ, ঐখোয়গীদি কদায়নো ইমা সংসার অসিদা লৈত্রবনি হায়না অপেংবা অমা খঙলবসু কৈ, ইমা ইচাগী লাইবক্তি হায়না অহুম মখোংসি।"

মচাগী মতৌ অহুদা লৈপাকলৈনা মাগী খঙ্খোয় অহু পেংখৎরক্লহনা অসুম্না হায়রকই, "য়েংঙোই ইমাগী মীংথেম, সমাজগী শোক্ল-শঙ্খবা য়াদবগী পম অমথক্লা খিংহনা থম্বিরম্মী। মহুবু কৌবদগী য়ুম অদি মহাক্কী বাবামা খাদোক্লুমা চংখিবমিমে ইমাগী হবুংতো মতবো।" অসি হায়রগা চাওখবু নুংশিনা মথাক্লুংদা চেপেং কোমশিন্নগা হিক হিক কপ্পক্লে।

চাওখবদি মমাগী বাকম আসিদা মমাগী মথাক্লুং অসিদা শাউনিংবগী ওমথৈ লৈবক্লে। অহুবু মমাগী চিন্থক্না ইচং খোমা হায়জবা ওমজদনা কৌমা কৌমা হায়রকই, "কয়বা সমাজগী ওমথৌবা পন— নচাগী মীংনা উবা ঈশ্বরমক ওইরবা ইমাগা

ইপাগীদা শোক্ক-শম্বা য়াদবগী করম্বা চংনবী—ইমানা করম্বা শোক্ক-শম্বা য়াদবা, করম্বা শাগৈগী নিঙোল্। ইমা! মচানা থাবাবু হেক থেংনবদা থুমাগী লমন শিংজগে।" অমুক্না মচাদা লৈপাকলৈনা কপ্পা কপ্পা, "হায়হৌদেম্মে খুপামচা, মহাক্কী থাহং অসিদা ইমানা কপ্পি পাউথুমলসিগে!" হায়তুনা কপচবা মত্তনা মচাগী মফমদা মমা নত্তে হায়বা অসি ফোংদোকখিদে।

অদুম তৌরিবৈ মত্তম অসিদা মপান্দা পুলিশ এস, আই, অমমা ঙপা অমবু ফাগা পুরক্লুনা লৈপাকলৈখোয়গী দাক্তো থচিন্না লেপ্পশী। ডাইহাক লেপ্তুনা মমা মচাগী থাকমশিং অদু তাহুনা লেপ্পবগী তুংদা পুলিশকী এস, আই, অদুনা অমুক্না কৌরকই, ঙপাগ্ঠা চাওবা নত্তনা হেক উথদা মমাগী লমন শিংগনি হায়তুনা থিন্নিবা মহাকী থাবাবু লাক্লে। মমাগী লমন শিংলেমো।"

দেবেন্দ্রকুমারনা মপান্দা কৌরকপা, হায়রকপা থাকমত্তদা পাউনা চাওবনা শং ইমুংদগী থোক্লকই, লৈপাকলৈশু অমম ইতা ভাদনা ইমুংদগী প্রেপ-প্রেপ থোক্লকই। মমা মচানা থিক্লো-থাবাবু হেক উকবদা পুমতক তক্লহুনা নুংমা শাবা মুত্তিশুম লেপতুনা লৈরে। অদুগা চাওবনা পুলিশকী এস, আই, অদুনা অমুক্না হায়রকই, "মাদো দেবেন, মহাক্তি ঐগী ইপা নত্তে। ঐগী থিক্লোবাবানি। ঐগী ইমাওদা, ঐগী থিক্লোবাবাবু ফাবগা কবিগী অ,খোনা ঙৃখিখিবদো?"

নৈপাকনৈমা মশানা ইকরিবা মমফি মচি অমমা মকোক্তা চিংথংলগা খুমহনা রিক্সোরালা অহনা থাপ্লগা খুকয়গা অস্নুমা হায়মকই, "ইতৈ ইবুংঙো, মতম অমুক কুইবসি শক লোংতুনা মনাওমুনী ঐহাকপু করিগী লক্লবিরিবনো ?"

য়াঙ্গংলবী তুরেন্দা থিংলমহ্ নবা পনবু ঈহৌরকপবু ঈপাম্বাগী লাইজ ঈমৌনা মমথায়রকপগুম থিক্তংলবা মীংলুগী লাইজনা অরং অথম মায়দনা শিঙ্গুরগা মমা মচাবু পেন্না য়েংলগা অঙ্গুমা হেনজুনা হায়রকই, "লাইবক চাওবী মঙোন্দা পাঙদবা মতৈ ঐনা ঙসি কৰি অমুক হায়রসিগে ! ঐদি পাঙদবনি। চংনবী সমাজবু কীকয়েনেহে মুপীমচা, মহাক্তী মফমদা ঙসি ঐ মিং পাঙলে।"

নৈপাকনৈমা থিংঙমত্রবা মীংলুগী পিয়াংবু কৈথোক-নাম-থোকচরগা অস্নুমনা চাওববু য়েংলগা হায়রকই, "ইচে ইবেম্মদা শিন্নবিরবা ইতৈ ইবুংঙোগী ঈ অহম্ন ঙসিদি শিন্নজরগে।"

ঙাংনরিবা শক্লরিবা য়াঙাং শাঙাংশিং অহুদা চিংমজরহুনা মমিং মিংলুদা প্রেমগী লাইজনা ঈহৌ মাইনা শিঙ্গুরগা মমাবু য়েংলগা হিক হিক লাউনা অস্নুমা চাওবনা হায়জরকই, "ইমা ! মচাবু পোকপা মাবামা কদায়নো ? ঐবু পোকপী ইমামা কমানো ? অমুক্তা ঙাকপিয়ুমে ইমা।" অসি হায়রগা চাওবনা মমাবু কোল-কোল্লগা মোংলেম্মা খোংবগুম কপলক্লে। মচাগী মথৱাই কুংঙাইতবগী মতৌ অহুদা নৈপাকনৈমা চাওববু মথাম্নুংদা চেজেং যোমশিল্লগা কপ্প-কপ্পহনা হায়মকই, "মঙ্গে ইমাবু কনামা

মমা মত্তে হায়বগে? নহাক ঐগী ইচানিমে নুপামচা—নঙবু পোকপা খাবাস্নু মাঙদা লেপ্লিনে।"

চাওবনা মমাগী মথানুংদা কপ্প-কপ্পা হায়রকই, "কম্নিগীদমক্তা ইমা'গা খাবাগা শোক্ল-শয়বা য়াত্রিবনো? কম্নিগীদমক্তা স্কুলো-খাবাদা মচাবু ইমানা শিন্নবি'ন্নিবনো? ঐদি ইমাবু মীৎকুপ অমতা খাদোকপা ঙমজরোইমে ইমা।"

চাওবগী খম্মোন্নদা খঙনিংবনা লাঙতকুরিবা অহ কোক্লমবগী-দমক দেবেন্দ্রকুমারনা রায়ৗশিং অহ মথং শিংনা লীথরকই, "য়েংঙোই, নুপামচা, ইমাগস্নু খামরোই, খাবাগস্নু লৈগনি।"

চাওননা য়ানিদনা হায়রকই, "করম্না ইমাগা খাবাগা, শোক্ল-শক্লবা য়াদনা করম্না পুনগনি। খাক্লদে মামো।"

"লীরগে তাম্মো, নঙনা নহানমথৈ স্কুলোবাবা হায়না কৌম্নিবা; নহাকপু ইতং-তঙনা স্কুল কলেজদা থিন্দোক-থিঙিন তৌম্নিবা স্কুলোবালা অসি চহ'কপু হেক পোকপা খাবানি। নহাকপু পোকলীনি হায়ন, নঙনা লৌম্নিবী মমা অসিনা নহাকী কাকগী নুপী, নদোমচানি। নহাক পোকনা কুইত্রিঙৈদা নহাকী ইমাগা নহাকী কাকাগা নোংমতনা সংসার অসি খাদোকখিদুনা নহাকী নন্দোমচানা লুখ্রা, নহাকী খাবামা পাঞ্জা ওইহৌরে। মৈতৈগী চংমবীদা মনাওনুপীনা মা'তবু, মতৈনা মনাও নুপীবু শোকপা য়াদবগী অচেৎপা চংনবী অমা লৈ। মসিমি পম হায়বহ। করিগুম্না খুদোংথীনরক্লবা মতমদা শোক্লবা য়ানদবা অমিনা ইমুং অমদা পুম্না লৈমিন্নবদি করম তৌগনি! অয়ায়বা

থবক নত্তে। নৈক ইগী কৈথোক মৈশা চ হুনা চমজরবী শেংজগনী মমা ইবেম্মগী মশক থীহল্লকনি থল্লহুনা মহাক্কী মাবানা লৈকাইগী মমাংদা শক অহুম লোংখিবনি। হৌজিক ঙিক্নো ব.বা ওইরম্লিবসিনি। সমাজদদা লোংপনি। নমা নচাগী ননাক্তনি লেঙ্গনা মরৈম্লিবনি। নহাক্কী নম ঙগা থৈনা থমকা ত্তোহুনা কাবা অহুম্লু নহাক্কী ঙিক্নো ব বানি। নহাক্কী বাবানি। নমা নচাগী অরাবসি কোক্লথগীদমক পুনিং অহনা থমকা তৌখিবনে। ব্রাকম অসি হায়হায়হুনা কহাক্লা ঐবু রাম্রোগনু। কং তাবা অহুতবু মাংমোনা তাকপনি। নমা নচা কেদৌঙ্গুংদস্লু থ দোক্লরোই নহাক করাগী মচা নত্তে। নহাক লৈপাকলৈগী মচা নে।"

ব্রাহ্মো পুম্নমক তান্নবদা চাওবনা মপু কুং লুংশিনা হায়রকই, "ঐখা ইমা ইপাগী পীথুল থাগৎলুবগী ক মথা ক গম্লু লৈরমদ্রে— থীজদবনা খোংন হেন্না খেপা অসি পুরক্লোইদবনি।"

চাওবগী থংখায় শোকপা ব্রাকম অহুদা দেবেন্দ্রকুমারনা হায়রকই, "করিগী নহক্লা নপু কুং অহুক লুংশি ইবমো? বাবানা নঙন্দু থংদে ন তৌখিবা লৈতে। ইমানা নঙবু কৌরায়খিবস্লু লৈতে। অযোকপী মমা ওইরবস্লু নহাক্কী আশাতনা মহাক্কী পুন্সিগী অরা-নুংঙাই ওইজরিবী মমাবু, নহাক্কী মীঙ্গমদবা অমথক্লা মীরায়বিরক্লা? অপোকপী মমাদনা মগায়া? য়োকচবী মনাদি মমা নত্তবরা? থম্লু অক্লাবা রুথল।"

অমুম্না দেবেন্দ্রকুমারনা ক্লারী কয়া লৌরবগী ডুংদা হেমজ্জনা মচাম্নুপা চাওবদা হরাও লুংশিবগী মীংয়েংনা য়েংলগা অমুম্না হায়রকই, "চাওবা, ইপা অমুক্তা কোমগে লাউ।"

হেমন্তগী রাক্সন অহুদা চাওবনা মনাবু চেক্লেং কোয়শিল্লগা মপুক্কীং সুংশিনা হায়রকই, "ঐগী ইপা লৈজদে। ইমাদগী খুবৈ অমত্তা লাপ্নোকচরোই। মচা সুংশিবখুদি চংলবী মনাক্তগী পামা হেম্না লুমথ্রবা—করম্না নপা ওইবগী থম্মোয়দো? মমাদা অমুক ওয়শিল্লগা, "ঐ ইপা লৈতদেনে ইমা!" অসি হায়রগা চাওবনা মমাদা কোয়া কোয়া কিক হিক কপ্লক্লে।

মচাগী মতৌ অদুদা লৈপাকলনা থেমজিন্দুনা হায়রকই, "অহুম হায়রা হোমদে। বাবাদা ভক্তি তৌহুনা খুরুম্মু। মচাগী আশা তনা হিংজখিবা করম্না মমা মপা ওইবশিংনা করম্না মচাহুগী লাপথোকখদগে? মহু ওইরোক্রবনি। তৌহৈদে বাবাদা খুরুম্মু।" অসি হায়রগা মচাবু তপ্না তপ্না ইনশিল্লকই। অহুগা চাওবনা হেমন্তদা অমাক য়েং মমাদা হন্না অমুক য়েং, মমগী মাথং মতুং ইন্না খুরুম্লকই। অহুগা মচিন্না অমুক্না হায়রকই, "বাব না মচাবু অমুক্তা ওকপিয়ু।"

মচাগী মওংহুদা হেমন্তনা চাওববু কোনথংশিল্লগা চেক্লেং কোয়শিন্দুনা মনক্কলদা মথুংনা পোপ পোপ থৌরগা মচাবু সুংশিন্না কপ্লহুনা হায়রকই, "নম। নচা কাঁরন্থ লাক্লে। ইপাগুম মমা মচাগী মীংমাংদা লেংদনা অহুম্মক লৈমল্লিরবনি। মমা মচাগী মীংদ তনা ইপানা শক্তা লোংপনি, ঐ কদায়দম্থ লৈরুদে। ইঙ্খোল অসিগী মঙ্গদা, পুমিদাং খুদিংমক নমা নচাবু শেমহুনা অহুম মরৈ। ইপা নখোয়দগী করিম্থ লাপথোক্লমেহে চাওবা। য়েংউ ইপাগী মীংথেম, নহক্কীদমক মাগী সংসার থাদোক্রবী নঙগী

মমাগী শকসে কক্ত্রা— খোংবা মৌনা, চয়া কজরবী লৈমালকসিদা ফিদম্নিংঙাই ওইরবা জাতিগী মুপী অমা ওইবীগী লুরবা ঈচেল অমমা তক্ত তক্ত চেল্লিবা ঈচেল অসি উবরা— মসিমক্তবু মমথাক্তী মৈশাবা খুইখহনখিগত্রা চিংনহুনা মুংশিরবা ঈমুং মমুং অমদি সমাজগী মমাঙদদা ইপাগী শক্তমসি লোংলুমখিবেবে। মচা মুংশিবগী প্রেমবু করম্বা মপা ওইবা কনানা থিঙবা ঙমগনি।"

মপাগী য়া ভাবরদা, মপানা মপুন্সি চুপ্পা কোমখিবগী, মবা মপাগী মক্তমদা চেন-চোংহুনা শাম্নজবগী মুংঙাইজবা অহুমক চাওবনা অমতা য়াভনা ফংজবগুম্নবী। মুংশিবা, মুংঙাইবা হায়রবা অসিমক্তবু মমম শাংনা থেংনরকপত্নগী মীংকুপ অমতংগী মতমদা ত ঙ-া ফংজবদা মুংঙাইবা অহুনা শক্তক চাম্বা বেমা মুংঙাইজৈ। অম্মুম্না মপা মচামা মুংঙাইবনী ঈপাক্তা কবা তাউনরবগী 'তুংগা দেবেন্দ্রকুমারমা অম্মুম্না হায়রকই, "ঙসিদি ঐগী ইথো থবা পাংথোক্লি; তামো হেমন্ত, ইক্সাক ইবুং ঙা অমদি ইচল ইবেম্মা লৈপাকলৈ অহুম্মক্তা হল্লকা ঐগী থৌদাং অসিদা শক্তক থবা য়াবিয়ু।" অসি হায়রগা দেবেন্দ্রকুমারসে লৈথোক্তুনা চংক্তদবগী তৌরকই অহুগা মচিম্না। "লেঙখিরক্লো" হায়রগা মাগা লোয়নরকপা থানা থম্নগা লোয়ননা মাঙ থাহুনা থ্রপ-থ্রপ থোকখি।

হেমন্ত অমদি চাওবা মমা মচাগা মথোয় অহুম্মকস্থ দেবেন্দ্রকুমারমা চংখিবা মায়কৈয়োমদা ইঙক ঙক্লা মফম মরাং ইখঙ খঙদমা অহুম ইম্নহুনা খোরক্লি।

# তরামরি

মালেম ইমাগী লৈমায়সিদা হৌরিবা উপাল-রাপাল ওম্নমক, শাংলিবা শিঙেল লৈরাং খিবিক, চাক্তাকবা চেক্লা শঙ্গুশিং নোংচুপথংবা চিংদোম্দগী কোম্বোংহনবা মাগী সনা মানবা মশেক্লা মালেম শিন্না থৈরবসিদা, জগৎ অসিদা লৈরিবা খুদিংমক ওক্ক ওশেংনা কজহল্লে। চিংয়া তমরাদা শিন্না পাইরিবা ঙাঙ্রানবা নোংঙ্খাবী পরেংলকসিদা তরক তরক পাইরিবা চেক্লাশিং, লৌবুক লমহাং, পাং পুখ্রি, নামিবা মালংদা কাইদা লোইরোইনা জগোই খুংথেক হাপচরিবা লৌবুক লমহাংগী হানৌশিং, কয়িবু হয়না শৈথারসিগে, মালেম ইমাগী শকফমসে। মিংশেলদা তাবা মমিনা ঈংনা মেংনা কজবগুম, মেংবগী পেনবা মাইদনা মিংথি-ফহল্লে।

মতম অসিমক্তদা চহি খরা লৈশিল্লবী, কনাগুম্বমক্তু মো মহানি-কা হায়মিংলবী নুপী অমনা অঙাংবা কি অমা শেং, হঙ্গায় মপাল মচুগী খুদৈ মতেক অমনা মকোক খুম্বোই করিবোই ইল্লগা, মখুঙ্গা সনাবুল অমা পায়দুনা লৈকাইগী মং ময়াদা লৈবা পুখ্রি অচৌবদু তম্না ঈশিং শোক্কদবগী লাক্লম্মী। অসোমদা মকোই মরাং চোম্বা নুপা অমম্তু পুখ্রি ময়াদা লৈবা লৈকাইগী মং অদু তম্না প্রেপ-গ্রপ চংশিল্লকই। লাক্লিবা নুপা অমদি ঈশিং শোক্কদবগী তৌরম্লিবী নুপী, মখোয় অনিমক্তা ওক্লা ওক্লা য়েংনরি। কনাবা কনানো হায়বস্তু মা-মাগী মথস্মোয় মথস্মোয়দা হংনরি।

অহুগা মকোই চোম্বা, মকোক মরু ইকা ফাবা, মং ময়াদা লেপ্লিবা নুপা অহুনা ঈশিং শোক্কদবগী পুখ্রিগী সিড়ি যুমগদবগী ক্ষোয়িবী নুপীগুদা। অসুম্না হায়রকই, "ও ইবেম্মা, করিগুম্বা অমত্তা হংজগে, মসিগী খোংকমলিবু ত্তোক্লমুগী মং চুমব্রা?"

ঈশিং শোক্লিবী নুপী অহুনা, নুপা অহুগী বাহংহুদা ইচক চক্রহুমা অসুম্না হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই, অহুবু মতম কুইবগিনা ভাংদাংবা হায়বা ঙমজদ্রে। হংবিরবহুবু করিগী ওইরবনো?"

"নমকার অমগীদমক হংজনদি।"

অসি হায়রগা মখা তাদনা নুপা অহুমা মানা পাযরকপা খাউ অহুদগী নৈ, খুগ খাউটৈ লোৎথোক্লগা চুখংলগা লৈ-খু কংলকই। অহুগা মোংফম মখক্তা ওন্ন-খোইনা কপ্লক্লে। অহুগা মচিন্না অসুম্না কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "বাবাগী য়ায়ক্তা তাখন্না ন," ঐশাক্তি বাবাগী লনন করমা শিংলশিংগে। ওক্তবা নচা ঐগীনি মিংলু পিরাং আসদা পঙ্ঙাইরে — বাবাগী লুংশিবা শক্তমদি মোংফম অসিনা — মৈরা পাযহুনা, লোইমা তমযা, মালেম অসি মক্তা, বাবাগী শক্তম উবা ফংলরোই! মোংফম অসিদা কৌরুবহুম্ন তাবিররাই। পাঙ্খুংফম য়োউমদনা ঈরোম্মুংদা ঙিলদ্রে হিংহোনহু — হিমায় চুখা ঙমদ্রব হিনি ঐদি। নপা মমাগী বাখল ফৌরোইদা ইক্তুরবা মচা ওইবশিংগী ফংফম খোকপাদ অসিনি—" পুখ্রিগী সিড়িদা লেপ্লিবা নুপী অহুম্বু ইচক চক্লা য়েংরুনা লৈরি।

অস্থুম্না লৈখ্রিদা মফম অছু পুলিশনা পুমকোই কোইশিল-লয়ে। মহু উবদা নুপী অহুম অমুক হেন্না ঙক্লরে। পুলিশশিং অহুমা অস্থুম অস্থুম চংশিল্লকুনা লু।। অহুবু ফাগদবগী লাক্লম্লক্লে। অসোমদা হেমন্ত অমদি লৈপাকলৈ মমা মচাম্ব ইঙক ঙক্লা ইম্নরক্লি। ওইরমলিদা ফিজম অহুদা মুপা অহুমা ঙক্লা মমায়হুবু লৈমা লৈনা য়েংলগা অস্থুম্না হায়রকই, "পুলিশকী ইবুংঙোশিং ময়ায়্না লেঙবিরক্লিবসিবু ঐবু ফানমবা করম্বা রাবল অমুক হুংলরবগে ?"

পুলিশকী দেবেন্দ্রকুমারমা অস্থুম্না হায়রকই, "ত্রিপুরা জেলদগী চহি ১০ মীয়াং ঙাক্লরবা অথোকপম শেখর কোবা মুপা অমা থাদোকক্রে, মগাকপু পুলিশকী মিংয়েং-মাংদা থম্নমবা ওরদম্ব অমমুক লাক্লুনা ঙসি মহাক্কী খোঙ্গুল লিবা লাকচ-রিবনি।"

অহুগা লৈপাকলৈদা অমুক পনশিল্লগা, "ইবুংগী ইবেম্মা লৈপাকলৈ, অসি কনা মঙ্কেনেহে, শিত্রে, লৈত্রে হায়নপ্রবা মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা মবুং শেখরনিকে।"

লৈপাকলৈনা মবুংগী ওইম্বিবা শককম অছু মুন্না য়েংলগা শিত্রে, লৈত্রে হায়মা খঙ্গরুরবা রাথল অহুদগী ঙায়োমরকপলিদা মপি ঈরা চেল্লহুমা অমুক্তং, 'তামো!' হায়রম্নগা মবুংগী মখোংদা থংকোম কোনশিল্লুরে। অহুগা কপ্পা কপ্পা অস্থুম্না হায়রকই, "অচমদি মহামমথৈ কনা লৈজদবী ওইরুমেসে তামো! তামোবু মহামমথৈ কদায়দা লৈবিরুমগে ?"

মচলনুপীগী মতৌঙ্গদা শেখরনা মচানবু কোনখৎপিরগা মখুৎনা মাল্লা মাল্লহুনা অমদি মচলনুপীগী মিৎলুদগী শিন্থাক্লিবা শিম্নাং অহু তৈথোক-মাস্থোকপীরহুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "লৈপাকলৈ, মবুং মরুপ অনিগী মখুত্তা শিক্লরে! মখোয়না ঐবু হাংকলবনি হায়দুনা ফুবা যাবা মুয়বগী তুংদা ঐমা জ্ঞান তারকত্রবদা আসামগী জঙ্গল অমদা লংথোকপিরম্মী! মখোয়না শিন্নে হায়দুনা লংথোক্লগা ওইরমান্নে। মফম অদু ঈমাং হৌবা নহারোলশিংগী লৈফম ওইরম্মী। ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদা লিক্লাইনা ইকোয় কোয়না ঐবু লাইকনরম্মী। মদুদগী ঈমাং হৌবা নহারোলশিংগী লৈফম তাকউ হায়রকই, অদুবু ঐনা থংদবনিনা ঐনা খঙদে হায়না খুমজবদা মখোয়না ঐবু লাঙ্গোইব-শিংগী মরক্তা অমনি হায়দুনা কাবিরে। মুমিৎতুগী মম ও লোংমা মিন্নিদসু মফম অদুদা লাঙ্গোইবশিংগা সরুকায়বগী পিফাইশিংগা কাপনৈ হায়। অদুবু ঐমা মখোয়গী লৈফম খঙদে। ঐদি ইচম চম্না মীনি হায়বদা মখোয়মা যাবিত্রদুনা ত্রিপুরা জেলদা চহি কয়া আস লৈরুরে। হেক থাদোক্লকপগা ঐ লা ক্লবসিনি।"

ঈশিং শোক্লপী মুপী অদুসু ময়ামগী ঈরাংহুদা অস্থুম অস্থুম চংশিল্লকই! অদুগা মবুংগী বা তারবদা লৈপাকলৈনা মপাগী মোক্নবা ওনশিল্লগা অস্থুম্না জেংথাদুনা কললে। "ও বাবা, ঐগী জামো লাক্লে, কনানা অহিং অথেত্তবদা ঐগী জামোবু থীবিগদগে!"

শেখরদা অদুক ওনশিল্লগা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "জামো, ঐগী বাবানা হায়রম্মী—'নঙগী মবুং অত্তাওবদুনা কবিত্তবা

পুম্নমক্কী রায়ী ফোংদোক্রুয়বদা লৈপাকলৈনা দেবেন্দ্রকুমারদা ঙাঙশিল্লগা হায়রকই, "ঙসিদি ঙামোগী মফমদা মচলগী চন্নবা খুদোল অমথক্তং ঙমজগে, মচামক্তি থনবিন্নগা খুদোল অসিবু লৌবিয়ু।"

দেবেন্দ্রকুমারনা লৈপাকলৈগী রাকম অতুদা হায়রকই, "মবুং অমদা মচা অমনা ঙমজরকপা খুদোলবু কদিগী লৌরোই-দদগে। হায়য়ু কররা খুদোলনো?"

লৈপাকলৈমা মচে দঙমতিগী খুদাংদা পারহুনা চিংশিল্লুরে। মহু উবদা দেবেন্দ্রকুমার খাই লাউনা ঙকল্লে। অহুবু লৈপাকলৈনা দঙমতিবু মমহুনা চিংশিল্লগা হায়রকই, "মসিগী খুদোল অসিনি। মসি মতুমা মচলগী কচ্চনিংঙাই কবিস্থ লৈজদে।" অসি হায়রগা দেবেন্দ্রকুমারদা দঙমতিবু শিন্নখ্রে।

মতো অতুদা দেবেন্দ্রকুমারনা ঙক্লহুনা অস্থমা 'হায়রকই, "করিমো লৈপাকলৈ!"

দেবেন্দ্রকুমারগী ঙকচাম্নবা মতো অহুদা হেমন্তমা অস্থমা মথা শনথহুনা হায়রকই, "মীবু ঈকাইবা পীফদে। পীব্রবা, লৌব্রবা দান লংবইহেদে। অশাউবা অমদগী লাক্তব্রবী কমাদা লমন শুমফদে। থনবিয়ু কনাগী মরালমো? লৌশিল্লু মচলগী অশেংবা খুদোল।"

ঙাংমন্নিবা হায়মন্নক্লিবা রাকমশিং অহুদা দেবেন্দ্রকুমারনা থদবা মাথা থম্বরগা কক্লিংঙাই কবিস্থ লৈরক্রহুনা দঙমতিবু লৌশিনখ্রে। মতো অহুদা শেখরনা ঙক্লহুনা হায়রকই, "কৃ-

করম্বা কম্বাগী ময়াল লৈরহনা ইচলবু অসি কাওবা লংমরিবনো ?"

শেখরগী বাহংসিদা হেমন্তনা মরক খংলহনা হায়রকই, "বাকিম অরুগী পাউখুম কনা অমতনা পীবা ঙম্মরোই, বাম্বী অহু এমা কোম্না তম্লগে।"

অহুদগী দেবেন্দ্রকুমারনা লৈপাকলৈদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "অসি ইচলগী মকমদা, মাঙত্রে হায়না লৈমকুমবা মথুং অসি শিন্নরবনি। মহাকপু মীংথিনা পোংথাকহল্লুরো।" অসি হায়রগা দেবেন্দ্রকুমারনা শেখর অমদি হেমন্ত মখোয় ময়ামদা মথুং হাইরগা বিদায় লৌহনা দগুমন্তিবু পুরগা মাগী লোয়নরকপা পুলিশশিং অহুগা লোয়নহনা অহুম চংখ্রে।

মতাং অসিদা দগুমন্তিনা দেবেন্দ্রকুমারগী তুং ইম্না হন্না হন্না হন্না য়েংলগা অসুম্না মপুক্লিংনা বিদায় তৌরকই,—

"কায়নবা ভিন্নরুবা মপোক্লি—
লাংঙনসিমগীদমক্তি বিদায়—"

অসুম্না মপুক্লিংনা বিদায় তৌজবদা মতুনা মহাকপু উর উমগা মপুক্লিংনা পাউমেঞ্জরম্মী।

"পোক্লবদি মপোক অমদা,
তোংমিন্নরগা হিরেন অমদা,
শকমিন্নরগা ঙুংশি ঈশৈ—
য়ৌমিন্নসি পুক্ল পম্বুং।
চন্নখিবা পাউখোক্লি,
ফোংমিন্নসিকো লাংঙন্দুদা॥

মখোয় চংশ্রবগী তুংদা হেমন্তনা হায়রকই, "ইবুংঙো শেখর, য়ুমদা মীংথিনা পোংশ্নাক্লরসি।"

মীগী মযুমদা ঙাংহৌনা লৈরম্বা মখোয়নি। মপা লৈত্রবা, মচল থাজরম্লবা, চহি কয়া জেলদা লৈরুরবা মুপা অসিনা কমাদা য়ুম শক্ম ওইক্লগদগে খল্লুবদা লাম্বা ফংদবা রাকম্নি। মচলনুপীশু লুপ্না ওইরম্লে। সংসার অসিদবু লৈনিংলমখিগদ্রা! হেমন্তগী রাক্ম অহৌদা মামা কনাদা চৎলুগদগে খল্লুবদা লাম্বা ফংলক্লহৌনা শেখরনা থম্মোয় শোক্লা মপাগী মোংফমদা ফমথরগা মোং খোংবঙুম কপ্লক্লে। মচিম্না কপ্প কপ্পসু অমুয়া হায়রকই, "বাবা! ]ঙক্লবা মচানা ঙসি কনাদা থু লুগনগে! ঐগী চংফম কদায়দনো! মীশকুপ অমত্তংদা ওইরবদ বাবাগী সেবা ফংজরম্লবদি ঙসি ঙক্লবা মচানা পেঞ্জরমগদবনিদকো!" হেমন্তদা ঙমশিল্লগা "তামো, ঐ চংলয়েহৈ। বাবাগী মোংফমসিদা ঐগী পুক্নি লেপ্লানি।" অসি হায়রগা মপাগী মোংফম মথক্তা তুশিনখ্রে।

শেখরগী মথং অহৌদা লৈপাকলৈমা থম্মোয় পুবা ঙমজহৌনা লৈখিত্রবা মপাবু কৌরহৌনা কপ্লক্লে, "ও বাবা, বাবানা য়ুংঙাত তুমিং খুদিংগী অঙাওবা— অঙাওনা হায়না থীরম্বা ঐগী তামোদো লাক্লেনে বাব— ঐগী তমোমা কৌবসিবু তাত্রখরনে—"

মনাওনুপী অমদি মশেলগী মংতা অহৌদা হেমন্তনা পিরাংনা থুমহৎলহৌনা হিক্লা হিক্লা হায়রকই, "লাক্লো শেখর, মসি জগংকী থৌনবনি। ঐখোয় লোয়না শেংনগনি, লোয়নমক কায়নগনি। কমাস্থু ওনর নক্তেনেহে, লাক্লোনে, তেংথাকবনা থোক্লরাই।

অদুগনে য়েংঙু শেখর, মৈগী কুণ্ডদা লংথখিরবা ফাওবদা তুম্বা লমখিত্রবা রামায়ণগী জানকী সিতা, অদুক শক্তি লৈরবী মহাক্না ওসি হিংহুনা করিগী লৈরমত্রিবনো? শক্তি লৈরবা মৈগুম্রবা অংখোবা করামা করিগীদমক্তা ওসি ফাওবা মখোয়গী শক্তম্বু উহল্লমত্রিবনো? মাগী মাগী মতম্না লোইরক্রবদা, মাগী মাগী শক্তিশিং অদো অরেম্বা তাখিনেহে শেখর। অমর ওইনা লৈরমলিবদি মনা মানা মপান করম্নিউদা শিজিন্নরবা শক্তিশিং অমদি মাগী মাগী অখাঙ কঙবা উহনশিং অহুখক্নি। মোইরাংগী থোইবী ওসি করামা উংহৌবা য়াউবগে? মাগী নুপী ওইবগী সতীত্ব ধর্মবু চেংনা চান্না কঙবা অহুখক্নি! ওসি জগৎনা উবরিবদি। এইনা মীনা তশা ওশা নত্তে, ঈশ্বর মাগী লীলানি। লাকও ওসি মরুংগা মচলগা উনবা নুমিৎ অসিদা অহুম তৌবা কৌনদে।”

মমা অমদি মাগী মামাগী মতৌত্রদা চাওবনা শেখরবু চিংথং-লগা, “মামা চংলসি, লৈত্রে হায়না থম্মুরবা ইমা মরিদা মামা, এবু পোকপীবা বাবাসু ওসিদি নমহাক্নী সিগা লোয়না উফরে। ওসিগী মমহাক্কী হন্নাওবা অসি দগুও ফাংহনবিয়ু।” অসি হায়রগা চাওবনা শেখরবু কোন্দুনা পুশিল্লক্লে।

— লোইরবা —